ইবোম্চা খুমনগী

ꯈꯣꯡꯆꯠꯇꯨꯒꯤ ꯆꯤꯊꯤ

# খোঙচৎতুগী চিঠি



# খোঙচৎতুগী চিঠি

খিদেম ইবোম্বা খুমন

প্রেমিয়র পব্লিশর্স
ময়াংলাংজিং
ইম্ফাল - ৭৯৫১৪৬

হাৌবা চাহি : এপ্রিল, মে, ২০০৮ ইং

অহানবা থোকপা : অগষ্ট, ২০০৯ ইং

পুথোকপা : প্রেমিয়র পব্লিশর্স, ময়াংলাংজিং
মপাহানং মিল রোড, ইম্ফাল

নমকম : অকাস কম্প্যুটরাইজ প্রেস, পাওনা বজার।

মখুম : অকাস কম্প্যুটরাইজ প্রেসতা ডিজাইন তৌরগা
জে.কে. প্রিন্টর্স, ডারপোক পোলেম নৈকাইদা নম্বা।

কংখম : সাইরেক য়োনবা দুকান অয়াম্বদা।

মমল : ১৫০/- ( লাইব্রেরী এডিসন )

খংখম থোকপা : অহবা।

মশাং : ১০০০।

অশাওবনা লাকহংতুনা

অফ-ফত্তা খম্নুবা ওমদ্রবা...

১৯৯২ ইংদা ঐগী নোভেল "অস!! মসিমা!" ফোঙথ্রবা মতুংদগীদি, শাংলবা চহি ১৫ রোমসি লাইরিক ফোঙবগী থবক পূম্নেপ লেপ্লুরে। ইবগী থবকসু লেপ্লুরে হায়বা য়াই। মরক-মরক্তা শৈরেং খরা, ঈশৈ ময়েক খরা ইখিবা অদু নত্তনা নোভেলদা খূৎ থাবা ঙমদদুনা লৈরুরে। সাহিত্যদগীসু খরা লাপথোক্লুরে। খোমজিনবা লাইরিক্তা শৈরেং অম-অনী হাপখিবা, মতম-মতমগী চেফোঙদা অম-অনী হাপখিবা নত্তনা ইশাগী ওইবা লাইরিকতি পুথোকখিদ্রে। হান্না ইখিবা নোভেল লৈ, ফোঙখিদে। ৱারীমচা লৈ ফোঙখিদে। শৈরেংগী লাইরিক অমা ফোঙসিরা খন্দুনা হাইফেৎ শেম শারুই, ফোঙখিদে। ফোঙসু ফোঙনিংলুদ্রে। অমুক হন্নসু য়েংখিদ্রে। তূমিন অদুম লৈরগে খন্দুনা ২০০৭ ফাওবা তূমিন্না অদুম লৈরুরে। মরূপ-মপাংশিংনা "লাইরিক ইদ্রব্রা? ফোঙলরোইদ্রা?" হংলকপদা চীন্দদি "ফোঙনবা থৌরাং লৈ" হায়রগা থবক ওইনদি খক পায়খৎলুদ্রে। ৱাখলদা ফোঙনিংবা ইনিংবা পোকখিদে।

অদুবু, ২০০৮ ইংদা, প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিয়েসনগী নেসনেল কনফরেন্স অমা বিহারদা য়াওরুবদগী ৱাখলদা ইনিংবা অমা ফাওরকই। মদু ফাউবদসু ইথ্রবোই খন্দুনা শুকই ইদনা ফন-কুইনা লৈরুরে। অদুবু য়াদ্রে। ইথোক্তবগী অরাবদু ইশাদা ইবোইতা লোয়নদুনা লৈরে। মমৈদা ইদবা য়ারক্তবদগী লমকোয় ৱাবীসি ইখিবনি। ইখিবগী মরম অমসু চাউনা লৈখি।

মতমদুদা বিহারদা চৎকদবসি মীপূম খুদিংগী ৱাখলদা অকি-তুজুং ফাওনখি। মশা চৎপদি থমবু থমখিসি। ঐখোয় চৎকনি হায়বা ফাওবদা কনা অমতনা অয়াবা পীখিদে, চৎহন্নীংখিদে। য়ারবদি চৎপা য়াওদবনা ফৈ হায়খিবনা অয়াম্বনি। মরূপ-মপাঙ খরনদি ফাগি ওইনা হায়খি, "চৎলুরো- চৎলুরো ঐখোয় শোমদা কনদোলেন্স পাঙথোক্লম্লগে।" ওস্থোকপা পৃংফম অমদা চৎখিবা খোঙচৎনি। পুন্সিদা চৎনীংদনা চৎপা খোঙচৎ অমসু ওইখি। চৎখিবদুসু ৱাখল লৈতাখিদে। অশোয়-অঙাম থোকদ্রা, খুদোংথিবা নংগদ্রা খন্দুনা অকি-তুজুংগা লোয়ননা চৎখিবনি। অদুনা লাইরিকসিগী মমিং "অকি-তুজুং লমদমদো" হায়না থোনগে খল্লুবনি। ঐগী মরূপ্না ৱাহৈসি খবা কনমল্লি হায়না য়াখিদবদগী থোনখিদবনি।

মরমদি, ঐখোয়না খল্লম্বগা-আদা ওইরম্লিবা মওংদুগা তশেংনা ওন্ন-তৈনবনি। বিহাব য়ৌদ্রিঙৈদদি ৱাখলসি অকি-তুজুং ইরোইতা লোয়নখি। ৱাখল লৈতাখিদে। অদুবু বিহাব য়ৌবদগীদি অকি-তুজুংবা পূম্নমক মাঙখ্রে। যূমদা যূমগুম্লে।

ইম্ফাল

তাং ১৭/৯/২০০৮ ইং

অইবা

ইবোম্না খুমন

লাইরিকসিদা য়াওরিবা ফোটো খুদিংমক ত্রিপুরাগী মরূপ দেবশিসনা নম্বনি। ঐখোয়গী কেমেরা য়াওদবগী অরাংপদুমদি মরূপ দেবশিসনা মেনখৎপিখি। মসিগীদমক মরূপ দেবশিসপু পুক্নিংগী ওইনা কাউজরোই। ফোটো কোপিশিংসিদি কায়নথংদা ফংখি। মোবাইলদা হন্না হন্না কন্তেক তৌদুনা দেবশিসতা হায়বদা মানদি থাগ্রবনি হায়রকপা ঐঙোন্দদি য়ৌরক্তবদগী নুংঙাইতবা অমা লৈখি। অনুমিয়াদসু হন্না হন্না কন্তেক তৌখি। মানসু থাগ্রবনি শোয়দনা ফংগনি হায়বদমক হায়রকই। অদুবু ফংখিদে। মমৈথংদা ওজা স্বাপন সেনগুপ্তদা কন্তেক তৌবদা মানা মী অমদা জে.কে.গী মিংদা পীবিরকপদগী দিক্স ওইনা ফংজখি। মদুদগী কোপি লৌথোক্লগা ফোটোশিংসি হাপচখিবনি। ফোটোশিংসি ফংহনবিবগীদমক ওজা স্বাপন সেনগুপ্তবু থাগৎচরি, লোয়ননা মতম পূম্বগী কাউজরোই।

লাইরিক অসিগী বানান য়াম্না চেকশিন্না মমল য়াম্লবা অচিনবা মতম কাইথোকপীদুনা য়েংশিনবীখিবা অমদি শেমদোকপিখিবা ওজা লাঙ্গোল ইবোয়াইমবুসু করম্না কাউবা ঙমগনি। মসিখক্তা নত্তনা তোনশিঞ্জরে লমন অমসু তৌবীমলসিগী। লাইরিকসি পুখোক্লবা হোৎনবদা মশামক্না থবক্কুম খনবীদুনা অৱা অনা থিদনা হোৎনবীখিবা অকাশ কম্প্যুটরগী ইনাওশিংবুসু খক কাউজরোই।

ইম্ফাল

তাং ২৮/৬/২০০৯ ইং	অইবা

ইবোম্নাগী লমকোয় ৱারী অমা ফোঙগদৌরে তাবদা হেন্না নুঙাইবা ফাওই। মদুগীদমক্কি ঐনা প্রোগ্রেসিপ রাইটর্স এসোসিয়েসন, মণিপুরগী মহুৎ শিন্দুনা ৱারোলসি ইজখিবনি। হৌখিবা চহিদা অইবা মশা য়াওনা বেগুসরাইদা পাংথোকখিবা ওল ইন্দিয়া মীফম (সমেলন)দা ঐসু শরুক য়ারুই। সমেলন মনুং অমসুং মপান্দা মাদি ইশিন্বা অমদি ৱাখল খল্বা, উঙদুনা লৈবা তোয়না উখি। ঐনা হংখি, ইবোম্না নঙবু বিহারিশীংনা করিসু তাথি তাওইনা তৌরোই, মৈতৈ মচা খরনা বিহারিশীংবু মরমদমদা হনখিনবা হায়রবসু, তুকথদুনতা লৈগনু । করিগীনো অদুমনা লৈরিদুবো? ঙসিতা খঙলকই মাদি ইনবা থৌরাং তৌরিবোয়রে।

তশেংনা হায়রবদা ঐখোয়গী ষ্টেটসিদা থোক্লিবা ইরাং পাক চাওরবা লৈপাকশিংদা চান্মা চান্মনি। অয়াম্বনা লৈত-লাইরদগী ওইহল্লকখিবনি। অরৈবশিংগা শুমদুনা চাবীরবশিংগা অয়াম্বা মতমদা লালথেংনবনি, মওং অমা নৎত্রগা অমদনি।

প্রোগ্রেসিপনা তৌজরিবসু মান্নবা খুন্নাইগীদমক অওৎ-অনৈ লৈতবা মীওইবা খুন্নাইগীদমক্কি। অওৎ-অনৈ লৈতবা লমদম অমদা লাল হৌনবগী মরম লৈতে।

অইবা ঐখোয় খ্বাই-খীবিক্রসু খুন্নাই অমগী চৎনলোনচৎ অদুগীদমক খূৎ থাবা মতম ওইরে। শান্তি, ইঙ তপ্পা মরা চেৎপা খুন্নাই অমগী মংলান্দা ফত্তবগী মমি শৈথাবগী মহুত্তা অফবগী মঙলান্দা খুৎ থাবীরো হায়বসে প্রোগ্রেসিপ রাইটরশিংগী মশীন্নি হায়না পাউজেল পীজরি।

প্রোগ্রেসিপকী খোঙচৎসিদা ঐখোয় পুন্বা খোঙদামিন্নদুনা অওম্বা মণিপুর অমা শেম্নম্নসি।

জুলাই ২৭, ২০০৯ ইং, জে.কে. লুৱাং

स्वागतम

१४ वाँ राष्ट्रीय अधिवेशन

प्रगतिशील लेखक संघ

९-११ अप्रैल, ०८

गोदरगावाँ, बेगूसराय (बिहार)

হেক কুমথবগা উরে-চঙফমদুদা অঙাঙবা ফি অমদা ইরগা ফি মচি-মচিদুদা থৌরী মচানা কিরগা তিংনা য়াল্লিবা তরাম্না ওকপগী ব্বারোলদু। অদুদগীদি ফুট তরামুক ব্বাংনা লম্বী মথক্তুদা মখল মচু কয়াগী কিনারনা শাবা খূৎশেমগী লৈ পরেংনা শাংনা শাংনা জালিগুম তিংখ্রিবদু। লম্বীদুদা মাঙদা, ব্বাটর টেঙ্কর মচা অমনা মখুল ময়াম অমদগী ঈশিং পেরে কাপ্তুনা মোল্লি-মোল্লি চৎলি। অহানবদদি খল্লুই-

"করিগীনো ব্বাটর টেঙ্কর অসিনা ঈশিং জোরো-জোরো য়ুদুনা চৎলিবসিনা!"

অদুগদি ঐখোয়না চৎকদৌরিবা লম্বীদু উফুল হৌদনবা ঈশিং চাইবা ওইরম্লে।

শেম শারিবা মওংদু উবতদা পূক্লিংসি ঈং-ঈং লাউহল্লে। ঐগা চৎমিন্নরিবদুনা মচীন থোক্লা হায়রকই-

"তৌরিবা থৌরাংসিতনা ঐখোয়না লাকপগী মমল অদুম হঞ্জিল্লেনে সিদি। কয়া মওং তানা শেম-শারিবা!"

লম্বীদুসু নৌনা শেম্বনি। কোইলাস থাবা নত্তে। বিলামাটিগা লৈঙোইগা থীংলগা হৈবনি, য়ুম শাত হৈবদৌনা। লম্বীগী নাকন্দা উপাল কয়া হৌবি। ঈশোঙ-শোঙই। মদুনা অমুক্কা হেন্না ঈং-ঈং লাউহল্লি।

হোজং শেম্লিবদু গোদব গাওগী খুনয়াই ফাওনা চৎলিবা মেন বোডকী ওইথংবা নাকলমক্তদনি। ঐখোযনা চৎলিবদু মেন রোডতগী খাইখিবা লম্বীদনি।

ত্রিপুবাগী কাঙবুদু মাঙদা চৎলি। ঐখোয় কাঙবুগীনা ঐনা তুং ইথং-থংই। হৌনশানি, ঐনা ফনা য়াম্না চৌকান কান-কান্দুনা চৎচববসু চৎমিন্নবদা তুং থঙবসিমদি ঐগী ওইবা শোয়দ্রে। মবেপ ব্রাংবা মশা পাবা নুপা অমনা ঐখোযবু ঙাইবমই, ট্রেন ষ্টেসন্দা। মানা চিংদুনা ঐখোয চৎলিবনি।

ফনা যাম্না চঙশিল্লে। মখোযগী লৈ পবেংগী দেকোবেসন্দুদি লোইবা নাইদ্রি। লম্বী নাকন-নাকন্দা ব্রানা মখোঙ ওইবগা মথং মথং লনতক-লনতক যুংখ্রি। মখোঙ খুদিংগী টিউপ অশাংবা অমমুমনা নপ-নপতুনা লৈবি। মাইক্কী অশাংবা হোর্ন অমা ব্রাংতক্কা উ কাবক অমদা থেৎহৌরি। স্কুল শঙলা কবিনো শংশাঙ অহুম-মবি লৈহৌবে। যেংবদা তক-তনাল্লি। মীওই খবসু লৈহৌই। চৎনা চৎনা যেংলুই। খঙনদবগুম লৈহৌই। মদুগী মথংদা দলান অম'নীসু লৈ। হোর্ন অমসু উথক্তা নপহৌবে। মদুদগী ফনা শাংনা অমুক চঙশিল্লি। মখোযগী লৈ পবেংদুসু লোইবা নাইদে। ঐখোযনা থুংগদবা মফমদু যৌদ্রিমাল্লে, চৎপা লেপ্লে। হোর্ন অমসু অমুক উথক্তা লৈহৌবে। গোলাই অমা খংথেক থেক্লা হেক চঙশিনবমক্তদা যৌবদবোই নীংই, যৌদে।

অদুক শাংবা লম্বীদু খুৎশেমগী লৈ পবেংনা ঐখোয়গী কোকতোন আ মথক্তা লম্বী থুংনা জালি শানা লৈতেং তৌবদু লোইবা নাইদ্রি। মদুদদি ঐখোয় অনী শোন্নে-

"য়েংউ মখোয়না শেম-শাবিবসি শেল কয়াম চঙলম্লি?".

মফমদুসু উবক-ব্রাবক ওইনা তৌই। ঈচিক-চিকই খোঞ্জেল অমতা তাদে। পূক্লিংদা চিংনবপ তৌকই। তাঞ্জাদুদা নাকোঙদা শং ফাওজিল্লকই, মাইক্তা হায়বল্লিবদু। খল্লি যৌগদৌবমাল্লে, মাইক্তা লাউবিবদু যাম্না নক্লা তাবগুম তৌবে। অদুবু উবদি লৈতে, খোঙ থাংবসু লেপ্তে। কবি-কবিমো সার্জবিবদু চৎনা চৎনা তাই। ঐখোয অনী ঙাঙনৈ-

"লম্বীগী লৈতেং শেম্লিবা অসিতদা শেল, মতম কয়াম চঙলম্লি? অঙকপনি হোৎনবিবসি, মখোয়গী থব্রায় খুৎয়াওসি। ঐখোয় আদা ঙমগদ্রা?"

হৌগংলগা ঐখোয়বু তরাম-তরাম ওক্নুনা কৌশিল্লগা মখোয়না ফল্লম্বা সিটতুদা ফম্লবা হায়রকপদগী, মাঙ থংম্বিবা মখোয় অম'নী মমাঙ থংবা সিট পরেংদুদা ফমহৌরে। পরেং তরামুক চথরক্লগা লৈবা মরক্কী সিট খরদা ফল্লম্বা খরসু হৌগংখিদুনা ঐখোয়বু কৌশিল্লগা ফমহল্লে। তুং ইথং থংবা ঐদি সিট অহাণ্ডবা য়েংবদা ফনা য়াম্লা চংথরগা ফমলে। মখোয়গসু ফনা য়াম্লা লাপ্লরে।

মীয়াম মরক্তুদা চঙলকপনিনা কনা কনা কদায়- কদায়দা ফল্লিবগে হায়বদু খঙহৌদে। অদুনা ফমথবগা, 'ঐখোয় কাঙবু কদায়- কদায়দা ফল্লিবগে' হায়দুনা কোয়না য়েংলুবদা, প্রসিদেন্টতি ময়াম মরক্তা উবা ফংদ্রে। মীয়াম মরক্তুদা চঙলকপদা উহৌদবনি। তাঞ্জাদুদা শৈহৌ ঈশৈ হৌজিল্লকই। মী ৱাং চাউবা, মরেপ্পা ঙম্বা, চিরাই তাঙবা, ফৈজোম শেংপা, পুময়াং লীংপা অহল অমনা কন্দক তৌরি, ষ্টেজগী মতাই ওইনা স্পিচ বূট অমগী মনাক্তা লেপ্লুনা।

ঐনা ঈশৈদু তানা তানা, ময়াম মরক্তা উবা ফংদ্রবা ঐখোয়গী প্রসিদেন্টপু ঐগী মীৎনা কোয়থি থিরি। ভাবোক মরক্তা উদ্রদুনা ষ্টেজলোমদা অসুম য়েংলুবদা, মীৎতা উরকই, ময়ায় তাঙবন্দা ফল্লিবা ময়ামদুদগী ঈপিক পীক্লা, মতাই ওইরপ্পা মতুংগী পরেংদা ফল্লিবা, ফুরিৎ হাপ লীংপা নুপাদু। ময়ামদুদগী মানা ঈতোপ তোপ্লি। শক-চু মান্নদে। ফিজোল খেন্নে। তোঙান তাই।

সুম য়েংশিল্লুবদা খঙলে-মানি, নুপাদু ঐখোয়গী প্রসিদেন্টনি। ঐখোয় কাঙবুগী লুচিংবদুনি। মদু উরুবগা পূক্লিংদুম ফনা নুংঙাইথোকই।

"ও! মখোয়না ঐখোয়বুসু শকখঙবিবোইরে। ময়ায় তাঙবন্দা ঐখোয়গী ফমফম পীবিবোইরে।"

পূক্লিং মকা হাইফেৎ লামজে। য়েংলিঙৈদা শৈহৌ ঈশৈ অনী শকপা লোইশিনখ্রে। অহানবগী ঈশৈ ময়েক্তু অসুম হায়না হায়বা ওইরমাল্লে -

"য়ে য়ংগ হৈ আজাদি..."

ময়েকসি লাল্লম্বসু য়াই। ঐনা ঈশৈ তানা তানা বোয়দা ইশিলহৌবনি। অনীশুবা ঈশৈ ময়েক্তুদি মদুসু ইশিনগেদি তৌবনি অদুবু ইবা ঙমহৌদনা তোক্লে। ময়ামগী খোঞ্জেলদু সাউণ্ড বোক্সতা থোক্লকপদা মরোল শেংদে। ৱাহৈদু করি হায়রিবনো লৌশিনবা ঙমদে। অদুনা ইনিং-ইনিংনা ইদনা অদুম তোক্লে। ঈশৈ লোইবনা হানখ্রে । ময়েক অমদি সুর খরা কোক্তা লৈরম্বদুসু অশেংবা অর্থ থোক্কদৌবা ময়েক খল্লিঙৈদা কাউবনা হানখ্রে। সুম অমুক য়েংশিল্লুবদা ষ্টেজগী মনীংদা বেক দ্রোপ্তা ফজনা ইরিবা ৱাহৈশিংদু ময়েক শেংনা উরকই-

চৌদহৰাং রাষ্ট্রীয় অধিবেশন,

প্রগতিশীল লেখক সংঘ

কমলেস্বর নগর, গোডর গাও, বেগুসরাই,

৯,১০,১১, এপ্রিল, ২০০৮ ইং



*কনফরেন্সকী ডাইসতা কমখিবশিং*

মরেপ্না ঙস্বা কন্দক তৌরিবা নুপা অদুনা করি- করিনো নুপা থোকপা ব্রা যাম্না ঙাঙথোক্লকই। মশম পুমঙৌ-ঙৌববা মী পিকতক তৌবা নুপা অমসু, নুপা থোকপা ব্রা ফনা যাম্না হায়দোক্লকই। লোনদুদি রাহে অম'নী খঙবা য়াওখি। অদুবু শরুক তবাথোকপগী মাপললোমদি উপায লৈতে। অদুবু তাবদি অদুম নুংঙাই। মযামদুগী মবক্তগী ওন্থোক্লা চীং লেমখ্রবা, চাউদম শাংদম্বা নুপা অমসু মোং-হাদনা, ঈংনা তপ্না ব্রাফম খরা ফোঙদোকখি। অর্থ খঙদ্রবস্ খঙবা মাল্লি ঐগী থস্নোয়না।

মখোয়গী মমিং মথা খঙনীংই, কনানা কনানো হংনিংই, খঙজিনবা তঙাইফদে থল্লি। অদুবু কনাদা হংলুনি? ফল্লিবা মযামদু মীতোপ ঙাক্তনি। ঐখোয়না থুংলবদা ঙাইবিবা মীনৌনি। ঙসাই ব্রা ঙাঙলমদাইগী কৌথোকপদদি হায়খ্রবনি। ঐনা লৌশিনবা ঙমহৌদবনি।

খঙনীংবগী লাঙতক্লবা অমা ইশাদা ফাওগংলকই। হংলুনবগী থৌনাদি অদুম লৈত্রে। কায়নথংদা ঐখোয়গী প্রসিদেন্টতা হংলুবদা খঙলকই-

রাজেন্দ্রা রাজন, অওনবা পাম্বা অইবা অমনি। মানি কন্দক ভৌবিবদু। খুঙ্গংদুদগীনি। রিসেপসন কমিটিগী সেক্রেটবিনি। তার্ম অহুম্লক কম্যুনিষ্টকী এম.এল.এ ওইনা বিহার সরকারগী থৌ পুরম্লে। অইবা ওইবতা নত্তনা বাজনীতি পাম্বা নুপা অমসুনি। ভারতকী অইবশিংগী অচৌবা মীফম অমা মফমসিদা পাঙথোক্লিবসি মাগী হোৎনজমলনি।

পূক্লিং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা অমনা, তিল্লিবা মীয়ামদুগী মরক্তা শূব-নোম্বতনা মথৌদাং ওইজরবা, নোংমতা পোত্থাবা ফংজদ্রবা, খুঙ্গংগী চমজরবা লৌমী কয়া য়াওরি। মখোয়গী তঙায় ফদ্রবা মথৌনি খন্না অইবশিংবু তরাম্না ওক্করি। মতমদু গেহু লোকপা মতমনি। বিহার পূম্বা অমুনবা গেহুনা পূময়োম য়োল্লি হায়বা য়াই। লৌগী থবক্তা মীৎ- মায় পাঙবা ঙম্মদ্রবা মতম্নি। অদুবু মখোয়না অইবশিংবু কয়াগী মতিক ইকায় খুম্নবগে হায়ববু লৌমী অয়াম্বদি লৈজবা ফিজোল শেৎলগা অইবশিংগী মরক্তা মীফম অসি য়াওরবসিনি।

ব্রা ঙাঙখিবা লোইনমক থৌনা লৈনা অকি-অখং অমতা য়াওদনা ঙাঙই। মদুদসু ঐদি নুংঙাইবা অদুম পোকই। খল্লি-

"অইবশিংসি ইবদা থৌনা লৈবতা নত্তনা ঙাঙবদসু থৌনা লৈ, থবক্তসু নীংহন্নদে।"

মথং- মথং ঙাঙখিবনা মতমদু পূং অমা হেন্না হৌজিনখ্রে। ঐগী ফিভমসিগা মতমসিগনা ফম্বা ব্রাশিল্লক্লে। অদুবু হৌগৎপা য়াদ্রে। ভারত পূম্বনা শকথংনরবা ড্রামাগী ডাইরেক্তর হাবীব তানবীরনা নোংপোক লমগী কাচিন অমদগী লাক্লিবা অইবশিংদগী হৌদুনা, অকনবা ইরাং মরক্তা খুন্দারিবা জম্মু-কাশ্মীরগী থৌনা ফবা অইবশিং, ভারতকী অইবা পূম্ববু তরামনা ওক্লি। মদুনা অমুক্তা হেন্না পূক্লিং নুংশিবা পোকহনখ্রে।

নুমিৎতু, ২০০৮ ইংগী, এপ্রিল তাং ৯ গী নুংথিল পূং ৪ হেল্লক্লবা মতমনি। তিল্লক্লিবা মীয়ামদুদি থেংখাং অহুমলক্তি লৌখৎনরম্বা য়ারে। ঐখোয়রা ঙরাং, এপ্রিল ৮, ২০০৮ ইংগী নুংথিল পূং ৫ মিনিট ৪৫ অদুব্রাইদা, গুব্রাহাটিগী মণিপুরী হোটেল অমদা চরা অমা চারকপা (লুপা ৪০) অদুদগী এপ্রিল ৯ গী নুংথিল পূং ৪ হেল্লক্লবা অদু ফাওবা য়াদা করিমতা তানরক্তি। ঐসু ঈশিং মরীক অমফাওবা য়োৎত্রি।

ইতোমতা পূক্লিং শোম্হরকই। ফিভমসিগী মমলবু মসি নত্তনা করি লৈরমগনি। তাঞ্জাদুদা ত্রিপুরাগী কাঙবু মাঙদা ফমহৌবদু হৌগৎনরকপা উরকই। ঐখোয়গী কাঙবু খরসু য়াওরকই। বিহারী অমসু হঙ্গৎ-হন্দা চৎতুনা লৈ। শীল-লাঙবা য়াওবা মাল্লি। ঐনা খূৎ খৎতুনা কৌশিল্লি। অদুগা হায়খি-

"ঐখোয় পোত্থাবা পামই। ঐখোয়গী লৈফম তাকপিয়ু ! অদুগা খরসু চাবা পামই। ঙরাংদগী চারক্তি।"

ঐগী ব্রাদু ফজনা তায়। অদুগা, ব্যাভারগা লোয়ননা-

"মিনিট অমতং ঙাইবিয়ু! ওফিসকী কাদা লৈফম লৈ ।"

হায়রম্লগা পরপ পরপ চৎখি। মাগী মতৌদু পাউ হল্লক্কদবা মান্দে। অদুগদি মিনিট অমা ফারম্লোই অতোপ্পা অমনা ইনাক্তা শৎ চঙলক্লগা- 'লাকপিয়ু!'

ঐবু চৎনবা হায়ররে। ঐসু শৎ হৌগৎলগা মতুং অদুম ইন্নরে। ঐখোয় কাঙবু হান্ননা চৎখৎনরম্লে। ঐসু মখোয়গা পূন্নবা পরপ-পরপ চঙশিল্লি। মীফম হৌদোকপগী থৌরমসু লোইশিল্লক্কুনা ঐখোয়গী প্রসিদেন্টসু পূন্না থোকমিন্নরক্লে।

থৌরমদুগী অথোইবা মীথুঙলেন ভারতকী শক্লাইরবা ড্রামাগী ডাইরেক্টর- হাবীব তানবীর, প্রো. তুলশিরাম, অসগর আলী ইঞ্জিন্নিয়র, কেদরনাথ সিংহ, বিহারগী শকনাইরবা অইবা ডা. খোগেন্দ্র থাকুর, অইবা অমসুং এম.পি. অজিজ পাসজা অমদি ষ্টেট ১৭কী প্রসিদেন্টশিং। অতে ময়ায় তাঙবন্দা ফমখিবশিংগী মনুংদা ডা. আলী জাবেদ, উর্দু ডিভলপমেন্টকী ডাইরেক্তর, সামীম ফাইজি, এডিটর, নিউ এজ য়াওরি। প্রো.কমলা প্রসাড, সেক্রেটরি, প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন। অতে ময়াম অমসু য়াওখি। থৌরম মপুনা, ডা. নামবার সিংহ, প্রাসিদেন্ট, প্রোগ্রেসিব রাইটর্স এসোসিয়েসন। অইবী মহাশ্বেতা দেবী, ফিল্ম স্টার এ.কে. হেঙ্গেল, পাকিস্তান অমদি শ্রীলঙ্কাগী মায়কৈদগীসু কনফরেন্সসিদা মায় পাক্লবা থাগৎ চিঠি থারকখি।

মতমদু ফাওবা ঐ অৱাংনা কদোম, মখানা কদোম মায়কৈ লেপ্পা ঙমদ্রি। নৌনা থুংলুবনা মায়কৈ লেপ্পা ৱারি। অদুবু ঐগী ৱাখলদা অসিমদি লৈ। 'ষ্টেজগী মমায়দু মনীং ওল্লিবনি। ভাবোক মখৈনা ষ্টেজগা মায়োক্লনা মায় মমাঙ ওন্দুনা ফল্লিবনি' হায়না অদুম লৌরি। অদুনা, ফল্লিবা ঐগী য়েৎ থংবা নাকল্লোমদা মীয়াম ফম্নরিবা অদুদগী ফুট চাম্মমুক ওইগদ্রা লাপ্পা মনীং-মমাঙ শাংনা অচৌবা বিল্ডিং অমা নৌনা শাবদৌনা লৈরি। থোইনা কুপ্পা য়েংশিল্লুদে। মায়োক্লবদা বিল্ডিং অমসু গেট পান্দুনা লৈরি। লম্বীনা বিল্ডিং অনীগী মরক ফাওদুনা চৎখ্রি।

ঙসাইগী লৈ পরেংগী দেকোরেসন্দু মফমসি ফাওবা লোইশিন্দ্রি। বিল্ডিংদুদগী খরা হেন্দোকখ্রগা হোজং অমসু শাদুনা লৈরে। হোজংদুদা লৈগী দেকোরেসন্দু লোইশিল্লি। মসিনা অরোইবা হোজং ওইরমাল্লে। মদু উবদা অঙকপগী মথক্তা নুংঙাইবা অমসু থম্মোয়দা ফাওই। মাইক্কী হোর্ন অনী অমসু হোজং মথক্কুদা লৈরি। চৎনা চৎনা ঐখোয় মশেল-

"রিন্যুএল ফী, ডেলিগেট ফী পীথোক্লম্বনা ফরনি!"

হায়নদুনা গেট হাংলগা ওফিস ওইরিবা কা অদোমদা চঙশিল্লে। অসুম য়েংলুবদা বিল্ডিংদুগী মমাঙমক্তদা লৈবা অশাবা মুর্ত্তি অমা উরে। কোরি মচুগী

কুচুনি, লেপ হেল্লপ ব্রাংনা লৈরিবা মুর্ত্তিদু। টুপী মনা ফনবা অমা চেপতক তৌনা উপ্লি। নাতোন শুমাঙগী কোই খাকই। নহা অমগী শকফম্লি। মঙক্তা লৈ পরেং নৌনা শিবিরি। মুর্ত্তিদুগী মখোঙদসু মখল মথেল মচু-মচুগী লৈনা য়োল্লি। মদুসু থোইনা থৌশারুদে, মতমদুনা নুংথিলগী পূং ৪ হেল্লক্লবনা।

মনুংদা অদুম চঙশিল্লে। মীওই মঙা তরুক চে-চাং শূদুনা তূমিন তূমিন মথৌ তৌদুনা ফমলমই। লোইনমক ঈং তপ্পগী মতৌ লৈ। জে.কে.না লুপা লিশীং অমা পূথোক্কুনা রিন্যুএল ফী থীখ্রে। রিশিপ্ট কল্লি। ডেলিগেটকিদি 'মশা মশানা থীনরসি' হায়নবদগী লুপা চাম্মা চাম্মা থোমজিল্লগা ঐখোয় মঙাগী ঐনা পীশিন্নবা তৌবিঙৈদা, মকোক তাঙবা রিশিপ্ট ইরিবা নুপাদুনা ফোম খরা লৌথোকবক্লগা, 'মসিদা মেনশিনবিয়ু' হায়দুনা পীশিল্লকই। ঐখোয়সু লৌরগা মাগী মাগী মমিং মথা, লৈফম ইশিল্লে। অদুগা ডেলিগেট কীদুগা লোয়ননা পীশিনখ্রে। মদুদগী ব্রা ভাঙনদে। নুপা অমনা হৌগৎশ্রগা বেগ মঙা, বেজ মঙা, ইরেননা পীথোক্লকই। ঐখোয় ডেলিগেট মঙাগীনি।

বেগতু উবদগী ঐদি ফনা য়াম্মা অমুক নে-না তারে। ঐগী চে-চাং হাপ্পবা বেগ অমা দরকার ওইরি। চৎত্রিঙৈদগী হৌনা 'বেগ অমতং লৈনীংই' হায়রুব্নি। ঐগী মকাপ্তুনা চৈতৎলকপদু নীংশিংলকই-

"করিগী হৌজিকপু বেগ লৈদৌরিনো? হয়েং আদা য়ৌবগা অদুম পীজরকঅদৌদুবু !"

লৈদনা অদুম লাকখ্রবনি। ইরায় লায়না মফমশিদা অদুম ফংলে। থাঙ্গৎতুনা য়েংলুববু, লূম-লূম লাওই খন্দুনা চেন চিংথোক্লগা হাংদোক্কুনা য়েংলুববু কবি করিনো লাইরিক অথাবা অনী অহুম, চে-চাং খবসু য়াওরি। বেগতু ঙক্তা য়ানশিল্লগা হৌনদুনা থোক্লক্লে। নুপা অমা মপান্দা ঐখোয়বু ঙাইদুনা অদুম লৈরল্লি। মাগী ব্রাদি পূমকাউবু কাউথোক্লই। ঐখোয়বু উবদা নোক্লকই। ঐখোয়সু মনাক্তা চঙশিল্লে। ব্রামনবনা মাগী মীনোক্কুগী পাউখুমদি তন্না য়েংবনা পীখ্রে। মানা চিংদুনা, ঐখোয়না মতুং ইন্দুনা অদুম চৎলে, লৈফমদনি।

ইনক-নকপোই নীংই। পাক য়ৌদে। ফনা শাংনা চৎলগা য়ূম্লক অমদা ঐখোয়বু পুশিল্লি। য়েংথোক্লুবদা ত্রিপুরাগী কাঙবুদু য়ূম অমদা পোত্থাদুনা লৈবা উরে। মখোয়গী মনাক্তা ঐখোয়বুসু পুশিল্লে। অদুগা- "শিদা পোত্থাবিয়ু!"

হায়রম্লগা হিপফম তূমফম লোইনা তাক্লম্লগা লেট্রিন পল্লকই। ঐনা হংহৌদবা য়াদে মতাগুম শং হংলুই-

"বাথ রুম, লেট্রিন কদায়দা?"

হংদবা য়াদে-মরু ওইরিবদি মসিনি। শীনি শীনি হায়না মফম তাক্লম্লগা, ব্রা অম'নী ঙাঙনরগা নুপাদু অদুম থোকখ্রে। ব্রা ঙাঙনবগী মথৌ তাদে। হান্নন৷ থৌরাং তৌদুনা শেম শাবা পূম্লোই লোইরম্লবনি।

ঙাইহাক, ফিরোল হোংদোক্লরিঙৈ তাল্লক্লুদা মমীৎ তোঙনা লাওবা, মরেপ ব্রাংবা, মশা পাবা অহল অমা থোক্লক্লগা লেপ্লে। যুমদুগী অহলনি হায়বা খঙলবদা ঐনা ইকায় খুম্নবা উৎতুনা-'নমস্কারজী' হায়না খূৎ লোন্নদুনা ব্যাভার উৎলুই। মানসু তরাম-তরাম ওক্লকই, মখূৎ অনী লোন্নদুনা। ব্রাদি মখা তানদ্রে। অহানবা উনবগী ইকোয়-কোয়নবা মতৌদু ঐখোয়দসু, মঙোন্দসু অদুম লৈ। অদুনা ব্রারী শানদে। লোন তিন্নদবগা ওইবনে কৌতক তৌনৈ। ঐখোয় ঈরু-মাইথজনবা, চীন-য়া শেংনবা, হোৎনবদা পূক্লিং চঙনৈ।

মথং মথং লোইশিন্নখ্রে। ঐগী পাল্লি তারক্লে। বেগ চেন হাংলগা ব্রশ লৌথোক্লে অদুগা কোলগেত হাপ্লগা বাথ রুমদা অদুম চঙশিল্লে। চীন-য়া ফজনা শেংদোক্লে। ঈরুজথোক্লে। নম্বর ব্রান, টু ফাওবা য়াওশিল্লে। হকচাংসি তগৎ-তগৎ তেকখৎপোই নীংই। পুময়াং য়াংথোকখ্রে। হায়! হায়! ঙরাংদগী নম্বর ব্রান খাঙগৎলকপা মখাঙ্গৎতো-কিদনি ফেল ওইদ-ওইরদবোই খনখ্রবনি। মদু পূম্না ফ্রী ওইরে হৌজিক্তি। শিরোই নারোইদবগুম হেক খল্লি।

ঈশিংদি হেন্দ পম্পদগী ওইনা শীজিন্নৈ। বাথ রুম মনাক্তা হেন্দ পম্প অদুম লৈ। মফমসিগী ওইনদি যুমথোঙ খূদিংগী হেন্দ পম্প লোইনা লৈনরমদৌবা মাল্লি। সুম য়েংবদা পুখ্রি উদে। ঈশিং উদে। টোটি পাইপ উদে। সুম য়েংলকপদা লমহাং-তুহাংদসু ঈশিং লৈবা পাক-পাক উদে। অশাবা মফমনি। গুহা ওইনা শীজিন্নবসু খরা য়াওরম্লি।

বাথ রুমদগী থোক্লক্লগা ফি-রোল হোংদোক্লে। শমজেৎ মিংশেল লৌথোক্লুনা শম হাৎনবা কোকসি নান্দুনা য়েংলুববু শমজেৎ হাৎপা য়াদৌ মান্দ্রে। শমসি চনপ-চনপ তৌরে। ঈশিংননি খল্লি। অদুঙৈ জোরহাতকী হোষ্টেল অমদা ঈরুজবদা চনপ-চনপ লাউখিবদুগা খেন্নদে খল্লি। মখোয়গী ঈশিংসি ঐখোয়গা চানদে। য়াম্না কা হেনবদি নত্তে। নমহাৎ-হাৎতোক্লে। নীংশিংলকই-ঐখোয়না পুরকপা ঈশিং বোটলদু। বেগতগী লৌথোক্লগা গর-গর ফনা য়াম্না লোইনিংচিৎ চিংশিল্লে। করি উপায় লৈ সি নৎত্রদি, চানবা অমতা হৌজিক ফাওবা ইমীৎশিদা উদ্রি। পূক্তদি য়াশিল্লক্ত্রে।

মখোয় খরদি হান্না থোকখ্রে। কনফরেন্স মখা চৎথবা য়াওনবা। লৈমিন্নরিবসিংদু অহানবা থেংনবনিনা ব্রা ঙাঙনদ্রি। ব্রারী ব্রাতায় শানদ্রি। মানা মানা থোকপা লৈনরি।

ফিরোল অনৌবা হোংদোক্লে। মখোয়না পীরকপা বেগতু য়ানশিল্লে। বেজসু য়ানশিল্লে। ঐখোয় অনী-হৌনদুনা থোকলক্লে।

"চাক হান্না চাখিসি! পূক্কি ব্রাকৎ থেম্লবা!"

নোকমিন্নরগা চাফম শেমলিবা অদোমদা হান্না চঙশিল্লুই। করিমতা লৈরমদে। চাগী থৌরাংফাও তৌবা উদে। ঙকতক তৌই ঐখোয় অনী।

"করিনো মখোয়গীসিবু চানবা থৌরাং তৌবা উদেনে। করম তৌনি শিদি? করিনো খরা চাশিন্দ্রদি য়াদৌ মান্দ্রে।"

ঐখোয়নি অসুম্না হায়নদুনা ঙাইহাক লেপ্পি। কোয়েং য়েংই। মী খরদি লৈ। নহা খরসু য়াওই। হংসি হায়নদুনা নহা অমগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হিন্দী ব্রাহৈ অম'নী লৎ-লৎ ঙাঙথোক্লুই। নুপাদুনা ইতিং তিংনা হায়দোক্লকই-

"রাত্রি ভোজোন নৌ বজে...।"

নুমিদাং পূং ৯ ঙাইবা তারি। ঐখোয় অনী চঙক্লরে। ঙাইহাক ব্রাখল তৌরগা অমুক হংলুবদা খুন্নকই-

"অব কুছ ভি নহিং। তয়ারি হৈ। নৌ বজে।"

'হৌজিক করিমতা লৈতে। থৌরাং তৌরি। পূং ৯ দা' হায়বল্লগা চৎখ্রে। উপায় লৈতে। ব্রারৌরিবা পূক্কী নিংঙাই থেম্লবা পূং ৯ ফাওবা ঙাইবা তারি। হৌজিক পূং ৬ লোমতমক তারি। নুমিদাংব্রাইরমগী চাসু পূং ৪ মিনিট ৩০ দা পীখ্রবজাৎনি। অদুনা পূমহাঙ-হাঙবা ওইরনি। ব্রাবদি লায়রদনা নোক্লিংলক্লে। লোন ফাওনবসিদা নুংঙাইবা অমদুম পোক্লে।

করি তৌনি। গেট ময়াদা টেবল অমগী মথক্তা গ্লাস খরা, ফিলটর পুংকক চাউবা অমগা খিন্দুনা লৈরি। মফম্মদু পঙনান নান্দে। লৈরিবদু ষ্টিল গ্লাস অচৌবদুনি। ফিলটরদুসু অমনবনি। ঐদি চঙশিল্লগা ঈশিংদু গ্লাস অনী গুত-গুত থকচিল্লে। মাদি থকতে। মা ঈশিং কি। হোটেলগী ঈশিং থক্তে। খল্লি কৈদৌনি ঐঙোন্দবু। ঐনা ঙম্মি পূম্নমক। খরা ঈংই, নে হেক তাই। কৈদৌনি অদুম থোক্লক্লে।

মাঙদা উরি, ব্রাংলবা বিল্ডিং অমা, লম্বীগী ব্রাংমদা। মশা পূম্বা বল্ব মচা মচানা পুময়োম য়োমই। অমুক জর-জর ঙাল্লি। অমুক জর-জর মমথৈ। কূফেৎ-কাফেৎ তৌবসু য়াওই। লাইরিক্কী মেলা অমসু বিল্ডিং মমাঙদুদা তৌরি।

মফম অহুম-মরি থোক্লা লাইরিক খর-খরা থেন্দুনা য়োল্লি। বিল্ডিংগী মাঙদা লম্বীগা তাইননা খারিবা ব্বালদনা শক্লাইরবা অইবশিংগী খূৎই, কবিতা ময়াম অমা খুরক হাঙদনা থেত্তুনা থল্লি। দেলিগেটশিংনা চঙশিন-চঙশিন পানৈ, য়েংনৈ। মৈনা পুমঙাল ঙাল্লি, টিউপমক্তা। জগোয় শাথেক তল্লিবী ব্বাং চাউরবী নুপী অমগী মুর্ত্তি অমসু বিল্ডিংগী মমায় ওইবা ব্বালদা লৈরি। ঐগী লেপ অনী খরা হেন্না ব্বাংনি মুর্ত্তিদু। ফিভম মুর্ত্তি ফৈ। তোঙ্গানৈ। য়েংবদা মীৎ থল্লি। চঙশিন্দুনা মেলাদা পূথোক্লিবা লাইরিক য়েংলুই। হিন্দী ঙাক্তনি। ব্বারেং-শৈরেং, ব্বারীমচা, উপন্যাস, জর্নেল ঙাক্তা। নুংঙাইরিবদি তাঙলবা চহি ৪০/৫০গী মমাঙদা ফোঙখিবসু য়াওরম্মী। য়োন্নবা নত্তে, খঙহন্নবনি য়েংহল্লগা, ঐখোয়দি লৈদে।

অদুম তৌরিঙৈদুদা মতমদু ফনা য়াম্না হৌখ্রজাৎনি। চাক চাফমলোমদা য়েংশিল্লুবদা মী খরা মরী-মরী চঙনখিবা উই। ঐখোয়সু অদুম চঙশিল্লে।

গেটতা টোকন পীনৈ। টোকন সিস্টেম্নি। বফেট টাইপনি। ক্যুদা লেপ্লে। ঐখোয়দি চরা অহুম ফুগত্তুনা চানিংলিবনি। প্লেটতুদা, চাক ফরা ফরা লাউবা খাবৈ অমা, তল মপাক অনী, শবজি মথেল অহুম, ঙা মথেল অমা। মসিনদি ওইদৌ মান্দে। ময়ামদু মানা মানা থোকপা লেপ্পা য়াও, ফম্বা য়াও, পংচাদা চানৈ। পামজনা চাবনা অয়াম্বা ওইরম্মি। ঐসু লেপ্ন-লেপ্না চখোম অম'নী থক-থক হুকচিল্লুই। তৌরে, অহুমশুবা চখোম লৌখৎলুববু কদায়দনো অমা ব্রেক খংফা ফারকই। চখোমদু প্লেটতুদা অদুম থাদখ্রে। ঐগী ইতৌদু মাদি ঙসাইদগী য়েংলিজাৎনি। খংহায় হায়রকই-

"চাশিল্লুহে অসুক হাউবসিবু! উম, শবজিসি হাউই, তলসিসু হাউইনে চাশিল্লু।"

চোপ-চোপ, চোপ-চোপ, তহা তহা শৎ শৎ হুকচিনখি।

"ঙা থোঙবা হাপ্লককে।"

হায়দুনা ঐগী প্লেটতুদা থক হাপচিল্লকই। অমুকসু হায়রকই -

"যূমদা চাবা ফংদবনি চাশিল্লু!"

মানা তৌরিবদু ঐনা চানিংনবনি। মাগী খূৎচাদুদা হাউদৌসু মাল্লি। ঐরা, ইথৈ-থৈনৈ। অদুবু, প্লেটসিমদি লোইনা ঙমশিনগে খন্দুনা ফম্লগা চাশিল্লে। ঙমফাৎতে। অদুম তোক্লে। ঈশিং গ্লাস অনী থকচিল্লগা অদুম থোকমিন্নরক্লে।

মীয়ামদো! অস! কদায়-কদায়দগী লাক্লিবনো? যূমসু ইউ-উদে। লৈরিবা যূম খরদুসু অয়ুক নুংথিলদদি মী লৈতবগা চপ মান্নে। ইচিক চিক্লা লৈ। শা-ষণসু কয়া উদে। অমমম অনীনিদি যূম ময়াদা পুল্লগা লৈবা উই। ঐনা তাদ্রবনরা খঙদে

য়েন খোংবসু তাদে। ক্লাক খোংবসু তাদে। লম্বীদা, ট্রেন ষ্টেসন্দা খোংহৌবা ক্লাক্তো, চাফম উবা য়াদবদো মফমসিগদি চঙনরমদ্রে। অঙকপনি। উচেক-ৱায়া অতৈসু কয়া উদে। অহিংসু, অয়ুক নুংথিলসু য়েন খোংদে। অঙাংসু কয়া উদে।

অদুগা তিল্লমল্লিবা মীয়ামদুবু!মতমদুগা! খূদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী য়েংলুববু-নুমিদাংগী পূং ১০.৩০ হেল্লম্লে। লাঙ-খোৎপসু তৌদে। ইংনা চিক্লা লৈনৈ। ওখাক য়াম্মই মীয়ামদু। ফূট ৪০০ হেন্না শাংলম্মি। চাম্মা হেল্লপ পাকলম্মি মীয়াম ফম্নবা খল্লিবা মফমদু। টিন্না কুপ্পা নত্তে। প্লাষ্টিক দম্বুরনা কুপ্পি। অদুক পাক চাউখ্রবা মফমদু মীনা কৃক-কৃক ইন্ননা ফমই। নুপী অঙাংসু য়াম্মই। ফম্বা চন্দদুনা, মতাই মায়কৈ অহুমমক্তা নুপা ময়াম অমসু লেপ্লি। ফমফমসু তোঙাল্লি। নাকল অমদনা দেলিগেটশিংগী ফমফম, নাকল অমগী ষ্টেজ ময়াদনা প্রেসকী, মেডিয়াগী, অদুদগী নুপাশিংগী। ময়ায়দনা নুপী অঙাংশিংগী।



*কনফরেন্সকী মীয়াম তীনবা*

ময়ামদু অসুম য়েংলিঙৈদা কলচরেল প্রোগ্রাম হৌজিল্লকই। পাক চাউখ্রবা ষ্টেজদুদা লাইট ফজনা মফম চানা ফিট তৌই। ম্যুজিকসিয়ান কাঙবুসু য়াম্মই। সাউণ্ডসু ফজনা ফিট তৌই।

মখল মথেলগী থৌরম্মি। গজল হান্না শকই। মথংদা বাঙ্গালী ড্রামা অমসু লৈ হায়। তাবা নুংঙাই, গজলদু। তানা তানা হকচাং মুন্থরকই। মরক মরক্তা খপ-খপ চিংদুনা খাঙই। ময়ামদি পূক্লিং চঙনা তানরি। ঐখোয় কাঙবু খরদি তূম্লিংবনা হেঞ্জিল্লকুনা চৎনখ্রে। ঐদি ৱারবসু ৱানা বাঙ্গালী ড্রামাদুসু য়েংনিংলি। অদুবু য়াদ্রে।

ঐগা লোয়নরিবদু উইরম্বদগী মমীৎ শিংলক্লমাল্লে। গজল ঈশৈ লোইশিল্লকপা তাঞ্জাদুদা হংকৎলকই-

"মখোয় অতৈদি?"

"ফনা কুইরে চৎখিবা, ঐখোয় অনীতা ঙায়রে।"

"এ! অদুদি ঐখোয়সু চৎশি। তৃম্লিংদ্রিবরা? পূং কয়া তারে?"

ঐনা খুদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী য়েংলুবদা নোংয়াই মতুং পূং ১ মিনিট ৩০ হেল্লম্লে। মঙোন্দসু হায়রে। মদুদগীদি পন্থবা য়াদ্রে। চৎশি হায়নদুনা অদুম হৌগৎলক্লে। ময়ামদুদি মপোপ ইকায় কায়দে। থেঙবগী ৱাখল লৈনদবগুম উই। মচি লেঙদনা লৈনহৌরি। ঐখোয়দি লৈফম তম্না অদুম লাক্লে। ড্রামাদু য়েংবা ফংলক্রে।

মাদি শৎ-শৎ লোইশিল্লগা হিপথখ্রে। ঐদি মোল্লিঙৈদা ফি হোংবা লোইদ্রি। খঙহৌদনা কোকিলগী খোঞ্জেল অমা নাকোংশিদা চঙশিল্লকই। অনীরক অহুম্লক খোংলকই। অদুদদি মানা হিপ্না হিপ্না হায়রকই-

"মতাং চাদনা খোংইসে কোকিলসি ! তৃম্লমদাইসিদা।"

ঐ ইতোমতা পূক্লিংদা খঞ্জে-শ্বাইসি কোকিল লৈবোইরে। মখা তানদ্রে। ঐসু অদুম হিপচিল্লে। নুমিৎ নীনি অমা মওং মরিল তানা তৃম্বা ফংলক্রবনি। ঙাইহাক নুংঙাইনা তৃম্বা য়াবরা য়েংগে খন্দুনা ওবা থিংনবা গুলিদু অমা চাশিল্লি।



*ত্রিপুরাগী কাণ্ডবুগা ঐখোয়গী কাণ্ডবুগা নম্মিন্নবা*

মীকপ থোকলক্লে। কনা অমতা চেক-মোক লাউনদ্রি। মফমদুদা ঐখোয় মাপলনি লৈরিবদু। ত্রিপুরাগী মরি, মণিপুরগী মঙা ঐখোয় অনীগা থারগা। ত্রিপুরাগী নহা অনীগা, ঐখোয় মরি অচৌবা ফম্মুং অমদা পুল্লপ তৃমই। ইকোম-কোম্না

চল্লি। অম'নী অমগসু তূমশিনবদা চিনগদবা মান্দে। কাদুদা ঐখোয় তরুক্লি, ত্রিপুরাগী অহল অনীদুমা পূন্না তূমই। যূমদুগী মাঙ্গোলগী শরুক্লি। নাকল অমা ওপননি, গ্রীন হাপ্পা ডিজাইন্নি। থংনবা কাদা মখোয় অনী। মথং কা অমদা নুপীদু মতোমতা। ঐখোয়গা লাকমিন্নবনি মথন্তনি নুপা মরিগী মনুংদা। অঙাংসু অঙাংনি। ময়ামদু নাখোক্তুনা তূম্লরি। ঐতনি মীকপ থোক্লিবা।

খূদাং থাঙ্গৎতুনা ঘড়ী য়েংলুববু নোংয়াই মতুং পূং অহুম মখায়তমক তারি। 'হৌগৎলগা ময়াম হৌনদ্রিঙৈদা ঈরুজ-মায়থজবা লোইশিল্লসিরা' খল্লি। 'ঙনমল্লি মরিদি তাহনখিগে' খন্দুনা পূংখায় অমা হিপচিল্লি। ৱাখল তৌই-

"ঐনা হিপথখিবদু নোংয়াই মতুং পূং অমা মখায় খরা হেল্লকপদনি। হৌজিক পূং অহুম-মখায়তা তারি। অদুনদি ঐনা ফজনা তূমখ্রিবশি পূং অমা মখায়তনি। অদুনদি, তূম্বশি মপূং ফাদে। ময়ামদি ফজনা মপূং ফানা তূম্লে। ঐনা য়াদ্রিবসি করিগীনো?"

খল্লিঙৈদা পূং মরি তাশিল্লক্লে। অদুম হৌগৎলগা অয়ুক্কী থৌরাং লোইসিন্নবা, ঈরুজনবা শেম-শারে। ঐ বাথ রুমদা অদুম চঙশিল্লে। ঐগা লোয়নবদু মীকপ থোক্লমাল্লে, য়াওলহৌরে।

নুংঙাই, ঐনা ঈরুজবা লোইরগা থোক্লকপদা মাগা, ত্রিপুরাগী নহাদুগা ফম্মুংদুদা মমায়-মমায় ওনশিন্নদুনা ৱারী শাদুনা ফল্লম্মী। য়াহৌরকপগা মপান থোক্তুনা অদুম ফল্লিবনি। মানা, ঙকতক তৌনা থক হংজিল্লকই-

"এ! নঙদি ঈরুজবফাও লোইশিল্লবা ..!"

"উম! লোইরে।"

ঐনা খুমখি। মখোয় অনী ৱারীদা পূক্লিং লুপ্লরি। ঐদি মখোয়গীদুদা থোইনা পূক্লিং থিংজিল্লুদে। অদুবু ফিরোল হোংনা হোংনা, শমজেৎ হাৎনা হাৎনা মখোয় অনীগী ৱারীদু তায়।

নুংঙাই! তাবদা নুংঙাইবা ফাওই। মখোয় অনীনা লোন শুবোই-শুদবোই হিন্দী, ইংলিস য়ানশিন্নদুনা শানরিবা ৱারীদু। ফোঙদোকপা ঙম্লরক্তবা তাঞ্জাদা মখূৎ মশা, ইঙ্গিত ইরাঙ তৌনদুনা ৱাখলদু ফোঙদোক্লবা হোৎনরিবদু আর্ট মখল অমনি।

ত্রিপুরাগী অহল অনীদু তূম্বা ওখাক ফৈ। হৌজিক ফাওবা নাখোকপা লোইদ্রি। ঙস্তানসু তূমখ্রিবনি। ঐখোয়গী অনীদুসু মোং-হাদ্রি। নুপীদুসু।

মীকপ থোক্লরকপা য়াওরে। হৌগৎনরকপগী ব্রা অম'নী নাকোংসিদা তায়। ঐদি ফি হোংবা লোইদ্রি। তাঞ্জাদুদা, ঙরাং ঐনা মমীৎ তোঙলাও লাওই হায়খিবা অহলদুনা ময়ামদুদা অয়ুক্কী চা য়েল্লরে। ঐঙোন্দসু পীশিল্লকই। চাদু ঐদি নোল্লুক্লা, ব্যাভার অমগা লোয়ননা খূৎ লোন্নদুনা 'ঐদি থকচদে' হায়দুনা লৌহৌদ্রে। করিসু খলহৌদে। অদুগদি থংনবা মীকুপ্তুদা কদায়দগীনো খঙহৌদে পূক্নিংসিদা নুংঙাইতবা অমা খংফাও ফাওরকই-

"অস! অহলসিনা করি খল্লম্লি। অহলসিনা তরাম তরাম তৌজদুনা, য়াম্না নুংশিনা মখূৎমক্লা পীরকপা চাসি ঐদি লৌহৌদ্রেদনা! হান্না থকত্রবসু মসিমদি থকপদা অহলসিনা মাগী ব্রাখল কয়াম নুংঙাইনি!"

নীংঙল্লক্তে, 'ঐগী মরূপ্তুদি মসি শোয়দনা লৌরম্লি। মা, ঙসিদি শোয়দনা চা থক্কনি। অমুক্তা ওইরবসু শোয়দনা চিংগনি। ঐসু থকত্রবসু অহলসিদগী চাসি লৌদি লৌহৌসিরা...।' খনগৎলক্তুনা অহল্লোমদা থক লৈশিনবমক্তদা কা মনুংদগী মরূপ্তুনা হায়রকপা তাই-

"ঐ চা থকচদে ! নুংঙাইবিয়ু! ঈশ্বরনা অদোম্বু থৌজালবিসনু!" হিন্দীদা হায়বনি। ঐনা মণিপুরীদা হন্দোক্লগা ইবনি। ব্রাদু তাবদগী ঐ হান্নগী ফিভমদা হনজিল্লে। চাদু লৌহৌদ্রে। নুংঙাইতে।

খল্লি-'মসি হৌন-খঙদবা মচৎনি।' হৌনখঙদবা হায়বা ব্রাহৈসি ঐ পূন্সিদা অমুক্তা খনখিদ্রি। অদুবু মীকুপ্তুদদি তশেংনা খনখি।

চাদু মমৌনুপীনা লোল্লগা পুথোক্লকপনি। থোঙ ময়াদগী অহলদুনা লৌরগা মখূৎমক্লা য়েল্লরিবনি। মমৌদি মকোক খুম্লগা থোঙ ময়াদা লেপ্লগা ঐখোয়বু য়েংলি। হৌনখঙবা ইমুং অমগী চপচাবা মওং অদুনি। ঐখোয়বু অতিথিনি খন্না তৌজবা সেবানি। কয়াদা পূক্নিং নুংশিখ্রবা।

ঐনা লাইরিকসিদা ইজরি-অদোম ব্রাখল নুংঙাইতবা তৌবিনু ! ঐবুসু লান্না লৌবিনু! করিগুম্বা মতুংদা অমুক উনবা থোক্লবদি, ঐনা অদোমদা 'ঐবু ঙাকপিয়ু' হায়জগনি। ঈশ্বর মহাক্লা থৌজালবিসনু ! পুন্সিসিদা অমুক হন্না করিগুম্বদা উনবসু ঈশ্বরনা পীনবিসনু !

মাগী শৎ শৎ তৌবিদু তৌররে। ফৎ থোক্লকই।

"দেবশিস কৌবনি।"

থক ফমথখি। চে কলম পুথোক্লগা করি-করিনো ইরি। লাইরিক অমসু ফাকই। নংহৌররোই মতাগুম তহা তহাই, মশাদু লৈতাদে। ঐসু ফিরোল হোংবা

লোইরদুনা মখোয় অনীগী মনাক্তা ফমথরে। ঙাইহাক তূমিন ফল্লি ঐ। ঐবুসু মানা শক্তাকখি-

"ক্রিএটিব রাইটরনি । নোভেলিষ্টনি। ৱারী মচাসু ই।"

মদু হায়রুবদগীদি অমদুনা হৱাওনা হায়রকই-

"নোভেলিষ্ট ! ভেরি গুড...!"

ঐসু 'থেঙ্কয়ু' হায়রগা হরাও-হরাও খূৎ শোক্লে।

মদুদগীদি ঐখোয় অনী পুরা খঙনখ্রে। ঙাঙবা,হায়বা,পননদ্রে। ৱারীদু ঐখোয় অনীগী অমুক ওইরে।

ষ্টেট অনীগী রাজনীতিগী, শেল থুমগী, লৈবাক্কী ইরাঙগী, সরকারগী পোলিশি প্রোগ্রামগী, ইন্সরজেন্সিগী, লো এন্দ ওর্ডরগী, চাওখৎ-থৌরাংগী, কম্যুনিষ্ট পার্টিগী, অদুদগী মার্ক্সিজম লেনিনিজমগী মরমদা। মানা ফৎ হংলকই -

"খেন্নবা করিনো ? অনীসি করম্বনা ফৈ? নঙগী মত পীয়ু।"

খঙনীংবগী মথৌ হাপ্লদুনা মানা তকখৎলকপসি লোইরে। ঐ খুমফম খঙজিল্লক্রে। লোন-লিগা লৈতোন ইফা ফাবনে।

ঙাইহাক্কুদা ঐখোয় অনী অসুক্কী মতিক লোন্দিন্নখ্রে। ঐগী মরুপ্তু মীতোপকুম খনখ্রে। শক খঙনবগী নুংঙাইবা হায়বদু চপ চানা থোকই। মানা 'ফোটো লৌগে' হায়দুনা মাগী ডিজিটেল কেমেরা পিক্কুদু লৌথোক্লগা ঐগী ফোটো নমই। ভিজিটিং কার্ড পীরকই। মুন্না য়েংশিল্লুদে। ফুরিৎখাউদা অদুম হাপচিল্লি। ঐগী মরূপ্তু ঐখোয় অনীগী মতৌদুদা মরক থৎনিংদ্রমাল্লে।

"ঐ থৌরাং লোইশিল্লখিগে!"

খোঞ্জেলদনি নাকোং য়ৌরকপা। হায়না হায়না মহাক বাগ রুমলোমদা অদুম চঙখ্রে। অতৈসু মানা মানা থোকপা ৱারী শাননি। ঈরুজ- মায়থজরগা, মফি-মরোল শেংপা লোইখিবসু য়াওখ্রে। ঐখোয় অনীরা মখোয়গী অদু চঙদে। ঐবুদি ফুরিং লিংশিনগদবদা ঙায়রবনি। মাদি অয়ুক্কী ব্রশ তৌদ্রি। মদু মা চঙদে। ইন্টর্ভিউ তৌগে অমুক হায়রক্লে। মাগী ভিদিও কেমেরা পিক্কুদু লৌথোক্লক্লগা ৱারী শানা শানা নম্না হৌখ্রে। হংজিল্লকই-

"নোভেলতমক ইবরা? অতৈ করি করি ই? লাইরিক কয়া ফোঙখ্রে।"

"ৱারীমচাসু ই। লাইরিক মঙা ফোঙখ্রে।"

"শৈরেংদি ইদ্রা? ইরবদি অইবা য়াওরকপ্রা?"

"করিগুম্বদা শৈরেংসু ই। ... য়াওরকই।"

ঐনা ঐগী শৈরেংদু বেগতগী লৌথোক্লগা মঙোন্দা পী। কেমেরা ওফ তৌরগা শৈরেংদু পাই। অদুগা-

"ভেরিগুড, ভেরি নাইস পোইম !"

পাবা হেক লোইবগা নোক্লা নোক্লা হায়রগা ঐঙোন্দা য়াম্না হরাওনা হেন্ডশেক তৌই। মতৌদুদা ঐসু নুংঙাইবা পোকই। শৈরেংদু অমুক ভিডিও নমই।

"এক্সত্রা কোপি য়াওবরা? য়াওরবদি অমা পীরম্মু।"

মাগী মতৌদুদা নুংঙাইবা অমগা লোয়ননা ঐনা কোপি অমা অদুম পীখ্রে।

"ঐ শৈরেংসি জর্নেলদা শোয়দনা পব্লিশ তৌগনি। নঙনা ইরিবা নোভেলদু করি ৱাখলদগী ইখিবনো? ফিল তৌখিবরা? করিদা বেজ তৌই? পেন্দবা লৈবদগী ইখিবরা? করিদা ইফেক্টিব ওইহন্নিংই...?"

লোইবা নাইদ্রে ৱাহংদু মথং-মথং ...। শৈরেংদু পব্লিশ তৌনি হায়বদু ঐগী মরূপ্তু তাহৌই। মদুদগীদি মাসু মফিকা হোংদনা ঐখোয়গী ইনাক্তা শৎ অমুক ফমজিল্লরে। অদুগা ৱারী মরক শৎ থৎখি।

"ত্রিপুরাদা পব্লিশর লৈবরা? লৈরবদি করম্না কন্ডিশন্দা ফোঙই?"

মথং মথং অমুক মানা চেনা পন্দনা তকথৎখ্রে। অস! ঐ স্বর খরা হোন্দোকচৈ। ঐগী ওপিনিয়ন পীবনি মানা খ্বায়দগী হেন্না পামজবসি। মাগা ৱারী শাবদু অৱাবা অমনি।

"ত্রিপুরাদি য়াম্না ফরে। নখোয় নুংঙাইরিনি। টার্ম অহুম্লক থংন-থংননা সরকার পায়রবা পার্টিনা হন্দকসু সরকার পায়রে। কম্যুনিষ্ট পার্টি নৎত্রা? হন্দকসু সিট ৪৭ ফংলে। নখোয়গীদি চাওখৎ-থৌরাং খূমাঙ চাওশিল্লম্লনি। ইরাঙসু থোইনা লৈতে হায়না তায়।"

ঐনা হায়বা লোইদ্রিঙৈদা মানা মরক শৎ থৎখি-

"নত্তে! নত্তে! ত্রিপুরা নুংঙাইরে কনানা হায়? অরানবা ৱানি। নমথাক তৌবনি। শেল, নোংমৈগী পৱারনি। মীয়াম অঙকপা ফংনা ৱানরি, চাওখৎপগী মমি তাদ্রি।"

লোইরে,মথং মথং চেনা পন্দ্রে। মাগী মতৌদুদা ঐ চিংনবা অমদুম পোকশিল্লকই। মখাসু তারকই-

"নঙ কম্যুনিষ্ট ফৈ খনব্রা? কসিয়া কায়খ্রে। চিনানা মার্ক্সিজমনি। অনীসি করম্বনা হেন্না ফৈ?"

লোইরে। ঐ তিংঙক-মায়ঙক্লরে। মাগী ৱাহংসিগী পাউখুম ঐ করম হায়না পীদৌরি? ঐ অরুবা তানফম অমা মায়োক্লরে। অদুনু খুদক্তা লাকপা ৱাখল অমনা খুমদোকখি-

"হৌজিক মণিপুরগী কন্টেম্নতা য়েংলগা মদুগী পাউখুম পীবা য়াম্না ওনমন্নি।"

খংনিং নীংশিংলকই জে.কে. য়াওরি হায়বা। অদুনা ঐনা অমুক থক ওকশিল্লে-

"সোরি! সোরি! নঙনা মদুগী পাউখুম পাল্লবদি ঐখোয়গী প্রসিদেন্ট য়াওরি' জে.কে. লুয়াং। মহাক কম্যুনিষ্ট পার্টি, মণিপুর স্টেটকী ইজিক্যুটিভ মেম্বরনি। মঙোন্দগী নঙগী পাউখুম শোয়নম্না ফংগনি। মাগা বারী শানবিয়ু!"

ঐগী পাউখুমদা মহাক পেন্দে। মানা পাল্লিবদি ঐগী ওপিনিয়ননি। ঐগী মরুপ্না অমুক দেবশিসকী বাদু চঙদে। মানা অঙম তাল্লিবনা মণিপুরী শৈরেং মখোয়রোমদা পল্লিশ তৌবগী চপ চাবা মওংদুনি। অদুনা মানা শং ওকশিনখ্রে-

"নঙগী বাকমদু জে.কে.গা জোয়ননা কোন্না খন্নসি। ঐনা নঙোন্দগী খঙনিংজিবসি নখোয়গীদা পল্লিশ তৌবিনবা মীওই লৈব্রা? ঐখোয় মণিপুরদদি পল্লিশয় লৈত্তে। মশানা ইয়গা মশানা ফোঙজবনি। মদুসু পাবিনবা য়াম্না বাংজি। বাংপদা নত্তে, শুক্লে লৈতে হায়বা য়াই। অদুনা লাইরিক য়োনবা, লৌবিনবা মী লৈত্তে।"

ঐগী মরুপকী বাসি তশেংনা চুমই। অদুবু মণিপুরগী ফিভম উৎলুবসি হায়ফেৎ ইকায়, হায়দোকহল্লিংদে। অদুবু হায়দোকখ্রে। কমদৌনি!

মতমদু ফন-য়াম্না থেঙজিল্লক্লে। ঐখোয়গী বারীসু লোইবা নাইরোইদৌরি। অতৈদি কনফরেন্স য়াওনবা শেম-শাবা লোইনখ্রবনি। থোকখিবসু য়াওখ্রে। ঐখোয়গী ইরাঙদু জে.কে.না খঙই। অদুনা চঙশিল্লক্লগা মরক থংলৈ।

"থেঙখ্রে। মীতিং হৌরল্লনি। বারীদু কোন্না শারসি।"

মাদি চংকন্দবগী মখোঙ থাঙদোক্লরুবনি। ঐগী মরুপ্তু ইফিং-ফিংগৎপিদু তৌরে।

"ও! ও! ও! লোইশিল্লগে! সোরি, ঐখোয় চংপা মতম থেঙলে। হোরেল বারী মখা চংথরসি!"

মদুতদা ঐখোয়গী বারী লোইশিল্লি। ফুক-ফুক হৌগৎনরগা চংনবা থৌরাং তৌনৈ।

ঐখোয়না লৈরিবা মফমসিদা এমডি. অনু মিয়া য়াওরি। মাবু ওসাইদগী ঐনা মতাই ওইনা থমই। মাগী মরমদা বাহৈ অমফাও পনদ্রি। মহাক দেবশিসকা লাকমিন্নবনি। বারীশি মাসু শরুক য়ারিবনি। মরক-মরক্তা মাসু থেংলিবনি। মপুং ওইনা শানবদি ওমদে। মাসু লোনগী পোব্লেম লৈ। অদুনা বারীদা মপুং ওইনা য়াওদে। মরক-মরক্তা মাগী মত পী। নোক্লগা য়েংবা, মমিংনা, মখুৎনা খঙহনবা মাগী মথৌনি। মীসু ঈং তক্লি। মখোয় মরি লাকমিন্নবদু অমনা ফাগি চেনবা অহলনি,

মকোয়সু থাকই। মশা পায়। অমনা, তৃমিন লৈগনবা মীতানি। মাদি রিজার্ব তৌগনবা মীওই মাল্লি। মীওইদু মশা ফুল্লপ তৌই, কুচুদি মানা থরা পাল্লি। মখোয় অনীগদি ৱারী ৱাতাইসু কয়া শানদে। মমিং মথাসু হংজিল্লুদে। রিজার্ব তৌগনবা নুপাদুগীদি ভিজিটিং কার্ড পীরমই। ডা. স্বপন সেনগুপ্ত কৌই, সেক্রেটরীনি, প্রোগ্রেসিভ রাইটর্‌স এসোসিয়েসন, ত্রিপুরা ব্রাঞ্চকী। সরকারগী থবক তৌইসু দেবশিসনা হায়। ফাগি চেনবা অহল্লগীদি মমিং মথাসু অমতা হংহৌদ্রে।

ঐগী মরুপ্পা হায়রকই-

"নবুল রোয়।"

ঐখোয়সসু কয়া লোয়নদ্রে। মাদি বেড়াসু থকই। মহাক্কে হায়খিবা ৱাহৈ থরা ঐ হৌজিকসু নীংশিংলি -

"সো জা সো জা মেরা মুনা!

মাঁ নিন্দ নহিং আতা!"

অসুম্না হায়বা ওইরমাল্লে! ৱাহৈদুদা নত্তে ঐনা কাউদ্রিবসি। মাগী খুৎহায়দুদা ঐনা নোক্লিংবা অমা য়াওরি। তাবদা নুংঙাইবা অমসু পোকই।

লোনগী পোরেমসিদি অনু মিয়াদসু নত্তে। ঐখোয় লোয়নমক লোনগী পোরেম লৈরিবনি। ঙম্ম-ঙম্মবা ঙাঙনবা ঙাক্তনি।

দেবশিস, ঐখোয় অনী থানদ্রে। মানা চৎলে চৎ, ঐনা চৎলে চৎ তৌরে। ওহ্মোক্না লুনা চান্না তিন্নবা মরূপ ওইরে। পুন্সি চুপ্পা কাউনদৌ মান্দে।

ঐখোয়না কনফরেন্স মফম য়ৌবদা অতৈ ষ্টেটকী ডেলিগেটশিং লৈরম্লে। লাইরিক মেলা য়েংবনা য়েংবা, ওনশিন্নদুনা ৱারী শাবন-শাবা তৌদুনা লৈরি, মীফম হৌদ্রিমাল্লে।

ঐ ঙকই। দেবশিসনা, ঐখোয় অনী মেলাগী লাইরিকশিংদু য়েংমিন্নরমবদগী নুপা অমগী মনাক্তা শৎ চঙসিনখি। ঐসু মতুং ইন্নে। কম্যুনিষ্টকী মতাংদা মানা হায়খিবসি, ওহ্মোক্না শাংলবা ৱারী অমনি। মাগীদু ৱাকৎ অমসু য়াওরি। কম্যুনিষ্টকী আইদোলোজিগী মতাংদা, পার্টিনা চৎলিবা শাজৎকী মতাংদা, মখোয়গী ষ্টেটকী সরকারনা মীয়ামদা য়েংলিবা মীৎয়েং। পেন্দবা, য়ানিংদবা, তৌহন্নিংবা, তৌহন্নিংদবা, ময়াম অমা পুনসিল্লগা নুপাদুদা ৱাকৎ অমা মিনিট তরারোম চঙনা থাঙ্গৎলকই। মা মশাদু টেন্সন থরসু লৈরে।

নুপাদু, দেবশিসনা হায়রিবশিংদু তৃমিন্না ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদনা পূক্লিং চঙনা তারি। মরক মরক্তা মঙক নোম্লকই। লোনদি অদুম ফাওনবা মাল্লি। ঐসু তৃমিন অদুম তারি।

অস! ঐ পুংঙক ঙকই-দেবশিসকী শাংলবা মিনিট তরারোমগী ব্বারুৎতু নুপাদুনা তেল্লবা ব্বাহৈ পরেং অমদা লোইশিনথোকখিবদুদা। নুপাদুনা মপোপ শুংকায়-কায়দনা, মোং-হাদনা, ঈংনা তপ্পা হায়দোক্লকই -

"নঙ তপথৌ, মদুনা নঙগী থবক মায় পাক্কনি, শাউগৎকনু!"

লোইরে! নুপাদু য়াম্নসু ঈং তপ্পি। মীদি নেমতক তৌই। কুচু মুরংনৈ।

ঐখোয় চঙকনৈ। অনুদুসু ব্বাদু তারমলি। তুংদা তাঙ্গাদুদা ঐগা লোয়নবদুনা ফিংলপ চঙশিল্লক্লগা তহা তহা হায়রৈ -

"নাসতা! নাসতা! মী লোইনা চৎনখ্রে। চঙলসি লাকও।"

হায়রম্লগা মা হোবে-হোবে অদুম চঙখ্রে। ঐখোয়সু চাফম থকফম শেল্লিবা অদোমদা অদুম চঙশিল্লে।

টোকন সিষ্টেমনি। গেটতা চঙলিবশিংনা টোকন অমমম পীরম্লগা চঙনৈ। টোকন লৌশিন্নবা মী লৈ। মীওক-মীচান ফৈ, হৌন-খঙবা মীওই ঙাক্ত ওইনা তৌই। চহিদি নৌরি। টোকনদি বেগ পীবদা হান্ননা য়াওরবনি। দেবশিসতি পেন্দ্রি। মাদি ব্বাফমসি প্রোষ্টে তৌগনি, ষ্টেজদা কাখৎলগা মাইক্রফোন পায়রগা ঙাঙগনিফাও হায়খিবনি ঐঙোন্দা, ঙসাই লম্বীদা লাকমিন্নবদা।

মখোয়গীদি অয়ুক্কী ওইনা খরা চাশিন-থকচিন, চাগা তল মচা অম'নীগা তৌবশি নাসতা সুবহকা নাসতা হায়, অয়ুক্কী পুং ৮ দগী পী। ঐখোয়সু বেগতগী টোকনদু লৌথোক্লগা গেটতা লৈরিবা ভোলুনটিয়ারদা মচেং অমা পীরমই। টোকন লৌরিবা নহাদুনা ঐঙোন্দা শোম্থাংননা হায়রকই-

"ব্বারৌবিগনু! শ্বাইগী মীতোপ চঙশিল্লগা চাবা য়াওই। মদুনা ঐখোয়না ময়ামগী শীল-লাঙবদা অপনবা থোক্কদ্রা খনবদগীনি।"

"য়াম্না ফৈ।"

হায়রম্লগা ঐ হরাও হরাও অদুম চঙশিল্লে। ময়াম ফনা য়াম্না চানরম্লে। ক্যু সিষ্টেমনি। ঐসু প্লেট অমা লৌরগা পরেং লেপ্পদু য়াওশিল্লে। তল মচা অনী, শবজি মথেল অমা, চতনি খরা। চাদি মশা মশানা হৈবগা থক্লে। মোল্লিঙৈদা ঐদি হেক্তা কোলহৌই। ঐখোয় কাঙবু হান্ননা চানখ্রবনি। ঐসু চাবা হৌরুই। মহাও লৈগুম তৌই। তলগী মহাওদু ঐগী লৈতোনগা শম্নবা য়াবদৌনা হেকমক তৌরে নুমিৎসিদি। মমাংগী নুমিৎকী মহাওগা মান্নদে। শবজিদুসু অদুম হাউই। 'করিনো ঙসিদি' খন্দুনা চারিঙৈদুদা ঐগা লোযনবদুনা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রৈ-

"করিনো ঙসিগী নাসতাসিদি হাউই। শবজিসি মহাও লৈত্রনে? এ! মসিদি পূক থন্নবা চাবা ঙম্নি। ঙরাংগী চাক্কু চাদৌ শরুক মসিনদুম ফরেনে! হাউত্রনে? চাশিল্লুনে...।"

হায়রল্লগা ফৎ অমুক চৎথোকখ্রগা অতোপ্পা অমগী মনাক্তা অমুক চঙশিনখি।

ঐসু 'হাউই' হায়রগা চারি। মানা হায়গুম্লদনা ঙসিগী নাসতাসি হাউই। খরগা অমুক লৌনিংলি। অদুবু ইকায়। তাঞ্জাদুদা, মশা নানবা, ফিজোল নান্না শেৎপা, নোয় পেনবা, মীদি নেমতক তৌবা অমা চঙশিল্লকই। য়েংবদা মীচম ওইরমদৌ মান্দে। মীনা শকখঙ-মায়খঙনরবা মীওই ওইরমদৌ মাল্লি। মীসু ঈংই। মবুক-মপাউ ফরমদৌ মাল্লি। নুপাদু পিপল মৈতৈগী মনাক্তা চঙশিল্লকই। ঐ খঙই-মানা পিপল মৈতৈদা করিনো খরা হংগদৌরে হায়বা।

"নেপালদগীরা...?"

হংখি। ঐ খঙই পিপল মৈতৈনা চঙক্লগদবদু। অদুনা ঐনা শৎ চঙশিল্লগা হায়রকই-

"হায়বিয়ু ! করি হায়বিবনো?"

"নেপালদগীরা?"

"নত্তে! মণিপুরদগীনি! ঐখোয় লাকমিন্নবনি।"

ঐঙোন্দা অমুক হংজিল্লকই-

"মা হিন্দী খঙদবরা?"

ঐ লকক তৌরে। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা অদুম হায়দোকখ্রে।

"হিন্দী খঙদে। ইংলিসসু খঙদে। মণিপুরীদি খঙই।"

মা ঙকতক তৌই -

"মণিপুরী...!"

মশাদু ইয়াং-য়াংথোক্লকপগুম তৌরকই। ঐনা-

"হোয়, মণিপুরীনি ! মণিপুরদগীনি ...।"

মা করিনো অমা খঙনিং নীংশিংলকপদৌনা শৎ হায়দোক্লকই-

"মণিপুর ! ও ও! ও ও ! মায়া দেবী ...!"

ঐ অমুক ঙকতক তৌরে। মরোল খোইতক তৌনা মায়া দেবী হায়রকপদুদা। মায়া দেবী করিনো খঙদ্রে ! লাইগী মিং ওইরবোই খন্দুনা অদুম হায়দোকখ্রে।

"হ ! হ ! মায়া দেবী...!"

মা হরাও-হরাও নোক্লগা পিপল মৈতৈদা পোপ পোপ ফূরগা নুংশিনা তৌবিরে। ঐনা অমুক হংজিল্লি-

"অদোমগী মিং হায়বিয়ু ! লৈফমসু ...।"

পন্দে, মাসু মমিং হায়রকই-

"মিথেস নির্মোহি, রাজস্থান।"

ঐ ময়েক শেংনা তাহৌদ্রে। অমুক্তা হায়বিয়ু হায়রুরে। মাসু ইচম চম্না অদুম হায়রকই-

"মিথেস ...,"

ঐনা ইশিন্নবা চে কলম পায়খৎলে। অদুগা হায়খি-

"মিথেস ... নিথেস... ?"

"মিথেস নির্মোহি..."

কদোমদগীনো ঐগী মরূপ্তু নংহৌররোই মতাগুম শৎ পাইশিল্লকই। অদুগা ঙকতক তৌনা হংজিল্লকই-

"মিথেস ...! রাজস্থান...!"

মাসু ইতিং তিংনা মঙক নোল্লগা অদুম খুমলকই-

"চুন্মী!"

অদুদগীদি ঐগী মরূপ্তু মাগী করি মপা থোক্লরবনো খঙদে, হরাওবনা লুতোন কাখ্রে। ইংলিসতা অদুম হায়থরক্লে।

"ভেরি-ভেরি গুড লক! য়ু... য়ু রিমেম্বর মায়া দেবী...?"

"হঃ হঃ আই রিমেম্বর মায়া দেবী, ফ্রোম মণিপুর।"

অস! ঐ নে হেক তাই। মায়া, মণিপুরী লিটিররি সোসাইতি, ইম্ফালগী সেক্রেটরি ওইরিবী মায়া! ঙাইহাক্তুদি ঐখোয়তগী ওইবা সংসার অমা মফমদুদা শাগৎলে। ওন্থোক্লা নুংঙাইবা পৃংফম অমনি। মদুদগীদি ঐগী মরূপ্তুগা অদুম তকথনখ্রে। ঐ য়াওশিল্লুবা ফংদ্রে।

"অস! মায়া য়াওরম্লর্বাদি কয়া নুংঙাইজগদবা ! ঐনা হনখ্রগা মায়া দেবীদা রাফমশি শোয়দনা রারী শাগানি। মাসু য়াম্না হরাওজগনি।"

মিথেসনা মরক থৎলকই-

"করি !... অইবা..., মমিংদো নীংশিংবা থোক্রে। মাগী ট্রান্সলেসনসু তৌখিবা..., মমিংদো ঐ হায়বা থোক্রেনে।"

মদুমদি ঐখোয়সু হায়ফম খঙদ্রে। রারী ঙাইহাক শানরগা মিথেসনা-

"মীতিং হৌরনি।"

হায়রকলে। ঐখোয় হরাও- হরাও কায়নরে। মিথেস চৎখ্রে। মরক্তুদা পিপল মৈতৈদি উচূর্নি। মা, ঐখোয়না ঙাঙনরিবদু তাবতনি।

ঐখোয়সু কনফরেন্স হোলদা চঙশিল্লে। মীফম হৌগদবগী শেম-শাবা পূমলোই লোইরল্লে। চঙলগা গেল্লরিরোমদা কাখৎলগা অদুম ফল্লে। ঙরাং নুমিদাংগী সেসনসু মফমসিদা অদুম ফল্বজাৎনি। ঐখোয় য়াওদে। কাউন্সিলগী মীফম্নি। প্রসিদেন্টতি য়াওরমগদ্রা, মাগা থেংনদে মতমদুদা। ওফিসিয়েল ওইবা ৱাফমদদি ঐখোয় থোইনসু পূক্লিং চঙদে। 'প্রসিদেন্ট য়াওরি মানা হেন্না খঙলিবনি' খন্দুনা কোমথোকই।

ঙরাং ঐনা ৱায়ারনা জালি শাবা, বল্ব মচা মচানা পূময়োম য়োমশিনবা, জর-জর অমুক ঙাল্লন্নগা জর-জর অমুক মমথবা বিল্ডিং হায়খিবদু কনফরেন্স হোল ওইরল্লে। মসিদনি ঐখোয়না লাক্লিবসি।



*মিথেস, কোলকটাগী ফোটোগ্রাফর অমসুং ঐখোয়গী কাঙবু*

ময়ায় ওইরপ চাউবা হোলনি। নৌনা শাবা মাল্লি তরু-তনাল্লি মনুংদুসু। য়েংবদা সিট ৫০০ রোমগী কেপাসিটি ওইগদরা খল্লি।

ডেলিগেট ময়ামদু চঙলক্লগা তূমিন তূমিন অদুম ফম্লে। নুপী ডেলিগেটসু য়াওই। ঐখোয়গী মরক্তসু সনাহনবী টীংঙাবেল য়াওরি। ঈংনা চিক্লা তূমিন তূমিন ফম্লে। হোল মনুংদু ইৱাই-ইনিল কয়া লৈতে।



*কনফরেন্স য়াউরিবা ডেলিগেটশিং*

মীফম হৌজিনখ্রে। অহল ওইরবা অহল মণ্ডা তরুক ডাইসতা ফল্লি। ব্রা ঙাঙখ্রিবশিংদু ঙরাং দাইসতা ফমখিবনা অয়াম্বনি। মরক্তুদা ঐনা মরুগুদা লোল্লপ হংজিল্লুই-

"দেবশিসসি প্রেসকী মীওই মাল্লিনে।"

"আই! নং খঙদ্রিজাৎ ওইরে। ত্রিপুরাগী বাঙ্গালী ডেলি পেপর অমগী রিপোর্টরনি।"

ব্রা ঙাঙখিবা ময়ামদু নিও-কোলোনিয়েলিজমগী মায়োক্তা লোইনা ঙাঙই। ঐসু খঙবা য়াও-খঙদবা য়াও, শাজিনবা ঙমগুম ঙমদগুম তূমিন্না অদুম তায়। মরুওইনা হিন্দীদা ঙাঙই, মখোয় লোইনমক।

অয়ুক্কী মীফম লোইশিল্লক্কদৌরে। ঙসাই মখৈ ফল্লিবদু কনা অমতগা ওনশিন্নদুনা ব্রারী শানদ্রি। লুরিবদি ঐগা হেক থংননা ফল্লিবদু বিহারী মচা মাল্লি। নহানি। ডেলিগেটতি ওইরমাল্লে। বেজ থেৎলি। বেগ য়ালি। মাসু ব্রা মচেৎ অমতা ঙাঙদে, তূমিন তূমিন লেম্না অদুম ফল্লি। মাসু মতোমতনি। ঐসু ইতোমতা ওইবি। ঐখোয় কাংবুগা ঐগা পুল্লপ ফম্মিন্নদে। মখোয়দগী ঐনা তোঙান তারি। চঙলকপদা তুং থংলুবগীনি।

মতমদু মীফম লোইহ্রক্কদৌরদনা সুম থোক্লখিবদগী রোদুদা ফমহৌরিবদু ঐখোয় অনীখক্তা ঙাইহৌরবা মতাংনি। মানা মশাদু হাইফেৎ লেঙলগা তপ্না হংলকই-

"কদাইদগীনো?"

ঐনা ইতিং তিংনা অদুম খুমই-

"মণিপুরদগী..."

মণিপুরদগীনি হায়রুবদগী মা করি খনখিবনো খঙদে। মখা তাশিল্লকই-

"নঙ বিহারগী গুন্দা কিদরা? উত্তুপ, ব্রাত্তুপ, নুংদুম, থাঙ পায়বা বিহারগী গুন্দা?"

মাগীদু ইচম-চম্না ওইনা হায়বা মাল্লি। অদুক হাক্লা টৈসন লৈবগী মওং উৎলক্তে। অদুনা ঐ ইতিং তিংনা অদুম হায়-

"ঐখোয় চৎত্রিঙৈদা হান্নদি য়াম্না খন্নরমই। অদুবু হৌজিক শিদা স্নৌরকপদগী অকিবা পূম্নমক থাদোকখ্রে। করিসু খন্দে।"

"বিহারগী গুন্দা শাথিবনি। মী হাৎপনি।"

হায়রম্লগা মখা তারক্ত্রে। ঐখোয় অনী লোন ফাওনদবগুম তূমিন তূমিন লৈনরে। ঐদি হংনিংবা য়াম্না লৈবনি। মফমশিগী মরমদা য়াম্না খঙনিংলি। অদুবু মখা তাবদা নুংঙাইগদবা মান্দদুনা তূমিন অদুম লৈরে। পূক্লিংদা অদুম খল্লি। 'মাগীসি

কাতু-কারন তৌগদবদি মান্দে।' অদুবু মীশি মীনাগী ওইবা ৱাফম অমদি হৌজিক হৌজিক ফোঙ-ফোঙ শানা লৈরিবনা মখা তাবা ঙমদ্রে। ঙাইহাক্তুদা ঐনা খল্লকই-'মাগী মমিং লৈফম হংহৌবা ফনি!'

অদুবু মা পীরমগদবা মান্দে। ঐ হায়রগা য়েংগে খন্দুনা-

"নঙগী নমিং ইরম্মু, লৈফমসু ...।"

হায়দুনা ঐগী নোটবুক্কু পীশিল্লি। মা নোটবুক্কু লৌরগা ইতিং তিংনা অদুম ইরমই-

"রাম পদার্থ রায়,

গ্রাম-গোডর গাও

পোষ্ট- রামপুর

বেগুসরাই।"

ঙাইহাক ফল্লন্নগা তূমিন অদুম থোকখ্রে। ঐ থোইনা চিংনবদি ফাওদে। অদুবু হংনিংবা ময়াম অমদি হংহৌদ্রে।

অয়ুক্কী চাক্লেনসি 'মৈথম হন ভোজন' হায়। মতম পূং অমা। মতমদু পূং১দি হেনবু হেল্লে। মীফম লোইফাৎত্রি। নুংথিলগী মীফমসু লৈরি।

"চাক চাথোক্লুবনা ফরনি।"

হায়নদুনা হৌগৎনরে। জে.কে.দি লৈহৌরি। ঙসিদি হামেঙ ওইনা তৌরম্লে। ঙা চাদবগীদি তোঙাল্লি। মেরামেস ওইনা। ঐগী মরূপ্তু মেরামেসনি। ঐসু হামেঙনি হায়বসি চারকান্দা খঙলকপনি। অসুম চারিঙৈদা সনাহনবীনা ইনাক্তা চঙলক্লগা হায়রৈ-

"ওজা! মখোয়না ঐসিবু করি ওইনা খল্লবনো খঙদে, ঐঙোন্দা করি করিনো পংহংদা হংই। ঐ হায়ফম খঙদ্রে। ঐসু মৈতৈ লোন্দা পংহায়দা হায়বা! মখোয় খঙলমগদ্রা? ওজানা খরা অমুক্তা ঙাঙনবীগেরা...।"

ঐ খঙই সনাহনবীনা হায়রিবদু। মা লোন ফাওনদবগী অৱাবা মায়োক্লরি। ঐসু ঙসাই মখৈ তৌরিবশিংদু য়েংলিবনি। ময়ামদুনা মঙোন্দা মীৎয়েং থমই। মাগা ৱারী শাননিংই। মদু অতৈনা ওইরোই-মাগী ফিজোলদু অতৈ ময়ামদগী তোঙান তাই। মানা পুমতোন-তোঙাল্লি। মশক্কীদি ওইরোই। ঐদি মাগী মশকসিদি খদাঙদগী কোক ফাওবসি নেগ্রোনি হায়রিবনি। মশাদুনা লাইফদির্বীনি। মীসু পীশক পীকই। য়েংবদা অঙাংদি মাল্লি। মদু মখোয়দা ইনৌ-নৌবা পোৎশক অমগুম থোকপদুদা খঙনীংবা পোক্লিবা ওইরমগনি।

ঐ নোক্লিংই, সনাহনবীগী ব্রাদুদা। ঐসু মাবু থাদোক্লিবনি। নৎত্রবদি ঙসাইনা চঙশিন্দুনা মাগী মতেঙ পাংবা য়াবনি। অদুবু তৌদে-ওজা জে.কে.না ঐঙোন্দা হান্না হায়খিবা ব্রা লৈ -

"সনাহনবীসি মতোমতা থাদোকপদা শিররোই।"

চুমই । মা মশাদা তুফক-তুফাই চনবা লৈতে। মী কিদে। লোন খঙদ্রবসু মখূৎ মশা শীজিন্নরগা খরা হেক্তা ঙাঙনবা ঙমই। মানা থোকপা অমা হেক্তা তৌই। অদুনা ঐ তূমিন লৈথোকই। তাল্লক্তুদা পিপল মৈতৈসু মোলি মোলি চঙশিল্লক্লগা ঐঙোন্দা হায়রৈ-

"করিগীনো মখোয়না ঐঙোন্দা নেপালদগীরা হেক্তা হংলিসিবু?"

মখোয় অনীগী মতৌদুদা ঐ নোক্লিংলকই। পিপলনা হায়রিবসিসু চুমই। মঙোন্দা, মিথেসনা ফাওবা 'নেপালদগীরা' হংবদু ঐ ইশামক তাহৌরবনি। খঙদেনে ঐঙোন্দদি কনামতনা নেপালদগীরা হংলক্তে। ঐসিবু ময়াং মানজাংলা। নৎত্রগা ঐগী শিরুম-নারুম্বা মতৌসিদা হংবা তনজাংলা? তাঞ্জাদুদা ঐগী মরূপুনা চঙশিল্লক্লগা অমুক হায়ররে-

"চাদ্রবরা? ব্রারী শাদুনা লৈরিদুনা কৈদৌরে? চাশিল্লু, ঙসিসু ঙারা?"

"হামেং ওইরমাল্লে?"

"হামেং! মহাও কমদৌই? লোইনা চাশিল্লু। চাদ্রবদি শিবনি, চাবগা হিংবনি! ঐদি ঙসিগী শবজিশি হাউই! তশেঙনা হাউই। গুল্যাসু য়াওই।"

"মহাওদি ইব্রাৎ ব্রাৎলিদা...!"

"নঙ, ঐখোয়গী আগী মহাওদুদি শিদদি ফংলোইনে। ঐদি চৎলমদাইদা চারকপা পালংশাক কাংশোইদুনি খল্লগা চারিবনি। হাউখ্রে! কাংশোইগী মহাউদু! কাউবা ঙমদে। আই! শবজি য়াওদ্রেনা! অমুক হাপফল্লুনে।"

"উম! উম! শবজি ওক্লে, মিটতি য়াই। তনদ্রদা অমুক হাপফনবা, মীনা হাপনিংলোই। এ, নঙদি লৌদ্রিবনি! নঙগী লৌরকউ। ঐ চাগে চৎলো। ঙসিদি খরা চাশিনগে।"

পিপলদি থোকখ্রে। সনাহনবীসু চাগুম-চাদগুম লেল্লিবনি। ঐনা মঙোন্দা অমুক হায়জিল্লি-

"তারবরা? চাদ্রবদি শিবনি। চারগা হিংবনি। নঙসু চাশিল্লু।"

মা ফান্দা ফল্লগা চারি। ঐগী মরূপু মীরক্তুদা লিৎশিনখি। ঙাইহাক কান্নরে। 'ঐ তোক্লগে' খন্দুনা প্লেট থমগে তৌরিঙৈদা শৎ চঙশিল্লকই-

"হে! চাদ্রবরা? শে! হামেং থোংবা! তলদুসু লোইনা চাশিল্লুনে!"

"এ! অদুদি য়াইনে!"

শা চাদবা মাগী প্লেটতুদা শা থোঙবদু হাপফল্লগা ঐগী প্লেটতা হাপলরিবনি। হরাও-হরাও চারে ঐ। তলদুদি লোইশিনবা ঙমদ্রে। খরা অদুম লেমহৌরে। মাদি মখূৎ মশা শৎ-শৎ হামদোক্লগা কনানো অমা তম্না শৎ অদুম চৎখ্রে। ঐনা খূৎ হাল্লিঙৈদুদা নহা অমা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হংলৈ-

"নুপী মচাশি নখোয়গা লাকমিন্নব্রা?"

"মানি...!"

"মাগা ব্রারী শাবা য়াগদ্রা?"

"মা হিন্দী, ইংলিস ঙাঙবা ঙমদে। মণিপুরীনি।"

"মা লাইরিক তমদব্রা?"

"তম্মী...। তোক্লে।"

"ক্লাস কয়ানো? কলেজ লোইরব্রা? হন্দক চহিদা তোকপ্রা?"

"নত্তে! মমাঙ চহিদা তোকপনি। মণিপুরী মেডিয়মদা তম্বনি। অদুনা হিন্দী, ইংলিস ঙাঙবা ঙমদে!"

ঐ খঙই সনাহনবীগী ক্লাস-নোংমা ওজা তোম্বনা হংবদা মানা হায়খিবা 'মঙাশুবা, তরুকশুবা তম্লগা তোক্লে' হায়খিবদু নীংশিংলি। নৎত্রবদি কলেজ লোইরেকা হায়রুরবা, চঙশিল্লগা হিন্দী হেক্তা লোনশিল্লুদৌরিবনি। মদুদা সনাহনবীনা খঙলোইদবদু ঐ উই। অদুনা ঐনা-

"মঙোন্দা করি হায়নিংই? ঐঙোন্দা হায়বা য়াগনি।"

"য়ারে। মঙোন্দা হংনিংবনি।"

হায়রম্লগা চৎখ্রে। মীতিং লোইরমাল্লে। ওজা জে.কে. মখূৎতা বেগতু পায়রগা চাক য়াওদ্রবা মবুক্তুগা লোয়ননা চঙলকই-

"চাবিহৌরো ওজা!"

হায়রম্লগা ঐখোয় থোক্লক্লে। নুংথিলগী মীফম ব্রাংলি। মীফমসিদা খন্নরিবসি মরু ওইবা হীরম অহুমদা মীৎয়েং থম্লগা খন্নে।

(১) নিও-কোলোনিয়েলিজমগী মায়োক্তা অইবশিং,

(২) লাইর-অনংগীদমক অইবশিং,

(৩) মান্নবা খুন্নাই অমা পুরকপদা অইবশিং।

অদুগা কনফরেন্সসিগী থিমনা- "ভাগো নহিং দুনিয়াকো বদলো" হায়র্বাসনি।

ঐখোয়গী লৈফমদা ঙাইহাক ফম্লিঙৈদা নুমিদাংগী মতম অদুম ওইশিল্লক্লে। য়ুমদুগী মীওইগা ৱারী শাননিংবনি অদুবু কনামতা উনদে। য়ুমদু মী লৈতবদৌনা তৌই। ঐ লমদমদুগী য়ুমলৈ-কৈরৈ, চংন-লোনচং, শেল-থুমগী ফিভম খঙনিংই। ঙাইহাক কোয়খোল্লগা মফমদুগী মওং মতৌ য়েংনিংই। অদুবু মদু য়াদবা মরম অমা লৈরি। কিদবা শাদুনা মীরকসিদা মীফম য়াওরিবসিগী মরুমদা মশক লাকশিনবা ঙমদবা অকিবা অমনা কোইশেন শেন্নদুনা লৈরিবনি ঐবু। মতাংসু চাদে। মতমসু ফংদে। মীফমনা মতম লোইনা কনশিনখি।

কলচরেল প্রোগ্রাম মতম ওইশিল্লকই। 'ড্রামা ঙাইহাক য়েংলুসি' হায়নদুনা ফিশেংচিল্লগা থোক্লক্লে। 'নুমিদাংৱাইগী নাসতা মতম ওইরে' হায়দুনা চাফমলোমদা চঙশিল্লুই। করিমতা লৈরমদে। মীসু ইরে লৈতে। হংলুববু 'লোইস্রে' হায়রক্লে। ঐখোয় ঙাইহাক ফমখিসি হায়নদুনা চিয়ার অনী লৌশিল্লগা টেবল অমগী মনাক্তা মতাই ওইরপ ফম্লি। মী খরসু নাসতা চাবা চঙনরকই। লৈতবদুদা হন্দোক্লখিবসু য়াওই। খরসু ঐখোয়দৌনা ফম্লগা ৱারী শাদুনা লৈরি। ঐগী মরূপ্তুনা ফাগি তৌরকই-

"ও! মখোয়গী ঙসিগী নাসতাসি মীতিং তৌরিঙৈদা হোল মনুংদা য়েল্লরিবা চাদুনা ওইবা তারে।"

"চুমলে! মদু নংত্রবদি লোইস্রে হায়রক্লোই।"

অদুম্না ঙাঙনদুনা ফম্লিঙৈদুদা, দেবশিসসু অনু মিয়াগা লোয়ননা চঙলকপা উরে। ঐখোয়না কৌশিল্লে অদুগা ফম্মিন্নরে। ৱারীদি অতৈ খন্নদ্রে। লাইরিক ফোঙবগী, য়োনবগী মশোমদা ঐগী মরূপ্তুগা তকখৎনস্রে। ঐদি কয়া কন্না য়াওশিন্দ্রে। বাঙ্গালী এডিটরনি হায়দনা অমসু চঙশিল্লকই। দেবশিসকা মুন্না খঙনবা ওইনা তৌই।

ৱারীদা মতম হৌখিবা হেক্তা খঙহৌদে। রাত্রি ভোজন শেম-শাবা লোইরদুনা য়েন্নবা থৌরাং তৌখৎলক্লে। ঐখোয়সু চাথোকখ্রসি হায়নদুনা লৌরগা চামিন্নরে। অদুগা কলচরেল প্রোগ্রাম য়েংবা অদুম থোকমিন্নরক্লে।

হায়-হায়! মীয়ামদো! তিল্লশ্লিবা মীয়ামদু উবদা ঙকই। শেম-শাদুনা খল্লিবা মাগুপ্তুদনি। কলচরেল প্রোগ্রাম য়েংবা লাক্লরিবনি। ড্রামানা হান্না উৎকদৌরি।

বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাঠনা ইরম্বা ড্রামানি হায়। মমিংনা "রাজরন" কৌই। মদুবু ডিরেক্সন পীরিবনা মীয়াম্না শকখঙনরবা, মশক নাইরবা ডাইরেক্টর, হাবীব তানবীরনি হায়। ঐদি খঙবু খঙদে। ঐগা লোয়নবদুদি মানা খঙদবা লৈতে। শান্নগদৌরিবা আর্টিষ্টনা মধ্যা প্রদেসকী ড্রামা কাঙবুননি। ত্রিপুরাগী ৱারীদা য়ুম্ফম ওইবা লীলানি।

ত্রিপুরাগী নিংথৌনা কালি (মাঁ কালি) লাৎপা ব্রাহ্মন্দগী চাউই হায়রুবদা, নিংথৌগী মখাদা ব্রাহ্মন্না লৈগদ্রা? হায়বগী মুক্লবা লীলানি। লীলাগীদি লায়রদনা মসিদা কষ্টমগী মতাংদা পূক্লিং চিংশিন্নীংঙাই ওইবা অমা য়াওরি। য়েংবদা ঐখোয়দা নুংঙাইবা অমা ফাওরি। ড্রেসতনা অমুক্কা হেন্না নুংঙাই। মহারানীনা মৈতৈ ফনেক মপান নাইবা ফিদোল চিংখৎলগা শেৎলগা থোক্লকপদুদদি ঐখোয়দি ইঙকপু ঙক্লুরে। অমরোমদনা শেৎলি-ইল্লিবা ফিজোল পূম্বা, নিংথৌগী ফাওবা চমোৎনৈ।


ড্রামাগী ডাইরেক্টর হাবীব তানবীর

মচু তাবা ৱাৎলি। মসিদা ডাইরেক্টরগী মীৎয়েংসি কদোমদনো থিনিংঙাই ওইরি। ত্রিপুরাগী কলচরদা বেজ তৌবা ওইরবদি-ত্রিপুরীশিংসি চমোৎনৈ, ইচু তাদে হায়না লৌবা তারি। অদুগা মৈতৈ ফনেক মপান নাইবনা কদোমদগী? থিনিংঙাই ওইরি। খন্থনিংঙাই ওইরি। অদুবু নুংঙাইবগী হায়ফম খঙদনা লোন্না চাউথোকচবা অমদি কাউঙল্লোইদবা ঈথক ইপোম অমা হৌগৎলকই থম্মোয়নুংদা।

অসুম্না খল্লিঙৈ, ভাবোক্কী মওং মতৌ য়েংলিঙৈ, লীলা লোইবনা হানখ্রে। ময়ামদু হৌগৎনরক্তুনা চৎপা হৌনরক্লে মতাংদুদা অশিন-অরাং কাঙবুনা লাউথোক্লকই-

"প্রোগ্রাম অতৈ লৈরি। ময়াম হনবিখিনু ইশা ইশাগী ফমফমদা হঞ্জিল্লগা ফমবিখো!"

লাউরকপসি তাবদগীদি ময়ামদু হনজিল্লগা ফম্লখি। ঐখোয়দনা ওজা জে.কে. না-

"কবি সম্মেলন তৌগনি হায় চৎলশি হোলদা।"

হায়ররে। মসিদসু ঐঙোন্দা ইনুংতা নুংঙাইবা অমা য়াওরি। কোন্না তল্লক্কে।

নুমিদাংগী পূং ১০.৩০ তাদৌরে। কবি সম্মেলন তৌদৌরিবদু। ঐখোয় ময়াম হোল মনুংদা মরী-মরী চঙশিল্লগা মথং মথং ফম্লরে। মসিমদি মৈনি। ঙসাইগী ড্রামা কৎচা। কন্দক তৌরিবা অমিতাব চক্রবর্টি, মী-ঈং তম্পি, মশা নাল্লি, লব়াই তাঙই। অতাঙবা কোকতু খুম্নবা ওইরোমথংবা নাকলগী শমদু য়েৎথংবা নাকল

লান্না হাৎথৈ। মশা নানবতা নত্তে। শমহাৎসু নাল্লি। তপ নপপি। ষণ মরৈনা লেকপা মাল্লি হায়বগুমই। মীসু ৱাং চাউই।

"হৌজিক কবি সম্মেলনগী শৈরেং পাবা হৌরনি। কবি অমনা শৈরেং অমমমতা পাবিয়ু! মিনিট অহুমদগী হেন্না মতম লৌবিগনু! অহানবা পাবিগদবা...!"

মনিং লাউথোরকপা নংদ্রিঙৈদা ময়ামদু চরাংনবা অদুম হৌরকএ। থৌরম মপু হাপ্তুবগীনি। খরনা থৌরম মপু হাপ্পু হায়বা ৱাকৎ থাঙ্গৎলকই। মানা লাউথোক্লকই-

"ময়াম তপথবিয়ু! মসিদা থৌরম মপু হাপ্লুবগী মথৌ তাদ্রে। মসিদি ঐখোয়গী মরক্তা শৈরেং পারগা তানবনি। অচম্বা থৌরম অমনি। চম্না অদুম পাঙথোকসি। থৌরম মপু হাপ্তুনা থৌ চাউথোকহনগুমসি।"

ময়াম অদুম য়ানরে। অহানবা কৌশিনখিবা কবিদুনা শৈরেং পারক্লে। অমিতাব, মখুদাংগী ঘড়ীদু য়েংলগা কুপশেন শেন্নরি। অতোপ্পা নুপা অমসু কৌখৎলগা মখোয় অনী ফল্লি। মখোয় অনী তাথোক-তাশিন তৌদুনা মপূং ফানবা হোৎনৈ।

মিনিট অহুমদি তাথোকখ্রে। শৈরেংদি পাবা লোইদ্রি। 'মতম হেল্লে' হায়রক্লে। কবিদুনা-

"ঐগী শৈরেং পাবা লোইদ্রি মতম খিত্তং লৌজখিগে!"

হায়রক্লে। অমিতাবনা 'য়াররোই' হায়না থিংজিল্লুরে। মদুদদি ফল্লিবা ময়ামদু মৈ হৌবা মখৈ শাউনরক্লে। কারি-করিনো হায়দুনা লাউখোংবা হৌরকই। চঙশিল্লগা লাউশিনবা য়াওনরকই।

ঐ, ময়ামদুগী মতৌদু য়েংবদা নুংঙাইবা অমা পোক্লে। ময়াম্না মশিঙ্গা ফুদোক্লুনা অরোইবী থাদুনা লাউরি। অমিতাবনা, মশাদা অশাওবা মরিক অমত্তা পক্লনা হান্নগী হান্না মপোপ ইকায় কায়দনা ময়ামদু কন্ট্রোল তৌনবা হোৎনৈ। ঈংনা তপ্না তৃমিন অদুম লৈ। মানা পাল্লিবদু ঙম্লবা হোৎনৈ।

তৌরিবা মতৌদু লীলাগী ক্লাইমেক্সনা কৎচানি। জ্ঞান লৈরবা, লাইরিক লাইশু হৈরবা ময়ামনা শাউগৎলকপনি। অমনা মদু মনাদা হাপত্রিবনি। মদুদদি ক্রাইশিস লাক্লে। কবি খরদি শাউবনা মৈ হৌখ্রদুনা হৌগৎলগা অদুম চৎখ্রে। শৈরেং পারম্বা কবিদুসু ইকায়বোই করিওই অদুম থোকখ্রে। লৈহৌরিবা ময়ামদু নেমথনরে। মদুদগী শৈরেং পাবা অমুক হৌই।

মখোয়গীদি কবি সম্মেলনগী ভাবোক অদুম লৈ। হোলদু থনদৌই মীনা, অসুক থেংলসি ফাওবা। মপানদসু কলচরেল প্রোগ্রাম মখা চৎথরি। মদুদসু মী কৃক-কৃক ইন্নবা মখৈ য়েংলি।

মরকসিদা নুপী দেলিগেট খরনা সনাহনবী তান্নরি। লুনা চান্না তৌবিরি। মনাক্তা কৌশিল্লগা ফম্মিন্নরগা করি করিনো হায়না ঙাঙনদুনা নোকমিন্নরি। মদুসু মতৌ অমনি-লোন খঙনবদগী হেনখ্রবনি। মখোয়গী মরক্তা ঐনা, মৌ ওইরমগদ্রা খনবি, খেংতক তৌবি অমা য়াওরি। ঐগী মীৎয়েংসু মঙোন্দা থমজিল্লুবি। চুঙ ফীরাল চায়। থিক-থা, শবান-মুর্তি, চুঙ ফীরাল চাবদা লোইনা হাপখ্রবনি। মশকসু অদুম য়াই। ঐ মঙোন্দা ব্রাখল থাদগে তৌরুই। মখোয়গী মরক্তা নুপা খরসু য়াওশিনখ্রে। মদুদা নহা অনী অমসু য়াওরি। সনাহনবীসি মখোয়গী কবোক ওইরে।

কবি মঙা তরুক পাখ্রবা মতুংদা, ঐখোয়গী মরক্তগী জে.কে. লুব্রাংনা ইহান হান্না কৌশিল্লকই। মথংদা ঐ, মথংদা সনাহনবী, মথংদা পিপল মৈতৈ, অরোইবদা ঐগী মরূপ দোনেশ্বর। অতৈ ষ্টেটকীনা মরক খরা খরা খল্লগা কৌশিল্লকই। ঐগীদি ওজা জে.কে. না মিং পিখৎপদা হিন্দীদা পানি হায়না পীরম্লমাল্লে। লাউথোক্লকপদা 'হিন্দীদা পাবিগনি' হায়রক্লে। মথং পাগদবদু কৌখৎলগা ডাইসতা হান্না ফমহল্লি। মদুগী খুদোঙ চাবা লৌবগা ঐনা অমিতাবতা চঙশিল্লগা-

"হিন্দীদা হায়বদু ইংলিসতা ওইনা হায়বিয়ু!"

হায়করে। মাদি 'শৈরেং অনী পাগে' হায়বা ওইনা তারজাৎনি।

"অমতং..." হায়রকই। ঐনা 'ইংলিসতা ওইনা পাগে' হায়বনি হায়খ্রে।

মখোয় ইংলিস য়াদে। খঙলবসু ঙাংদনবা হোৎনৈ। খঙদবনা অযাম্বা ওইনি খল্লি। ইংলিসতা পাবদি খূবাক খূদুনা পূক্লিং থৌগৎনবগী ইকায় খুম্নবা ফংদে। ঐগীদুসু খূবাক মচা তরামুকতংদি খুবিরকই।

পিপল মৈতৈদু ঐগী ইনাক্তা ফমলবে। অদুগা ইতপ তপ্পা হংলকই-

"ঐগী শৈরেংসি মৈতৈলোন্দা অদুম পাবা তারেনে?"

"পাউ! অদুম তপ্না ঈংনা ফজনা পাউ।"

হায়রিঙৈদুদা সনাহনবীসু মখোয় ময়ামদু থাদোক্লক্লগা পিপলগা হেক থংননা ফল্লরে।

"ওজা ঐগী শৈরেংসি অমুক্তা পামিন্নসি। ঐদি পাবদা নুংঙাইতবা য়াওই। অদু অমুক্তা হায়বিরকউ!"

"নঙগীদু ময়াম মরকসিদা লোইনা পাদুনা লৈরবদি অতৈদা অয়েৎপা পীরনি। নঙনা তূমিন্না পাজরো। অদুগা নুংঙাইতবশিংদু হায়রকউ। ঐ হায়রক্লে।"

মহাক অনম কনবী মীতানি। মানা হায়রিমখে য়ারগা হরাওবা, য়াদ্রগা মনাতোন চাউথোক্তুনা পৈথোক্তুনা লৈগনবীনি। অঙাংদা অঙাংগী মওং হায়বদুনি। নীংঙক-নীংঙকপদা তৌগনবী, মফম, মতম, মতাং খঙদবী অমসুনি। ঐনা হায়রিবদু মা য়ানিংদে। ঐবু ব্রারৌই। তূমিন লৈখ্রে। ঐ খঙই, মাগী শৈরেংদু ওজা জে.কে.গসু পামিন্নখ্রবনি।

ময়াম মরক্তুদা নৌরিবী নুপামচা অনী অহুম য়াওরি। মখোয়সু শৈরেং পাই। অয়াম্বনা, নত্তে লোইনমক হায়বা য়াই। শৈরেংশিংদু চিনফাদা থীথরকই।

কবি অমতা ঙাইরে পাগদবা। মিথেসনা হৌগৎখ্রগা মাইক্রফোন মনাক্তা চঙশিল্লগা লাউথোক্লকই-

"কন্দক তৌবিরিবা অমিতাব চক্রবর্টিগীসু শৈরেং অমতং পাবিনবা হায়জরি।"

লোইরে! অমিতাবকী শৈরেংদু, লোইগরা লোইদা, লোইগরা লোইদা, সুকলোই লোইদ্রে। মিনিট তরামঙা হেন্না চঙথোকখ্রে। মদুদদি ঐখোয় হায়নরে -

"মীনা পাবদনা মিনিট অহুমদগী হেনবা য়াদে হায়, মাগীসিনা কুমদৌরিবনো?"

নোংয়াই মতুং পূং অমা মখায় হেল্লে মতমদু। অয়াম্বনা হন্নখ্রে। ঐখোয়সু হৌগৎলগা অদুম থোক্লক্লে। নোঙাল্লমদাইগী মহাও য়াওবা কবি সম্মেলন হায়বদুনি।

ঐ ভাবোকশিংগী মরমদা খল্লি। শীল্লি-লাঙলিবশিংগী মতাংদা খল্লি। য়ুম্নুদুগী মরমদা খল্লি। গোড়র গাওগী মরমদসু খল্লি। মদুনরা খঙদে.মঙদা য়ুহার কন্না হারমই। ফুরা দলাল নীংখায়রমই। য়ুম-কৈ তেক্লমই। মীয়াম পুম্না মাগী মাগী থোকপা চেন্নখি। ঈশিং চাউখৎলকই। ঐনা, ঈশিং ঈচাউদা লুপ্লি-লুপ্লি তাউরিবা য়ুম মথক্তা নেৎল-নেৎলগা মীয়াম অমগী মাঙ চিংদুনা চৎলি, শাফগদবা মায়কৈ য়েংদুনা।

মীকপ থোকলকপগা 'করিনো' খন্দুনা লৈরে। খল্লিঙৈদা নোংসু ঙাল্লকই। খরা থেঙনা হৌগৎকে খন্দুনা হিপচিল্লি। অথেঙবা কাঙবু হৌগৎনখ্রে। ঐসু হৌগৎলগা ফল্লি। ঙরাং শৈরেং অশাংবা পাবদুগী মরমদা ঙাঙনরকই। ঐনা দেবশিসতা ফাগী তৌই-

"নখোয়দি ঙন্না হনখিবা ফৈ। ঐখোয়দি পূং অনী শাংবা শৈরেং অমা তারকই।"

ঐনা হায়রিবদু দেবশিসনা ঙক্লিঙৈদা স্বাপন সেনগুপ্তনা তাহৌবা জাৎনি, নোক্লগা হায়রকই-

"দো ঘনতেকী এক কবিতা, বাবরে...!"

"হা ! হা ! দো ঘনতেকী এক কবিতা...।"

ঐনা নোংশিল্লি ময়াম ৱা লাউনা নোকই। তাঙ্গাদুদা মশা নানবা অহল অনীখক চঙলকই। ইচম-চম্না উই। মখোয়দি ডেলিগেট লৈবা মফম-মফমদা চঙলগা অৱাৎ-অপা হংবা চৎলিবা জাৎনি। চঙশিল্লকই ঐখোয়সু ব্যাভারগা লোয়ননা খূৎ লোন্নরগা নমষ্টে তৌই। হংলকই-

"কমদৌই? লৈবা নুংঙাইতব্রা? করি অৱাৎ-অপা লৈ?"

অহলনি। মপোক হৌরে। চহি মরিফুমুক্কী মীওই ওইনি। মশাদি তগৎ-তগৎ তেক্লি। ঐখোয়না খুমই-

"য়াম্না নুংঙাই! অৱাৎপা করিসু লৈতে।"

"ফরে! পূং নিপালদা মীফম হৌগনি। থৌরাং তৌবিরো, মথং মথং চৎলুখিগে।"

অসুম্না হায়রম্লগা থোকখ্রে। ঐগী ৱাখল অমুক্তা হেন্না লূমথরক্লে,ঐগী মরুপ্তুদি হান্না ঈরুজবা লোইশ্রবনি। যূম্বু অহলদুসু ঐখোয়গা ফম্মিন্নরি। ঙসিসু চা য়েল্লরিবনি। ঐঙোন্দদি পীরক্ত্রে। ঐ মাগী মমিং মথা, লৈফম খঙনিংই। অদুনা 'মিংগা লৈফমগা ইবিয়ু' হায়না নোটবূককা, কলমগা পীশিল্লি। অদুম ইরকই-

"রঘুনাথ মুখিয়া

ভিলেজ, পি.ও. বলহা (বিহার)"

অদুবু ৱারী শাবগী মতমদি ফংদরে। মচানা কৌরকপরা করিনো তৌবদগী চৎখ্রে। ঙসাই অৱাৎ-অপা হংলরিবা অহল অনীদুগী মরমদসু খঙনিংই। হংহৌদ্রে। ঐনা শোল্লিঙৈদা মচা নুপাদু থোক্লকই। ঐনা হংই-

"হৌজিক লাক্লম্বা অহল অনীদু মমিং খঙব্রা?"

"খঙই, মোনতুক আলি শাহ, বঙ্গলাদেশ। প্রমোড কোল অনদি, মারাথী।"

মাগসু ৱারী শাবা ফংদ্রে। ময়াম ঈরুজ-মাইথজবা, ফিরোল শেংপগী মরাঙ-মরাঙ তৌনরক্লে। ঐসু 'থেঙলে' খন্দুনা ঈরুজবা চঙলে।

যূমদুদা অঙাং নুপামচা অমা লৈ। মমিং ছোতু কৌই। অহানবা ক্লাসতা তম্মী হায়। ময়াম্বা অনীনি, লাইরিক তম্বা দিল্লিদা লৈখি।

ঐ ফি শেংলি। দেবশিসনা, মানা নমখিবা ফোটোদু চিংল-চিংলগা ছোতুদা য়েংহল্লি। ছোতুনা পাম্না তৌই। মাগী মতৌদুদা দেবশিসনা মাগী ভিডিও কেমেরাদু সুইটচ ওন তৌরগা ছোতুদা পীরগা কনাই ইমুং-মনুং কাচিন-কোয়া, ইমুংগী মীওইশিং চৎ-চৎতুনা ভিদিও নমহল্লে। ইমুংদুগীতা নত্তনা যূম থংনবগী ফাওবা

নম্লক্লে। দেবশিসনা চিং-চিংদুনা অমুক য়েংহল্লি। মমাখোয়সু চঙলক্কুনা মখোয়গী ফোটোদু য়েংলরি।

তাল্লক্কুদা সনাহনবীনা ঐগী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা হায়রে-

"ওজা! মখোয়গী মৌশিনা ঐবু হনখ্রনু, ঙসি নোংমা নীনি লৈথহৌরো। মখোয় থিনবিগে হায়রে। ঐবু লুনা চান্না তৌখ্রজাৎনি। ঙসিদি চাক চরা অমসু মখোয়গা চামিন্নসি হায়রে। ঐ করি হায়দৌনো খঙদ্রে।"

"হোরেল নুমিদাং চাসি হায়য়ুদনা।"

"অদু ঐদি হায়বা হৈতে ওজানা খরা হায়বিয়ু।ওজা জয়কুমারদা হায়বিয়ু হায়বনি। হায়দ্রবসু য়ানি হোরেল অদুম চামিন্নরো হায়রকই। ওজানা অমুক্তা হায়বিরম্মু, নৎত্রবদি মখোয় য়াম্না ব্রারৌবা তারে।"

"হোয় হোয়! চৎলমদাইদা হায়বিগে। চৎলো নঙগী নফি-নরোল শেৎপদুম লোইশিল্লুরো।"

হায়রুবদগী মা মখা তারমদ্রে, অদুম মাগী কারোমদা চঙখ্রে। ময়ামদু চৎশি চৎশি হায়নদুনা থোক্লখিবা য়াওরে।

তাঞ্জাদুদা ছোতুগী মমাদু থোঙজিল ময়াদা লেপ্লগা ঐখোয়না তৌরিবদু য়েংলরি। ঐনা হায়-

"সনাহনবীগা চাক চামিন্নসি হায়বদু, হোরেল নুমিদাং ওইনা চামিন্নরো। শোয়দনা চামিন্নরো নুমিদাংগী থৌরাং তৌবিরো!"

"অশা অশা!"

মাসু হরাও-হরাও খুল্লকই। ফিরোল শেৎপা লোইবদু সনাহনবীগা ঐগনা ইকোন কোল্লে। ময়াম্না ঐখোয়বু ঙাইরে। লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐনা হায়-

"ঐদি ঙসাই অব্রাৎ-অপা হংবা লাকপদুদা, ময়াম উনবগী প্রোগ্রাম অমদি হাপপিয়ু হায়নিংবনি। হায়দি হায়হৌদ্রে। ঐদি লাক্লিবা ময়ামসি মাগী মাগী ষ্টেটকী গ্রুপ গ্রুপ ফম্লগা পূন্না মিনিট মঙাদা ওইরুবসু উনবগী প্রোগ্রাম অমা থম্লিংই। নুংঙাইনি খল্লি।"

ঐগী ব্রাসি মরূপ্তু মনাদা হাপ্তে। মশোমদা মাগী অপাম্বা লৈতে। থৌরেমনি খনবদৌনা তৌই। অদুবু ঐদি ঐগী অপাম্বা অনিংবদু অদুম হায়। মাদি কয়া থৌ-ব্রা শাদে। মাদা নত্তে, অতৈসু মসিগী মতাংদা ব্রাহৈ অমফাও কাঙথোক্লক্তে। ঐদি উনদুনা ব্রারী ঙাইহাক্তা ওইরবসু শাবা, মমিং লৈফম ইশিলহৌবা ঐগী অপাম্বনি। নুমিৎসি মীফম লোইবা নুমিৎসুনি। অদুনা ঐ মিনিট অমফাও মাঙহন্নিংদে।

মশক নাইরবা মীওইশিংদি কয়াবু থৌশাদে। মখোয়দি খঙদ্রবসু য়াই। ঐনা খঙদ্রবসু অমনা হেক্তা খঙলমগনি। খঙবদা লুনা থোক্লোই। অদুনা নহারোলনা হেন্না উননিংই। মখোয়দি হংহৌদ্রবদি মতুংদা হংলুবদা মীনা খঙনরোই। অদুনা মখোয়দা ঐগী ব্রাখল থম্মী।

মসিসু ঐগী হৈনবী অমনি। থেংন-থেংনবদু মীতা হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংলগা মমিং লৈফম হেক্তা ইহল্লি। ঐনা ইশিনবসু য়াওই। ব্রারী শানবদি ইফং ফংদে। অরোইবা নুমিৎ ওইবনিনা ময়ামসু খরা অদুম লাঙনৈ।

হন্দক্তি নুপীগী টর্ন থোকলে। মেলাগী লাইরিকতু য়েংলিবী অমগী মনাক্তা ফৎ চঙশিল্লি। হংলুই-

"কদায়দগী লাকপনো?"

"মহারাস্ত্রদগী...!"

"মী কয়া লাকই?"

"ঐখোয় তরামাথোই।"

"নখোয় নুপী কয়া য়াওরকই?"

"মঙা ...।"

"মমিং হায়বিয়ু ...!"

"গীতা, সঙ্গীতা, ক্রান্তি, পুনম সিংহগা লাকমিন্নবনি।"

ঐনা অমুক হংজিল্লুই-

"গীতা কদায়? সঙ্গীতানা কনানো? ক্রান্তিনা কনা?"

মানা নোকফেৎ তৌনা খুমলকই-

"মখোয় অশ্বাইদা লৈরম্লি! তু আদা লৈরে।"

মখুৎ থিল্লগা তাক্লকই। ঐ খঙই, মাগী মমিং য়াওদ্রি হায়বা। মাগী হরাও-হরাও তৌবা মতৌদুদা নুংঙাইবা ফাওই। অমুক হংলুই-

"নঙগী মিংদি ...?"

"মিনাক্ষী মিহাল!"

"মিনাক্ষী মিহাল?"

ঐনা ইশিন্নবা হঞ্জিল-হঞ্জিল হংই। মানা অমুক হল্লকই-

"মিনাক্ষী মিহাল...!"

ঐনা মখা তানা অমুক হংজিল্লি-

"মৌ অমা য়াওরকপদু নঙগী নমারা?"

মানা নোক্লগা হ্রাও-হ্রাও হায়রকই-

"নত্তে লাকমিন্নবনি।"

মখা তারক্কে। মৌ নত্তে লৈশাবীনি, নৎত্রগা য়ূম পান্দ্রিবীনি হায়রক্লবদি, ঐগী ব্রাখল পূম্বা পুময়াং য়াংগদৌরিবনি। ঙরাং কবি সম্মেলনদা কেমেরা অমা পায়রগা ষ্টেজদা কাখৎলগা ঙাইহাক লৈতা ফোটো কাপ্লদুদা মশক মুন্না খঙহৌবনি। ঐ পুনমসিংগী মমিং তাখিবগুম তৌখ্রে। অমুক হংই-

"পুনমসিং কদায়? ঐ মাগা উনবা পামই। ব্রারী শাবা পামই।"

"লাক্কনি! এডিটররা?"

থক হংজিল্লকই। মা, ঐনা ঙসাই মখৈ কোয়চৎ-চৎতুনা মমিং মথা লৌরিবা ময়ামদু য়েংদুনা লৈরমজাৎনি। ইতৌসিদা ঐশি এডিটর ওইরবোই খনজাৎনি। ঐনা থক ওকশিল্লি-

"নত্তে! ঐ নোভেল ইবনি। ব্রারীমচাসু ই।"

মানা ঙক্তক তৌনা থক অমুক নোৎশিল্লকই-

"নোভেলিষ্ট!"

"নোভেলিষ্ট নত্তে! নোভেল ইবা!"

ঐগী ব্রাঙাংদুদা মা নোকফেৎ তৌরে। অদুগা অমুক লোন খোইতক তৌনা হংজিল্লকই-

"সনাহনবী...?"

মখোয়গী খোনহায়গা ঐখোয়গীগা খেন্নবদু তাবদা ঐঙোন্দা নুংঙাইবা অমা ফাওই। মাগী মতৌদুদা ব্রারীসু মখা চৎথনিংই।

"সনাহনবী ক্লাস কয়া তম্লে? হাইয়ার সেকেন্দরি, কলেজ লোইরব্রা...? মা হিন্দী, ইংলিস ঙাঙবা ঙমদব্রা?"

ঐ লকক তৌই। অদুবু ঐ হিংহৌরে। সনাহনবীগী ক্লাসতু মঙোন্দা হায়বা পামদে। অদুনা ক্লাস পন্দনা শৎ খুমজিল্লি-

"ঙমদে! মা মণিপুরী মেডিয়মনি। ঙরাং নঙনা কবি সম্মেলন্দা শৈরেং পাবদু ঐ তায়।"

"কমদৌই?"

থুনা হংজিল্লকই। ঐসু পন্দে থক খুমই-

"য়াম্না ফজৈ!"

"ফোটো অমা ঐখোয় পূন্না লৌবা পামই।"

'য়াই! য়াই!' ঐনা খুমই। তাঞ্জাদুদা পুনমসিং লাকপদু মানা উরক্নুনা 'পুনমসিং' হায়দুনা মখূৎ খিল্লি। ঐনা য়েংথোক্লুবদা চহি য়াঙ্খেমুক্কী ওইগদ্রা নুপী অমা নুপা মঙা তরুক্না মতুং ইন্নদুনা ঐখোয়গী মায়োক্লুবদা লাকপা উরে। ঐ পন্থুদ্রে। ফোটো নম্মীন্নবগী ৱা তুংদা থনম্লে। চঙশিল্লগা হেক্তা হংই-

"অদোম পুনমসিং?"

"মানি...।"

"অদোমগী মিং, লৈফম ইবিরম্মু!"

ঐনা নোটবূক, কলম লৌথোক্লগা পীশিল্লি। লৌরগা মানা লেপ্লা লেপ্লা ইরে। অদুগা ঐগীসু পীরম্মু হায়রক্লে। ঐসু হান্না ইরগা থম্বা চে মচেৎতু শেৎলগা পী। মানা মুন্না পারগা অমুক হায়রক্লে-

"ফোন নম্বরসু ইরম্মু...।"

ঐ ইকায়রকই। ঐগীদি ফোনসু লৈতে। মোবাইলসু লৈতে। অঙাংগী মোবাইল নম্বরদি ডাইরিদা য়াওরি। মদু থিরগা অদুম ইশিল্লম্লে। ৱারী শানিংবনি ফংদ্রে। নুপাশিংদুগা ৱা ঙাঙনরি।

মিনাক্ষী, মশা তনাপ-তনাপ্লি। ৱাংবদু, ঐগা লেপমিন্নবদা ঐনা হেল্লবদা ইঙ্কী অনী-অহুম মঙাই। মশা ইনখৎলকপগী জক লাউরকপী চহি মতাংনি। তনৌ-তনৌরি। শকসু অদুম য়াই, মনাতোন তুমতক তৌরদনা। য়াতোন লংবিনি। ৱা ঙাঙবদা লৈতোন শেংই। মাগী খোঞ্জেলদুদা নুংশিবা অমা য়াওরি। মায়থোং অমদি মীনোক্তু য়েংনিংহনবগী ময়াই চেল্লি।

ঐ মদোমদা থোইনা খনথরুদ্রে। মাগী ফোটো ঐঙোন্দা চঙদে। ঐগী পান্দম মী উনবা। নৎলমদ্রবা, মিনাক্ষীগা ৱারী নঙথনরম্বা য়াবনি। য়াদ্রে। অতোপ্পা অমা অমুক উননবা অদুম হোৎলে। তাঞ্জাসিদা ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা পিপল মৈতৈনা নোক্লদুনা হায়ররে-

"মী নাসতা চানরে চঙলসি।"

ঐনসু 'চঙলসি' হায়দুনা লাকমিন্নরে। গেট পান্নরিবা নহাদুদা হংলুই-

"টোকন দরকার ওইরিব্রা?"

"য়ারে! চংবিরো"

হায়রক্লে। মখোয়গী চা তল ঐনা নাচুংদে। নাসতাদু লৌদি লৌরে। অদুগা কনা কনা উনসিগে খন্দুনা কোয়য়েং য়েংদুনা লৈরে। অদুম্না লৈরিঙৈদুদা ওজা জে.কে. না তুংলোমদগী হায়রকপদু তারকই-

"পূং ৯ হেল্লে। মীতিং হৌখ্রনি, চৎশি।"

ময়ামসু মরী-মরী চৎনবা হৌরে। উপায় লৈতে। খরা চারগা হোললোমদা অদুম লাক্লে। গেলরিগী অহানবা পরেংদুদা ফল্লগা মীতিংদু সুম তারি। ঐদি মীটিংদুদা পূক্লিং চঙদে। ফল্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা ঐনা উননিংবা ময়াম অমা য়াওরি। অদুবু মীটিং তৌরিঙৈদুদা কমদৌনা চঙলগা হংলুনি?

ঐগা ফম্মিন্নরম্বা ময়ামদু ৱারক্লমাল্লে। মপান থোক্লখ্রি। ফমফমদু ইহাঙ-হাঙলে। ঐ ইতোমতা ঙাইরে। মীটিং লোইরকপনি ঐনা ঙাইরিবনা। মতাংদুদা জে.কে.না চঙশিল্লক্লগা-

"ভাবশিবু খরা খরা লৌশিনবা ঙল্লিব্রা?"

ইতপ-তপ্না হংলকই। ঐসু কদোমদগীনো খঙদে হেক্তা খুমই-

"ঙমই। য়াম লাইজাৎনি!"

করি ৱাখলদগীনো খঙদে জে.কে.না অমুক নোৎশিল্লকই-

"নব সম্রাজ্যবাদ হায়রিশিবু অর্থ খঙলিব্রা?"

"মাপনশুবা চহি ...।"

"নত্তে! সম্রাজ্যবাড চৎপা লৈবাক মাপল হায়বনি....!"

ঐদি 'নবরর্শ স্বাধীনতা'... হায়বা ওইনা অদুম তারি। মখোয়গী খোন্থোকতু সাউণ্ড বোক্সতা থোক্লকপদা মদু হায়বা ওইনা অদুম লৌই।

ঐগী ইতৌদুদা নোক্লগা অসুম্না হায়রদুনা ঐগী নোটবূকতু লৌরগা ইরি। ফনা ইকায়বা ৱানি ঐনা চুপ্পিবা রসতু। মানা খল্লমগদবা ৱাখলদু ঐঙোন্দা ফাওই। ইনভাইটেসন কার্ড য়েংহৌদবগী দসানি। অমরোমদা পূক্লিং চঙলুদবগীসু মহৈনি। ৱাহৈদু ইনভাইটেসন কার্ডতা ফজনা ইদুনা য়াওরম্লে। মদুদগীদি হকচাংসি অফা- অপুন্নবা অমা য়াওখ্রে।

ঙাইহাক লৈরগা ঐগী মরূপ্তু ফম্লরে। দেবশিস,অনুসু। মখোয় ৱারী শারিঙৈদা দেবশিসকা খঙনবা বাঙ্গালী নুপা অমসু চঙলক্লে। দেবশিসনা হায়দুনা ঐগী মরূপ্তুগা থংননা ফমলে।

মদুদগীদি ঐগী মরূপকী পামজবী অদোমদা অদুম তকখৎনখ্রে। লাইরিক ফোঙবগী, পব্লিশরগী, এনথোলোজি অমা ফোঙবগী অপাম্বা, ময়াম অমা হায়নখ্রে। ঐদি মখোয়গীদুদা নাচুংদে। তূমিন অদুম ফল্লি। ৱারী শানরিবদু বাঙ্গালী পেপর অমগী এডিটরনি হায়। মরূপ্তুগীদি, শৈরেংগী কোপিসু পীখ্রে। ঐবুসু শক্তাকতুনা খূৎ শোক্লহল্লি।

"শৈরেং য়াওরক্লবদি কোপি অমা পীরম্মু।"

'থেঙ্কয়ু!' হায়দুনা খূৎ শোক্লে। মখা তাদে। ঐদি মখোয়গী ৱারীদা পূক্লিং চঙদে। ঐগীদি মী উনবা, মমিং, লৈফম হংহৌবা অসিতনি। ঐগী ইতৌদুদা এডিটরদু ৱাখল অমা খল্লম্বা য়াই। পোঙবা ওইনা লৌরম্বসু য়াই। তান চাদ্রদি পোঙই খনখিদুনা ঐগী শৈরেংদু ফোঙলমদবা ফাও য়াই। ঐগীদি ইশা ফমজবতনি। ৱাখলদি চৎলি। ময়াম মরক্তা চঙদুনা মমিং মথা লৌরি। মীটিং লোইশিল্লকপা ঙায়রিবনি। লোইশিল্লকপদা চঙলগা মমিং মথা হংহৌনবা। নৎত্রবদি মতম ফংলোই। 'চাক চাফমদা উনবদদি মফম মরাং খঙলোই। উনবা ইফং ফংলরোই', মসিনি। মমিং মথাদু খঙহৌরবদি, 'হয়েং ঐগী দরকার ওইরকপা মতমদা মখোয়দগী মতেং ফংনি' শীনি ঐগী ৱাখল।

ঙাইঙমদে। সুম ফল্লমবদগী উরকই নক্লপ্লা ঙসাই

"কাশ্মীরনা কাশ্মীর, দোগ্রীনা দোগ্রী, কাশ্মীরগা দোগ্রীগা অমতা ওইনা উবিগনু!"

হায়না মতীং ফুদোক্লুনা ঙাঙখিবা নুপাদু। ফূক হৌগৎলগা অদুম চঙশিল্লে। মাগী মনাক্তা ফল্লিবা ময়ামদুগী মরক্তা চঙশিল্লগা, নোম্বরগা মনাকোং ময়াদুদা হায়রুই -

"ঙাকপিগনি! অদোমগী মিংগা লৈফমগা ইবিরম্মু!"

ঐগী নোটবুক মচাদুগা, কলমগা পীশিল্লি। ফজনা ইবিরকই-

"মোহন সিংহ,

১২৪-দোগ্রা হোল,

জম্মু ১৮০০০।"

'থেঙ্ক য়ু!' হায়বল্লগা অমদা অমুক হোৎচিল্লি। হন্দকসু হান্নগুম্না হায়রুরে। ভিজিটিং কার্ড ওইনা পীরক্লে। গুজরাত চেংগীনি, অদুগা ঐগীসু পীরম্মু হায়রকই। ঐসু ইরগা পীরল্লে। ঐগী খূৎতুবু পাবা থোক্লমগদ্রা খঙদে। খূৎ ফজবদদি ঐদি 'গান্ধীগী ময়াম্বনি' হায়নরিবনি। নুপাদু গুজরাতকী মীহুৎনি। ৱারীদি শানরক্রে, মীটিং মফমনিনা। অসুম্না কার্ড ওইনা পীরকপা মঙা-তরুক শুরে। হংনিংবা অমসু লৈরি। ঐনা চৎলিবা সিট পরেংদুদসু ফল্লিবীনি। মশা নোয়-পেল্লি, মীদি নেমই। ঙরাং উখিবদা নহা ওইনা উখি। লৈশাবী ওইরবোয় খল্লুই। দাইসতা ফমবদসু য়াওখি। ঙসি উবদদি-মশমদু অমুবগা অঙৌবগা য়ান্নরল্লে। ঐগী মরূপ্পসু

মশক তাকখ্রে। 'দিল্লীদগীনি, নহা ওইনা মমিং লৈখংলক্লিবী অহৌবীনি। মণিপুরদসু লাক্লম্লে। মাগা লোয়নবা নুপা অমসু ফম্মিন্নরি। নুপাদুসু মাদৌনা নেমই। নোয়সু নোয়। কৃপন ওইর-মাল্লে। 'হংদ্রবসু খঙবা ঙমগনি' খন্দুনা মপাদু ফাওদোক্লগা অদুম থোক্লক্লে। মণিপুরদদি পুনমসিংসু লাক্লম্লে হায়, ঐনা খঙদ্রবননি।

থোক্লকপগা ঐগী মরূপপ্পা 'চাক চাথোক্লরসি' হায়রকপদগী অদুম চৎলে।

মখোয়না হাপ্লক্লিবদু য়েংলুবদা য়েন থোংবা মাল্লি। য়েন থোংবদু হেক উবগা খঙনিং নীংশিংলকই-য়ুম্বুদুগা ঐখোয়গা উনবা অহানবা নুমিৎতা ৱারী তৌখি-

"ঐগী ইচানুপা অনীনি। অমনা সরকারগী থবক তৌই। অমনা য়েনগী ফার্ম তৌই। হন্দক্কী বার্ড ফ্লুদা য়েন মখৈ লোইনা হাৎখ্রে। য়েনগী ফার্ম তোক্লে।"

মদু নীংশিংলুবদগী য়েন থোঙবদু চাগদবা ইচিং-চিংনরে। অদুবু 'ময়ামসু চানরি' খন্দুনা খরা চাশিল্লে। অহলদুগী থবক-

"আমীদা তৌরমই। অরুনাচল প্রদেশতা পোষ্টিং তাদুনা কুইনা লৈরমই, হৌজিক্তি থবক্তগী পোথারে।"

ঙসাই অয়ুক ফুরিৎ অঙৌবা, খোঙগ্রাও অমুবা শেৎপা নহা অমা য়ামাহ থৌদোকখিবা, ঐগসু য়েংনখিবা নুপাদু মচা নুপা ওইরমতারে। কনফরেন্স মফমদসু উনবদা ঙকচানখি। ঐনা চঙশিল্লগা খূৎ শোক্লখি। অশিন-অরাঙ য়াওবা মাল্লি। 'মীফম লোইশিনবা ফাওবদি য়াওনিংই!' হায়নদুনা হোলদা অমুক চঙশিল্লে।

"ইনকিলাব..."

"জিন্দাবাদ! জিন্দাবাদ!"

"ইনকিলাব..."

"জিন্দাবাদ! জিন্দাবাদ!"

মনুংদা লৈরল্লিবা মী পূম্নমক অসুম্না অমত্তা ওইনা লাউর-লাউরগা অদুম থোক্লখ্রে। ইনকিলাব হায়বা অসিদি মাইক্তা মী অমনা লাউরকপনি। অদুগা ময়াম্না খুম্বনি পূন্না।

মী উনবা ফংদৌ মান্দ্রে। চাফমদা খরা উনবা ফংবা য়াই খন্দুনা অমুক শৎ চঙশিল্লে।

মফমদুদসু অমুক তৌরে। নুপাদু মশা কয়া নান্দে। ফুরিৎ হাপ লিৎলি। ঐনা য়েংশিল্লুবদা মাসু ঐঙোন্দা য়েংলকই। নাতোন সুমাংদা মকোই খাকই। মী পীক্তক তৌই, মশা পারপ তৌরদনা কুলৈ কুচুনি। ঐদি 'আর্টিস্ট ওইরম্লি' খল্লি। ঙরাং কলচরেল প্রোগ্রামদা ধুলকি ফজনা য়ৈখিবা মীদু ওইনি। মানা অমুক ঐসিবু কনা মানবনো খঙদে। হন্ন-হন্না য়েংদুনা লৈরে। মদুদদি ঐনা ওনশিল্লগা হংলুই-

“নঙ ঙরাং ধুলকি য়েবদুরা?”

“নত্তে! ...।”

ঐ য়ানিংদে মাগী পাউখুমদু। ঙাইহাক লৈরগা অমুক য়েংলুবদা, মাসু য়েংলকই। অমুকসু হংলুই-

“ধুলকি য়েবা মাল্লি!”

“নত্তে...।”

মাসু অদুম খুমলকই। মদুদদি ঐনা মখা তাশিল্লি-

“কদায়দগীনো...?”

“জম্মুদগী...।”

“ও!ও! জম্মু-কাশ্মীর...! নখোয় কয়া লাকই?”

“মরি লাকই!”

ঐগী মরূপপু শৎ চঙশিল্লক্লগা-

“জম্মু-কাশ্মীর! ও-ও! করি থবক তৌই? লাইরিক ইব্রা?”

“শৈরেং ই!”

“শৈরেং ইবা!”

“ঈশৈসু শকই, গজল!”

গজল শকই হায়রকপদুদা ঐখোয় নুংঙাই। মরূপপা গজলগী মরমদা হংগদবগী তৌরি। ঐনা জম্মু-কাশ্মীরগী মরমদা খঙনিংলি হংজিল্লি-

“জম্মু-কাশ্মীর কমদৌই? খরা হায়য়ু।”

“জম্মুদি অদুম নোর্মেল ওই। লৈবা অদুম নুংঙাই। খরা ঈংই।”

“ইনসর্জেন্সিগী মরমদসু খরা হায়য়ু!”

“ইনসর্জেন্সি! জম্মুদদি লৈতে। করিগুম্বদা সিমনাদদি লৈবা য়াওই। কাশ্মীরদদি খরা লৈ।”

ঐগী মরূপপা অমুক মরক থৎখি-

“লাইরিক ই হায়বদায়? নঙগী লাইরিকী মমিং করি কৌই?”

“তেরে নাম কুছ গীত ঔর গজলেং”

“ও ও! নঙগী লাইরিকী মমিংসিদি য়াম্না ফজে।”

ঐনা অমুক ‘নঙগী মিং লৈফম ইবিরমউ’ হায়দুনা নোটবুক, কলম পীশিল্লি। অদুম ইরকই

"বিশান সিংহ্ ডারদি

আর. ও. ভিল্লা কালোহা..."

মদুদগীদি মখোয় অনী গজলগী মরমদা তকখৎনখ্রে। ঐ কয়া য়াওদ্রে।

তাঞ্জাদুদা নহা অমা চঙশিল্লকই। বিহারী মাল্লি। কুচুদি ভৌতক তৌই। মা ঐখোয়না ঙাঙনরিবদু ঙাইহ্াক তূমিন তারম্লগা ঐঙোন্দা হংজিল্লকই-

"কদায়দগীনো?"

"মণিপুরদগীনি।"

ঐনা ইতিং-তিংনা খুমখি। মদু হায়রুবদগী মাসু অমুক তৌখৎলক্লে-

"মণিপুরদগী! বিহারী গুন্দা কিদ্রা? নঙ বিহারী গুন্দা কিদ্রা? উতুপ, থাঙতুপ, থাঙ, তেন পায়বা বিহারী গুন্দা?"

"ঐখোয় চৎত্রিঙৈদা আদা য়াম্না খন্নে। হৌজিক্তী করিসু খনদ্রে।"

ঐ থোইনা খঞ্জিল্লুবা তৌদনা অদুম খুমই। মা, ঐগী পাউখুমদা পেন্দে। মশাদু টেনসন খরসু লৈবগুম তৌই।

"নঙ, পোৎ-চৈ মুনবা, সনা লুপা থৎপা, মী হাৎপা বিহারী গুন্দা কিদ্রা?"

"ঐ করিসু খন্দে...।"

ঐ, মাগী মওংদুদা খৌতকতি তৌরে। অদুবু অদুম খুমই। মদুনা অমুক হেন্না মাবু শাউহল্লমাল্লে-

"অমিতাববচন ফাওবা অদু তৌবা..."

মখা তাবা নংদ্রে। ঐগী মরূপ্পা মাগী মওংদু খঙলমাল্লে থক ওকশিল্লকই-

"নঙগী লোনদু মা খঙদ্রে। নঙ মাগা ব্বারী শাউ। মাদি লোন খঙবনি।"

হায়দুনা মাগা ব্বারী শারম্বা জম্মু মচাদুদা মখূৎ থিল্লে। ঐ ভাব হাইফেৎ লাকই। ব্বা মখা তাদ্রে। জম্মু মচাদুগা ব্বারী শানখ্রে। মিনিট অম'নী তূমিন লৈরম্লগা অতোপ্পা অমা উননবা ফৎ অদুম চৎথোকলক্লে।

নুপাদুগা ব্বারী শারিঙৈদা মরূপ্তু চঙশিল্লক্লগা ঐগী খোঙদা তূমিন্না নেৎলমই। অদুগা মাদি অদুম থোকখ্রে। ঐসু মী অনী-অহুমগী মমিং মথা ইহল্লগা অদুম থোক্লক্লে। খঙলকই মানা নেৎলম্বগী অর্থ কোন্নদি, মীদুদগী লাপথোকহন্নীংবগীনি হায়বা।

লম্বীদা ওজা জে.কে. থেংনৈ। হায়রকই -

"ঐখোয় য়েংবা য়াবা মফম খরা য়েংলুসি। ঐখোয়গী গাইড ওইনবা মী অমা পীয়ু হায়শি।"

"এ! অদুদি ফৈনে!"

হায়দুনা ঐনা মখোয়গী অশিল-অরাঙ তৌবা মী কোয়য়েং য়েংবদা ঙসাইগী ফুরিৎ অঙৌবা লিংপা নুপাদু উবদগী মনাক্তা চঙশিল্লগা হংলুই-

"য়েংবা য়াবা মফম করি-করি লৈ? ঐখোয় কোয়বা পামই। ঐখোয়গী গাইড ওইনবা, নখোয়গী মী অমগা লোয়ননা চৎপা পামই।"

মানা ইতপ-তপ্না অদুম হায়রকই-

"শিদি লৌবাইনি করি য়েংনি ? করিসু লৈতে।"

"নখোয়গীসি তুরিষ্ট স্পোট, তুরিষ্ট সেন্তর লৈতব্রা?"

"অদুদি পটনাদা চৎলগা য়েংগদবা মঙাই।"

উপায় লৈতে। মাদি মসিগুম্বগী মরমদা কয়া খঙদবগুমসু উই। অদুনা অমদা অমুক হংগে খন্দুনা, ঐনা হায়খিবা য়াম্লা ঈং তপ্পা নুপাদু উবদগী মনাক্তা চঙশিল্লগা অমুক হায়রুবদা মানসু অদুম হায়রক্লে। মানা মমৈদা খরদি হাপচিল্লকই-

"য়েংবা য়াবা খরদি লৈ, গয়া চৎপা য়াই। য়াম্লা লাপ্পি।"

গয়া পল্লকপদা ঐ অমুক্তা হেন্না চৎনিংবা ফাওদুনা নমহং হংজিল্লি-

"গয়া! কয়াম লাপ্পি? কিলোমিটর কয়া লাপ্পা লৈ? করিদা চৎকনি?"

"লাপ্পি! নোংমা লেক্লগা হল্লকপসু য়াওই। ট্রেন্দা চৎপসু য়াই। বসতা চৎপসু য়াই। কিলোমিটর চাম্মা হেন্না লাপ্পি।"

ঐ হঞ্জানরে। জে.কে. উনরগা তানরগে খন্দুনা লাক্লে। জে.কে.গী মতৌদুসু করিগীনো খঙদে, ইরাঙ-লাঙবা ওইনা তৌদুনা থেংনরে। ঐনা ৱারীদুদি তপ্লে। মা মদুদা চঙদে।

'ঙাইখো' হায়রল্লগা ফৎ চৎখি। তাঞ্জাদুদা ঐগী মরুপ্তু ফৎ চঙশিল্লক্লগা ঙাঙলরে-

"করিনো নঙনা, মীনা হায়রিবদু করিনো, খঙবোই-খঙদবোই পঙঙাঙদা ঙাঙনরিদুবু? প্রেসকী মী ওইরমলদি প্রেসতা, মণিপুরদগী মী লাক্লে হায়না ফ্লাস কোক তৌথোকখ্রবদি মখোয়না ঐখোয় কদায়দা লৈ, কোইথি থিরক্কদৌরিনি।"

ঐ চঙক্লরে। মাসু পন্থুদে 'লাকও' হায়দুনা জম্মু নুপাদুগা লোয়ননা হোল মনুংদা অদুম চঙমিন্নরে। ঐখোয় ফম্মিন্নরগা মাগা গজলগী মরমদা অমুক তকখৎনখিবসিনা-পাক হেক হৌগৎপা য়াদৌ মান্দে।

নুমিৎ হুম্নি চুপ্পা চৎথরকপা নেসনেল কনফরেন্স অদু ঙসি অরোইবা নুমিৎনি। অদুনা ময়াম পুম্নমক পুমলাঙ লাঙই। পুংফমনা তপথবা য়ারক্তবগী,গাড়ীনা মখোয়বু ঙাইদুনা লৈবগী, লৈতাফম খঙনদে। লোইনমক তহা-তহানৈ। মরক্তুদা ফোটো নমহৌনবগী মরোল অমা। কায়নরমদাইগী বিদায় পীনবগী লৈ পরেং

হুক্লবনা মরোল অমা। ঙাইহাক্তুদি কুম্মৈ অমনি। ঐখোয়গী সনাহনবী, পিপল মৈতৈ, জে.কে. লুরাং লৈ পরেংনা মঙকতু পুংফুল! অতৈ ময়ামদুসু অদু মঙাই।

মতাংদু ফোটো নম্বা পুমলোই-লোইশিল্লকপা মতমনি। গাড়ীদা কাখৎনখিবা খরসু য়াওখ্রে। ত্রিপুরাগী কাঙবুসু পূং ৩ দা হনগনি হায়না হান্না থৌরাং লোইখ্রবনি। ঐখোয়না হোলদগী থোক্লকপদা সনাহনবীনা পরপ-পরপ চঙশিল্লক্লগা ফিংলপ্না হায়রকই-

"ওজা! ঙসাই মখৈ কদায়দা চৎলুই? ফোটো নমসি হায়দুনা কোয়থি-থিবদু থিবা ফংদদুনা তোকএ! নম্বা য়াওহৌদ্রেদো। মিনাক্সীখোয়না পূন্না নমসি হায়দুনা থিবসি-থিবসি অদুম ফংদ্রে। মী হন্নখ্রে। কয়াম নুংঙাইতে খঙব্রা?"



*সনাহনবীগা মহারাস্ত্রগী কাঙবুগা নম্বা*

মিনাক্সী পল্লকপদা খঙহৌদে, ব্রাখলসিদা কৈনো অমা থক ফাওরকই। চীনদি থোক্কে। উদি উননিংই, ফংদ্রে। মখোয় থোকখিবনা হানখ্রজাৎনি। পূন্সি হায়বসি মসিনি, নৎত্রবদবু মা লেঙদনা লৈরম্লোইদ্রা?

ময়াম্না ফোটো নম্লিবা মফমদু টুপী চেপতক উপ্পা, নাতোন শুমাঙগী কোই খাকপা মুর্তিদুগা লোয়নননি। মুর্তিদুগী মমাঙদনি ময়াম্না ফম্নরিবা। নীংশিং খুদম ওইনবা। মাগী নাকন্দা খাজিল্লগা ওফিস ওইরম্বা মফমদু শীদোকখ্রে। করিমতা লৈত্রে। চিয়ার পরেং পরেং থাদুনা লৈরে।

সুম য়েংশিল্লুবদা খঙলে-মুর্তিদু শহীদ ওইখ্রবা ভগত সিংহগী মুর্তিনি। মুর্তিদু খিল্লিবা পেদেসটেলদুদা ব্রাহৈ ময়াম অমা ইরি। মদুদা হিংসা অমসুং ক্রান্তিগী খেন্নবদু ময়েক শেঙনা তাক্লি। ভগতসিংহগী ব্রারীশিমদি ময়াম্না হেন্না খঙনরবনা

লাইরিকসিদদি অমুক হাপচিনজদ্রে। অদুবু বাহৈ খরসিদি পনজগে ভারতনা বৃটিশকী লোইলম সাসন মখাদা লৈরিঙৈগী-'ভারত থাদোকউ' আন্দোলনদা নহা ওইনা, থৌনা ফনা শরুক য়াখিবা, বৃটিস ওফিসারশিংদা বোম লংশিন্দুনা হাৎনবা তৌরুবগীদমক বৃটিশ সরকারনা ফাঁসি তৌদুনা হাৎখিবা অদুগুম্বা মমা লৈবাকপু নুংশিজবা অদুবু নীংশিংনবগীদমক মহাকপু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা মফমসিদা মাগী মুর্ত্তিসি খিনবা শোয়দনা ওইরিনি।

ঐনা ফোটো নমমিন্ননিংবা মীওই খরা উরি। রাজেন্দ্র রাজন। মাসু মীকুপ অমা লেপ্পা য়াদে। শীন্দোক-শীনজিন কোয়চেন চেল্লি। দেবশিসসু উই। মাগী কেমেরা নত্তনদি ঐখোয় ফোটো নম্বা য়ারোই। ঐখোয়গী কেমেরা য়াওদে অদুনা-দেবশিসতা ফোটো অমতং নম্বিনবা হায়রুরে। মাসু হৱাও-হৱাও অদুম য়ারক্লে। রাজেন্দ্র রাজনদু ঐখোয়না লৈরিবা অদোমদা ফুং ফাওদোক্লকই। ঐ পন্থদ্রে শৎ চঙশিল্লগা হেক্তা হায়রে-

"ঐখোয় অদোমগা লোয়ননা ফোটো অমতং নম্বা পামই!"

"এ! থুরো থুরো...।"



*রাজেন্দ্র রাজনগা লোয়ননা ঐখোয় অমসুং কাশ্মীরগী কাঙবু*

মাদি অশিন-অরাংনি পন্থবা য়াদে থুরো হায়বক্লে। ঐখোয় ময়াম শৎ-শৎ চঙশিন্দুনা লেপমিন্নরগা দেবশিসনা ফোটো নমই। রাজেন্দ্র রাজন পন্থরমদ্রে। পরপ-পরপ অমুক চৎখ্রে। কনা-কনা লৈরিবগে কোয়য়েং-য়েংলিঙৈদা কদোমদগীনো খঙহৌদে মিথেসসু সুইটকেশ, বেগ পায়রগা ফাওদোকলক্লে। মদুদসু ঐনা নংহৌররোই মতাগুম থক হায়রুই। ফোটো অমতং নমমিন্ননীংই। হৱাও-হৱাও য়ারক্লে। মাসু তৌরে-

"থুরো! থুরো...!"

ঐখোয় শৎ-শৎ চঙশিন্দুনা মাগা লেপমিন্নরগা ফোটো অমসু দেবশিসপু নমহল্লে। দেবশিসনা অমুক মাসু য়াওনা নমগদবগী অনুমিয়াদা কেমেরাদু শিন্নরল্লগা চঙশিল্লক্লে। ঐনা মঙোন্দা কোল্লে। অদুগা অমসু নল্লে। তাঞ্জাদুদা কাশ্মিরদগী লাকপা পঞ্জাবি মচাদু মীয়াম মরক্তুদা ফুৎ ফাওজিল্লক্লগা বিশানগা ঐখোয়গা ফোটো নম্লবা থৌরাং তৌরিঙৈদা ঐখোয়গী ইরক্তা চংশিল্লকই। ঐনা তরাম্না তৌদুনা ফোটো নম্বা য়াওনবা ইঙ্গিৎ তৌরুবদগী মাসু হরাও হরাও চংশিল্লক্তুনা ঐখোয় পুন্না ফোটো নম্মীন্নরে। অদুবু অরাৎপা অমদি লৈবদৌনা অদুম তৌরি।



*মিথেস, অমিতাব চক্রাবর্টি, দেবশিস অমসুং অইবা*

মিথেসনা-সনাহনবীগা, পিপল মৈতৈগদা কয়া নুংশিনা তৌবিরে। সনাহনবীগী মকোক্তা নানথবিরগা বর পীরম্লিবনি। পিপলগসু নুংশিনা কোন্নে। অদুগা বাই তৌরম্লগা অদুম চৎখ্রে।

মতমদু ফাওবা ঐখোয় কাঙবুদি হয়েং চৎপগী ভাবতা অদুম লৈরি। ময়ামদি অদুম পঙচৎতা চৎনখি। ঐখোয় মখৈদা লৈহৌবগী ভাবতা লাক্লে। অতৈ খরবুদি গাড়ী ঙাইবা য়াওরি। মখোয়সু চৎখিগদবনি। মদুদদি জে.কে.দু করি খল্লক্লুবনো খঙদে-

"লৈরম্মু ঐ মখোয় মীদা ব্রা অমত্তা হংলুখিগে। ঐখোয়সু চৎখিবনা ফরিব্রা ময়ামদি লোইনা চৎনখিগদৌরি।"

হায়রম্লগা চৎখ্রে। ঐখোয় মশেল হায়নৈ। 'ঐখোয়খক্তা লৈহৌবদি ফগদবা মান্দে।' ব্রাখলসি ইনুং-নুংঙাইতে। তৌফম খঙদে। ঐ জে.কে.গা ব্রারী শানরিবদুগী মনাক্তা ফৎ চঙশিল্লগা মখোয়না ঙাঙনবদু তায়-

"মণিপুর! এ! অদুদি চৎলো। হয়েং ট্রেন তোংগদবা ওইরবদি হোটেলদা লৈরো। ঐখোয়না হোটেল থৌরাং তৌদুনা থন্লে। অয়ুক পুং মাপলদা তোংগদবা ওইরবদি শিদগী চৎপদি নংনদবা য়াই। চৎলো-চৎলো! চৎনবা থৌরাং তৌরো! থুরো গাড়ী শিদা থাগদবগী লৈরবনি।"

ব্রাদু তাবদা ঐখোয় ইফিং ফিংনরে। 'চৎশি লাকও হায়নরগা পোৎ-চৈ লৌথোকপা তহা তহা চৎনরে। চঙশিল্লগা পোৎ-চৈ শৎ-শৎ লোইশিন্নরগা চৎনবা শেম শারে। ঐগী মরুপ্তুনা ছোতু নীংশিংলকই। ঐঙোন্দা হংলকই-

"শেল অচোয়বা য়াওরিব্রা? ঐঙোন্দদি য়াওদ্রে।"

ঐসু 'য়াওরি' খুন্নগা পোৎ-চৈ লোইশিল্লি। ছোতুগী মমাসু নুপীমচা অমগা লোয়ননা লেপমিন্নরগা ঐখোয়না তৌরিবদু য়েংলি। ঐখোয়দি তহা তহারে।

"নংহৌররোই, থুরো থুরো!"

হায়রন্নগা জে.কে.দি থোকখ্রে। ঐনা ছোতু হংই। মমানা কৌথোক্লকই। ছোতু, পরপ-পরপ চেম্থোক্লক্লগা, ঐখোয়গী মাঙদা খুরুখুদক কূল্লগা মকোক নোন্দুনা ঐখোয়দা খুরুমদুনা লৈরে। ময়ামনা নুংশিনা নানবিরে। বর পীবিরে।

ঐসু বেগতগী লুপা তরা চৎপী অমা লৌথোক্লগা ছোতুদা পীরগা নুংশিনা মকোক্তা নাম্থবিরগা 'মঙ্গোল ওইয়ু' হায়দুনা বর পীরম্লে। অদুগা মমাদা 'নুপী মচাদু নচারা' হংলমলগা পাউখুম ঙাইরমদনা হোবে-হোবে অদুম থোক্লক্লে। 'চৎলে-চৎলে' হায়না খূৎ হাইরম্লে। মপালদা অহল অমসু লৈরমই। মদুদসু 'ঐখোয় অমুক চৎলে!' হায়রম্লে। য়ুম্বু অহলদুদি উনবমদ্রে। মহাক কদায়দা থোকখ্রবনো খঙদে। নুংঙাইনদে।

ময়াম, উন-উনবা, থেংন-থেংনবা কায়নরমদাইগী খূৎ শোক্রে। বিদায় পীনৈ। কায়নরমদাইগী পূক্লিং নুংশিবদু থম্মোয়দা ফাওনৈ।

ঐখোয়গী পোৎশিংদু জীপ অমগী মথক্তা হাপকৎলগা ঐখোয়সু তোংখৎলে। গাড়ী অদুম থৌরক্লে। অউ-অউবা খূৎ হাইরম্লগা গোদর গাও তুংওইনরম্লে।

লৈরিবা বিল্ডিংসিসু অচম্বা বিল্ডিং নৎত্রদনা- 'বিপ্লবী পুষ্টকালয়' লাইব্রেরীগী চাউরবা বিল্ডিং অমনিদনা! করি ব্রাখলদগীনো খঙদে। বিল্ডিংগী মমায়দুদা থক য়েংখৎলুবদা উরে- "বিপ্লবী পুষ্টকালয়" থাবা সাইন্দ বোর্ডতু। মনুংদা চঙলগা য়েংনিংবনি। অদুবু মতম ফংদ্রে। বেগুসরাই ফাওবা থিনগদবা গাড়ীনা ঐখোয়বু ঙাইদুনা লৈরে। অদুবু ঐদি লাইব্রেরীনিতমক খঙলগা হনবদি পামদে। মাগী মরমদা খরতা ওইরবসু খঙনিংই। অদুনা লাপ্তক্লা লেপ্লিবা, মী ঈং-তম্পী হায়খিবা নুপাদুগী মনাক্তা শৎ চঙশিল্লগা হংলুববু চৎলমদাইগী চরাংনবা মরক্তা মানা ফজনা হায়রকই-

"লাইরিক্কী লাইরিক মক্তনি। আলমিরাহ ময়াম অমা লৈরি। সোফা চৌক্, অচৌবদগী, অপিকপদগী অদুতা নত্তনা ডবল বেডসু লৈ। থোঙগী নাকল মরিমক্তা হিন্দীগী অনৌবা, অরিবা, অচৌবা, মচা সাহিত্যকারশিংগী ফোটো থেংলি। গান্ধীগী মরমদা ইবা পূম্নমক্কু থোঙ মনাক্কী আলমিরাহশিংসিদা লৈ। মার্ক্সকী লাইরিক পূম্নমক, লেনিনগী সাহিত্য, রুসকী অইবশিংগী রচনাশিং পূম্নমক আলমিরাহশিংদা লৈ। মনুংগী আলমিরাহশিংদা নিরালা অমসুং মাখনলাল চত্তুর্বেদিগী রচনা পূম্নমক আলমিরাহশিংদা উবা ফংগনি। মদুতা নত্তনা মখোয় মশা-মশাগী ফোটো থেংলি। অদুতা নত্তনা হেক লৈরিবা সাহিত্য পূম্নমক অলমিরাহশিংদা লৈ। সাহিত্যগীতা নত্তনা জ্ঞান-বিজ্ঞানগী লাইরিক ময়াম অমসু মসিদা লৈ। "বিপ্লবী পুষ্টকালয়" হায়রিবা লাইব্রেরী অসি অচম্বা লাইব্রেরী অমা নত্তে। মনুংদা চংলগা য়েংলবদি পূম্নমক খঙগনি।"

ব্লারী মখা চংথবা নংদ্রে। গাড়ী চংকদবগী লেঙবা হৌরক্লদনা 'থাগংচরি' হায়রম্লগা গাড়ী তম্না অদুম হোবে-হোবে চংশিল্লগা কাখৎলগা অদুম লাক্লে।

"খুঙ্গংসিদা অসুক চাউবা লাইব্রেরী অমা অসুক মওং তানা লৈবা! সহরদসু নত্তনা! খুঙ্গংসি করম্বা খুঙ্গং ওইরমগদগে হায়বদু লাইব্রেরী অসিতনসু মশক অদুম তাকচরে। লাইব্রেরীসিতনা খুঙ্গংসিগী শকতাক চে অদুম ওইজবে। অদুবু খুঙ্গংসিদাদি লাইব্রেরী অসিতা নত্তনা হোল অমসু মওং তানা, মফম চানা, ফজনা লৈোর। গোড়র গাও হায়রিবা খুঙ্গংসি জ্ঞান তৈরবা, লাইরিক লাইসু তৈরবা, লৈবাক্লা শকখঙ মায়খঙনবা মীওই কয়াগী পেংক্রফম শোয়দনা ওইরমগনি।"

গোড়র গাওগী মতাংদ ঐনা হায়গদবা য়াম্না ব্লাৎলি। অদুবু নঙ-ঐদি ঙসি কায়নরেদো!

ঐবু খক কাউথোক্কনু নঙনা! ঐসু নঙগী নপাউ পুদুনা চৎলিবনি।

ঙসি ঐখোয়না হাথু-হাথু তৌরিবসে, মসিদা ঐখোয়গী অশোয়বা লৈ। থবক খুদিংমক মাঙজৌননা মমুৎ তানা খঙদোকহৌদবসি ঐখোয়গী অচৌবা অশোয়বা অমনি। ওফিসিয়েল ওইবা ব্লাফমসি ঐখোয়নসু হংহৌদবা, জে. কে. নসু হংহৌদমাল্লে। করি করি প্রোগ্রাম লৈবা? কৈদৌঙৈ লোইবা? মফমসি লোইবা নুমিৎতুদা থাদোক্কদ্রা? হায়বনচিংবা অকুপ্পা মরোল ওফিসিয়েলদগী মাঙজৌননা খঙদোক্লবা হোৎনবা, মদু ময়াম পূম্নমক খঙমিন্নবা চঙই। নৎত্রবদি খুদোংথিবা মায়োক্লগনি। অদুম তৌরম্লবদি ঐখোয় ঙসি তহা তহা খক চেল্লোয়।

শীল্লি-লাঙলিবশিংদু অহল ঙাক্তনি। বেগুসরাই ষ্টেসন্দা ঐখোয়বু ঙাইরল্লিবদুসু অহলনি। মপোক্লা পুমঙৌ-ঙৌরে। ফৈজোম শেংলি। ফুরিৎ খুদাং ককপি অমা লিংলি। ঐখোয়না তোঙগদবা বস হান্না থৌরাং তৌদুনা লৈরল্লে। বস অচৌবনি, লকজুরি বসনি।

হন্দক্কী খোঙচৎসি ঐঙোন্দদি ইনুংতা নুংঙাইবা অমা ফাওই। শীল্লি-লাঙলিবশিংদনা অমুক্কা হেন্না অপেনবা পোকই। অহল ঙাক্তনা শীল-লাঙই। নহা অমতা য়াওদে। অহোবা অমতা উদে। মী অমতা ওনশিন্নরগা ব্রা কন্না ঙাঙনদে। থবক খুদিংমক মাঙজৌননা শেম শাদুনা থম্বগী মম্মি তাই। অমগা অমগা পাউ হোদোক্লবগী মওং লৈ। মথৌমক্কি খন্না থবক তৌই। মীগী অপাম্বা মশক খঙই। মীগী মপূক নাহন্দে। অৱাংপা অমুক তাল্লুবগী মথৌ তাদে। কনফরেন্স তৌফমগী, তূমফম-চাফমগী, চান-থক্লবগী, চাক-ঈশিংগী, মৈগী অশোয়বা অমতা উদে। মৈগীদমক্তা জেনেরেটর সেট তরেৎনি, পুল্লপ উখোঙ অমদা থল্লিবা, সেট মচা নত্তে। থাউ-মাল্লি টেঙ্কর মচা অমা জেনেরেটর মনাক্তা থমলিবদু। ডেলিগেটশিংগী লৈফম য়ামই। ঐখোয়দা পীরকপা বেগতুদা রাজেন্দ্র রাজনগী, 'এক রংগ য়হ ভী' কোপি অমা, কনফরেন্সকী সোভিনির, প্রগাটিশীল লেখক সংঘ অমা, ইনভাইতেসন কার্ড, নুমিৎ হুম্নিগী চাক্কী টোকন, লাইরিক্কী কেটলোগ অমা। নবসম্রাজ্যবাদকা সংস্কৃটিক প্রটিরোধ কোপি অমা, প্রো. এজাজ অহমদ, সময় সুরভী অনংট সমপাদক, নবেন্দ্রকুমার সিংহ; নোটবুক অমা, কলম অমা অদুম য়াওরক্লে। ওফিসতসু মী লেঙদনা অদুম লৈ। হংলুবদা অদুম পোপ-পোপ তাই। চাক্কী অশীন অবাঙদংদি নহারোলনা তৌই। মদুসু মতম চপ-চপ চানা অদুম থৌরাং তৌই।

কনফরেন্সকী মীফমর্দাদি নুপী কয়া য়াওদে। অহানবা হৌদোকপা থৌরমদুদা নুপী য়াঙ্খ্রেমুক শরুক য়াই। মখোয় লমগী নুপীশিংনি। ডেলিগেটে নুপী খরদি য়াওই।

অদুবু কলচরেল প্রোগ্রামদদি ওখাক য়ামই। 'মী লিশীং মরিরোম ওইরম্মি' খন্নরিবা মীয়াম তিল্লিবদু ঈচিক চিকই। ইন্নায়-ইনিল করিমতা লৈত্তে। মাগী মাগী ফমফম থোকপা ফমই। লেপফম থোকপা লেপ্লি। প্রোগ্রামদু তূমিন-তূমিন য়েংনৈ। লৈরিবা অঙাংশিংদু চেন-চোংবা, লাঙবা, কপ্পা অমতা তৌদে। তূমিন-তূমিন অদুম লৈনৈ। নুপী মচাশিংসু য়াম্না কাহেন্না কেবা, ইরাং তৌবা উদে। চাংচৎ অমদা অদুম লৈবদৌনা উই। মৌসু অহলসু অদু মঙায়। নুপাশিংসু কারন তাবা অমতা য়াওদে। খূবাক খূবদি অদুম খূনৈ। মদুসু লাউখোংবদি তৌদে। নুংঙাইবগী 'বাবা! বাবা!' হায়বদি তায়। নুংঙাইবদা হুইশেল খোঙবা তাদে মীয়াম মরক্তদা।

ঐ ঙকই-নুমিৎ হুম্লি চুপ্পা মফমদুদা লেঙদনা কনফরেন্স য়াওদুনা লৈবদু য়ু ঙাওবা অমতা থেংনদে। হিদাক থক্লগা কারন তাবা অমতা ইমীৎসিদা উবা ফংদে। অশোয়-অঙাম অমতা থেংনদে। শীল্লি-লাঙলিবা ময়ামদুসু ঈংনা তপ্পা লোইনা লৈনৈ। মদুদদি ঐ ইতোমতা খনগৎলকই-

"করিনো! মখোয়গীসিবু ভারত পুম্বগীদা নত্তনা অতৈ লৈবাক্কী মীহুৎশিংগী অচৌবা, চহি অহুম অহুমগী মনুংদা অমুক্তং পাঙথোকপা নেসনেল কনফরেন্সনি হায়দুনা অকনবা চেকশিন ব্রাহৈগা লোয়ননা ট্রেনিং তৌরগা থন্নজাৎলনে মীয়ামসিবু! হুম ! ট্রেনিং ফন-য়াম্না তৌদুনসু, ট্রেনিংনা ফিভমসি য়ৌহনবদি অসুক য়াম্বা মীয়ামসিদদি ওইথোক্লোই!"

অদুনা ঐদি ঐগী মরুপ্তা হায়-

"ঐনা নুংঙাইরিবসে মখোয়গী থবক থৌশিন্দা অহোবা অমতা উদবা, শীল-লাঙলিবশিংসি অহল ওইনা তৌবা অসিনি। ফন্নগা পোত্থাদুনা লৈরগদবা মখোয়না থবক তৌদুনা লৈবসি পূক্লিং নুংশিবা অমদুম পোকই। ঐদি, ঐখোয়শি পাপ অমা লঙশিঞ্জরে খল্লি। ঐখোয় পাপ লঙশিঞ্জরবনি।"

ওজা জে.কে.দসু ঐদি অদুম হায়। কাউখিদুনা চিৎথহৌবা তারে। নীংশিংলিঙৈসিদা মসিমগা হাপচিলহৌগে।য়ুমগী অহলদুনা ঈতপ-তপ্পা হায়-

"বিহার-কয়লা থোকই, য়োৎ থোকই, মেঙ্গানিজ থোকই, বোক্সাইট, কোরি, মাইকা থোকই। অদুবু হৌজিক্তি বিহারসি লৌবুক খরা, লম্বী খরসিতা ঙাইরে। অতৈ করিমতা লৈতরে!"

মাগী ব্রাঙাঙদুদা মপূক্লিং নুংশিবগী ব্রাঙাঙ অমা য়াওরি। অদুগা অমুকসু মখা তারকই-

"অয়ুক্তা রেল্লি অমা চৎলি। পূং ৮ দগী হৌবনি। মী য়ামখ্রে। য়ুমথোঙ খুদিংগী মী য়াওই। খুঙ্গং শিনথুংনা চৎপনি। মীওই লিশীং অহুম হেনবনা শরুক য়াখি। অচৌবা রেল্লি অমা ওইখ্রে। কুইদ্রি লোইশিনখিবা।"

হৌজিক বিহারগী লৌমীশিং মীকুপ অমা পোত্থাবা ফংদবা মতমনি। লম্বীগী নাক, য়েৎ-ওইদা উরিবা অদুক পাক চাউখ্রবা, য়েংবদা লোইবা নাইদবা লৌফমশিংদু মমুন ফানা মুল্লবা গেহু পাম্বীনা লোইবা নাইদনা হৌরি। হৈনৌ ঙাক্তগী হৈকোল চাউনা লৈ। লিচিসু মরক্তা য়াল্লি। মরাক কয়া পাক্তবা লম্বীনি। গাড়ী অচৌবা, বস চৎপদা গোলাই শুদে। চৎলবসু ব্রানা চৎলি। গোলাই শুদবগী অরাবদু ঐখোয় ইশানা অদুম থেংনৈ।

ডেলিগেট ময়াম অমা পুরগা হান্না চৎখিবা লকজরি বস অচৌবদু ঐখোয়না থৌগৎলকপদা গোলাই অমদা চেপথদুনা লৈরম্লে। মদুদা তোংখিবা ডেলিগেট অয়াম্বা কুমথরগা বসতু থৌগৎনবা হোৎনরম্বদু উরে। নূংনা ওট থারগা ৱানা লৈখৎনবা হোৎনহৌরি। মদুদা মিথেস উরকই, দেবশিস উরকই। মিনাক্ষীখোয়সু য়াওরম্লি খল্লি। উদি উরক্তে। ঐখোয়না হেনগৎলগা অদুম থৌরক্লে। কুমথরগা য়েংনিংবনি ফংলক্তে।

গোডর গাওগী ঈং তপ্লা মীয়ামদু কায়নরকপগী নুংঙাইতবগা, মিনাক্ষীখোয় উনহৌদবগী নুংঙাইতবগা ইশাসি অফা-অপূন্নে। ময়ামদা ফোঙদোক্তবসু থম্মোয়দা মৈশা অদুম লাংই। অদুবু করি উপায় লৈ হৌজিক?

আই! লাইসি লৈ-জাৎলনে! ঐঙোন্দা নুংঙাইতবা অমা লৈ হায়বসি ঈশ্বর মানা উজাৎলা! চাউরবা কাজাউদুদা ঐখোয় কাঙবুগা অতোপ্পা অহল অম'নীগা ঐখোয় খৈদনি লৈরিবদু। ফি-রোল হোংদোক্লরি। ঐখোয় শোন্নে-

"ঐখোয় কাঙবুতনিনে শিদা লৈদৌরিসিদি। অতৈগা লৈমিন্নরবদি ফৈ, ঐখোয় খক্তা লৈবসিদি চিংনিনিংঙাই ওই। মখোয় অশীন-অরাঙগী মীসু অমতা য়াওদে।"

ঐখোয় ৱাখল পীকথরকই। ইচিং চিংনবা পোকই। নুংঙাইতে। অতৈ লাক্লনি হায়বগী থাজবা ঐখোয়দা লৈতে।

তাঞ্জাদুদা মখোয় তরামুক কাদুদা ওরো-ওরো চঙশিল্লকই। ঐ খঙই-চঙলক্লিবদু ডেলিগেট ঙাক্তনি। অতৈ ষ্টেটতগীনি। ঐনা উনহৌদবা মী ঙাক্তনি। ঐনা উনহৌদবগী নুংঙাইতবদু ঈশ্বর মানা উবিদুনা 'উনজৌ' হায়দুনা মখোঙনা থোংনা লাকহল্লবনি। মখোয় উবদগী ঐখোয়গী ৱাখলসু চাউথোকচৈ।

অঙকপনি! থুংলরিবা ময়ামদু অতৈ ৱাখল চঙনদে। নেপালদগীনি হায়বা নুপাদুনা হেক্তা হৌরকই-

"কবি সম্মেলন হৌরসি!"

ঐ নোক্লিংলকই। কবি সম্মেলনসি মখোয়গীদি অরৌবা সবজেক্টতৌনা তৌই। মরোল মরোল লোন্দুনা লৈরিবা চৌকৃদু তরামুক লৌথোক্লে। অদুগা ইকোয়-কোয়না থাজিল্লগা ফম্লে। অদুগা শৈরেং পাগদবগী শেম-শাই। ঐদি মদুদা থোইনা পূক্লিং চঙদে। ফি-রোল লোইশিল্লগা অদুম লৈ। ঐগী হায়ববু মখোয়গী মমিং মথা লৌহৌবা অসিতনি। অদুনা ঐ নোটবুক, কলম শেম-শাবা হৌরে।

শৈরেং পাবা হৌজিনখ্রে। ঐসু চৌকৃদা ফমথরে। অদুগা মমিং, লৈফম ইনবা নোটবুকতু পীখ্রে। মথং-মথং পানবনা ঐগী টর্ন য়ৌরক্লে। ঐদি পাররোই হায়দুনা

থংননা ফগ্লিবা মরূপ্তা পানবা হায়। ময়ামনা য়াদ্রে। অহানবদা মৈতৈলোন্দা পারে। অদুগা ইংলিস ট্রান্সলেসন্দু অমুক পারে। অদুদগী মথং-মথং চংখ্রে।

মরক্তুদা ডেলিগেট মঙা অমসু থুংলরে। মখোয়সু শৈরেং পাবদা মপূক্লিং অদুম চঙখি। মীয়ায় চল্লবী নুপী অমসু য়াওরকই। মাদি 'কবি নত্তে, পাররোই, তারগে', হায়বদগী পাখিদে। রাউণ্ড অমা থুংবগা নেপালদগীদুনা 'মথং রাউণ্ড হৌরে' হেক্তা হায়রকই।

তাল্লক্তুদা মী, মশা পাবা, মরেপ ৱাংবা, মকোক তংখায় অমা মশম শুকহৌ হৌদবা কোন্না চঙলকপশিংদুগী মরক্তা য়াওরকপা নুপাদু ঐগী ইনাক্তা মোল্লি মোল্লি চঙলক্লগা ঐঙোন্দা ঈতপ তপ্না হায়রে-

"নঙগী শৈরেংদু অতোপ্পা কোপি য়াওব্রা? য়াওরবদি কোপি অমা পীরম্মু ঐগী জর্নেলদা পব্লিশ তৌগে।"

ঐনা কোপি অমা বেগতগী লৌথোক্লগা পীরে। চেদু য়েংলগা হংলকই-

"শৈরেং অনীসি নঙনা ইবা ঙাক্ত্রা?"

ঐগী শৈরেংবু ঐনা ইবা ঙাক্তরা হংবগী মবম খঙলকই-ঐনা ইরিবা মীংদুননি। মহাক থবক য়াম্না কুপ্পা মীওইনি। ঐগী মিংদু অশপ্পী ইরুবনি। ঐনা অশপ্পী ইবদু মুন্না য়েংলগা ঐঙোন্দা হংলগা ফুল ইখি।

"হিন্দীদা ইগে, চুম্না য়েংউ। ফোটো য়াওরবদি কোপি অমগা পীবম্মু। হয়েং পব্লিশ তৌবদা নঙগী ফোটো হাপত্রবদি মশক খঙলোই।"

অমুক হায়রক্নে। ঐনা 'ফোটো য়াওরি' হায়দুনা লৌথোক্লগা কোপি অমা মিং ইশিল্লগা পীরে। মানা মখা তানা অমুক হায়রকই-

"নঙগী শৈরেংসি তরা-কুন লৈরবসু ঐঙোন্দা থারকউ। কনটিনিউ অদুম তৌগে। ঐগী এড্রেস পীরমগে। নঙগী শৈরেংসি য়াওবা জর্নেল কোপি অমসু ঐনা নঙোন্দা শোয়দনা থারক্নে। অদুনা নঙগী এড্রেস ফজনা পীরম্মু। ঐ মহারাষ্ট্রদগীনি। উর্দু জর্নেল অমগী এডিটরনি, মিংনা রাজা শিরগুপ্পে!"

ঐ ৱাখল নুংঙাইবা অমা ফাওরকই। ইমান্নবদুনা মরক থংখি-

"এস্ট্রোলোজি ওইনা ফোঙবা পামই। পব্লিশর লৈগদ্রা?"

"ঐনা পব্লিশর ওইনি। নঙগীসু শৈরেং য়াওরবদি পীরম্মু।"

মানা শৎ অদুম খুমজিল্লকই। ঐগী মরূপকী শৈরেংসু পীরম্লে।

ঐখোয় গোডর গাও সায়োনারা তৌরক্নে। সায়োনারা হোটেলদা থুংলরে। বেগুসরাইগা গোডর গাওগা অনীগী মরক্কী অরাপ্পশি কি.মি. নিপাল ওইমাল্লে। ঐনা হংবদা তরানি হায়রকপসু য়াওই। তরামাথোইনি হায়রকপসু য়াওই।

বেগুসরাই রেলৱে ষ্টেসন মনাক্তা লৈবা সায়োনারা হোটেল মমাঙদা, মপোক হৌরবা, ফৈজোম শেৎপা, ফুরিৎ খুদাং ককপি লিৎপা, ৱা ঙাঙবদা খোনশি চঙবা, মমায়সু চান্নমগদ্রা! ঐনা হায়ফেৎ য়েংলুবদা মমায় চাম্বা ওইনা উখিবা অহল অমনা ঐখোয়বু ঙাইরম্মী। ঐখোয়না গাড়ীদগী হেক কুমথবগা মানা চিংদুনা হোটেলদুদা চঙলকপনি। লৈফমদু শীল্লম্লগা-

"ঐগী থবক য়াম্না লৈরি। ময়াম ফম্মিন্নরগা ৱারী শাবা ফংদরে। ৱারৌবিবা য়াদে!"

হায়রল্লগা থোকখিবনি। ঐ মাগী মমিং হংনিংবনি হংহৌদ্রে। নুমিদাংৱাই পূং ৫দা হোটেল সায়োনারা বেগুসরাইদা থুংলবনি।

নুমিদাং পূং তরেৎ খরা হেল্লকপা, ঐখোয়না শৈরেং পাবা অনীশুবা রাউণ্ড হৌরসি হায়নদুনা লৈরিঙৈ তাঞ্জাদুদা অহলদু চঙলক্লগা অমুক হায়ররে-

"ময়াম হোটেলসি অমুক থাদোকপা তারে। অতোপ্পা অমদা লৈবা তারে। ৱারৌবীবা য়াদে, মদোমদা ওইনা চৎলসি।"

ময়াম খৌতক চানৈ। অদুবু চৎপা তারি । মশা মশাগী বেগনচিংবা পায়নরগা অহলদুনা চিংদুনা থোকলক্লে।

চৎপসু কল্লি অহলদু। মতুং ইন্নবদা চেনইন ইন্নে। খরসু নুংশা থীনৈ, তৌরিবা মতৌদুদা। কনানা করি হংখিবনো মদুদি তাহৌদ্রে। ঐনা অহলগা ৱারী শাননিংদুনা, চেনবোই-চৎপোই তৌনা অহলদুগী মনাক নকশিল্লকপদা অহলদুনা হায়বদু তাহৌই।

"উম! উম! নত্তে-নত্তে! করিসু খনগনু। লৈবগী ভারা তিংলোই। মদু ঐখোয়গী দায়নি। চাবগীদমক্তি নশা নশানা পুথোকচগনি। নুংঙাইনা পোথাও। রেলৱে ষ্টেসন নক্লা লৈরে। ... নো! নো! নখোয় থাদোক্লগা ঐ কদায়দা চৎকনি?"

হায়না হায়না লাক্লগা হোটেল অমদা অমুক চঙমিন্নরে। অদুগা ঐখোয়গী লৈফম শীল্লম্লগা অমুক থোকখ্রে। ঐখোয় মশেল শোন্নে-

"করিগীনো মখোয়না অসূক থুনা হোটেল চেঞ্জ তৌরিবসি? মসি মরম অমদি লৈফম থোকই।"

ঐখোয়গী ৱাখলদা নে-না তাদবা অমা থোকহল্লে। অদুবু 'ইরু মাইথজরগা পোথাসি' হায়নদুনা ইরুজনরে। অতোপ্পা কাঙবু খরসু থুংলৈ। অচৌবা কা অনীদনি ঐখোয়না লৈরিবসি। ঐখোয়না লৈরিবা কাদুগী থোঙ থোঙনাও লোইনা চেক তৌশিল্লি। বাথ রূম চেক তৌই। থোঙ থিংজিল্লি। 'মপান থোকপা অফবা

ওইরোই' খন্নদুনা থোক্লুদে। ষ্টেন্দর লৈবা হোটেলনি। কাদু নাম্লি, বাথ রূম চাওনা শ্রিং নাননা থমই। টি.ভি. সেট, সোফা, চৌক্, পোৎ-চৈ হাপ্নবা উপু, ফিরোলগী উপু, মিংশেন লোইনা থমই। ফমুংদুসু উরু-উরু লৈবিনি।

ঐখোয়না ব্বারী শারগা ফল্লিঙৈদা থোঙদা কোক-কোক থীল্লকই। হাংদোক্লগা য়েংলুবদা নেপালদগী নুপাদু ওইরম্লে। অদুদদি কৌশিল্লগা ফম্মিন্নৈ।

"ঐদি করবার তৌবা মীনি। পারি-পুরিদগী করবার তৌরকই। করবার তৌবদগী নেপালদা লৈখিবনি। হৌরকফমদি শিলিগুরীদগীনি।"

ব্বারী শানা শানা চুরুট উপু অমা বেগতগী লৌথোক্লগা 'চুরুট লৌবিয়ু!' হায়দুনা ঐখোয়দা মথং মথং পীরকই। ঐখোয় কনামতা চুরুট থক্তে। অদুনা লৌনদে। অদুদদি-

"ঐসু চুরুটসি থক্লিংদবনি। করবার তৌবনিনা পোত্থানবা মতম ফংদবদগী চুরুট মচৈ অমা চিংলগদি পোত্থাফম ওই। মদুদগী হৈনবী ওনখিবনি। ঐ চুরুট থকপা য়াগদ্রা?"

হংলকই। ওজা জে.কে.না 'বাথ রূমদা ওইনা থকপিয়ু!' হায়বদগী বাথ রূমদা চুরুট থকপা চঙখি। ঐগী মরূপ্তুনা মপাল থোকখি। ঐনা নুপীগী মরমদা ব্বা য়াম্না ঙাঙদুনা ওজা জে.কে.গা ব্বারী শারি। নুপীশিংগী মায়োক্তা ঐনা লেকচর অমা শাংনা পীরিঙৈদা অমুক থোঙদু কোক-কোক থিল্লকই। হাংলুবদা ঐগী মরূপ্তু চঙলকই। বাথ রূমদগীসু দোরি নানদান অগ্রৱাল, চুরুট থকপা লোইরগা থোকলক্লে।

সুম খন্নবদা তৃম্নদি মা য়াওরবদি চিনগদবা মানবদগী-

"ফরে ঐদি অশোমদা অদুম তৃম্লুরগে!"

হায়রম্লগা থোকখ্রে। ঐগী মরূপ্তু হৌজিক্কী ফোঙ-ফোঙ শারিবা পাউ অমা অমুক পুশিল্লক্লে।

"মখোয় অশোমদসু ব্বাফমসি য়াম্না খন্নে। মখোয় তশেংনা কি। ঐখোয়গা লৈমিন্নবা ফাওবা কিরে। মখোয় অশোমদসু তুমফম চিনগনি। অদুবু শোমদা ঐখোয়গা পূন্না কা অমতদা তৃম্মিন্নবসু কিরে। মখোয়গীদা হান্না খুদোং থীবা নংলুবা নুপা অমসু য়াওরি। মাদি তশেংনা কিহৌরে। পোৎ-চৈ, মফি-মরোল লোইনা মুলহৌরগা সম্পেন্দর ঙাক্তা থাদোকলকই হায়না ময়ামদা তম্মী। মখোয়দি অশীন-অরাঙ তৌবশিংদা ওনশিন্দুনা শাউহৌরি।"

"করিগী মখোয় মী চহুম-চামরিগী থৌরাং তৌবদি ঙম্লগা ঐখোয় কুম্ভামুক্কী এরেঞ্জ তৌবদি করিগী ঙমদনি। মখোয় অদা অদুম ঐখোয়গী লৈফম শীনবিবা য়াই।"

পাউদু অসুম্না অমুক হেক তম্লরে। মদুদদি ঐখোয়সু ব্রাখল পীকশিল্লে। অতে ব্রা চঙদ্রে। হকচাংশি ইতৃক তূকথরে।

"কনানা খঙনি! মখোয় খরা লাক্লগা ঐখোয় থিরক্লো! করি উপাই লৈ? মীগীদি মরমনি। হয়েং পেপরদা ফ্লাশ কোক তৌথোকখ্রো-ট্রেন মনুংদা কোইথি হেক্তা থিরক্কনি...।"

মদুদদি 'হান্না লৈরম্বা বুথি চমম্লে' হায়বদু তৌরে। ব্রাখলসি অফা-অপুন্নরে। ইতোমতা খনগৎলকই-

"করিগীনোনে! ঐখোয়সিবু মীরোৎলনে?"

ব্রাহৈসিগী মরুমদা অচৌবা ব্রাথোক অমা লৈ। মানা ঐখোয়গী তুং কোয়ইন-ইন্নদুনা চৎলি। মসিনা ঐখোয়বু মীহুন শুহন্দে। অদুনা পিপল মৈতৈগী ব্রা তানিংলকই। ইনাক্তা কৌশিল্লগা 'নঙগী করি মোত লৈ' হায়না হংলে। মাদি ঈইং-ঈংনা অদুম হায়-

"ঐদি হান্না হায়খিবদুনি। মসিদা য়াম্না কা হেন্না খনজিল্লুনু। ঐ ইমাগী অয়াবা লৌরগা লাকপনি। ঐখোয় অশোয়-অঙাম য়াওদনা যুম শোয়দনা য়ৌগনি।"

ওইরিবা ফিভমসিনা মাগী ব্রাশিদা পুরা থাজবদি থম্বা ঙমদে। অদুবু ব্রাখলসি খরদি হন্দোকহল্লি। করি উপাই লৈ? নোংঙানবা ঙাইবা তাই।ওজা জে.কে.দি মসিদা থোইনা খনবগী মমি তাদে। মাদি ইতিং তিংনা অদুম লৈ। ঐ খল্লকই-

"হোটেল মমিং খঙহৌবা ফগনি। ঙসাই ইশিনগে খনবনি ইশিলহৌদে। থোক্লগা য়েংলুগদবসু ইচিং-চিংনরে। য়েংদি য়েংলকপনি। কাউখ্রে। করিনো অমা তৌদুনা হোটেল মমিংদু খঙনিংই। করিগুম্বা ঐখোয় খুদোং থীবা নংলবদি হোটেলদু মমিং খঙজিলহৌবা কান্ননি। মদু উপায় ওইননি। অদুনা ব্রাখল শুম তৌই। খঙননবা উপায় থিরি।

খনবা মখে খল্লুরগা নীংশিংলকই। ঙসাই কাদু হোটেল বোইদুনা থোঙ হাংনবা শো হাংবদা শোজৈদুদা রিং য়াওখি। মদুদা ময়ুং শাংবা, মরাক পিকপা প্লেট মচা অমা য়াওখিবা উখি। মদুদা 'মখোয় হোটেলগী মমিং শোয়দনা ইরম্বা য়াই' খন্দুনা শোজৈদু কোয়থি থিরে। ময়ামদদি হায়দোক্তে-'কৈনো'মা খনখিদ্রা' খন্দুনা। মখোয়দসু শোজৈদু হংদে। ইথস্তা কোয়থি থি। মমৈথঙদা ঐগী সুইট কেশনা ননশিল্লগা ফমুং মথক্তা লৈরম্লে। শোজৈদু উবদা ঐ নুংঙাইবা পোকই। ঐনা খনবদুমক চপ চানা চুম্লম্লে-প্লেট মচাদুদা ইরিবা ব্রাহৈদু য়েংলুবদা উরে-

"হোটেল, রাধাস্বামি, বেগুসরাই"

হোটেল মমিংদু হেক উবগা নোটবুক লৌখোক্লগা ইশিল্লে। ৱাখলসু খরা ঈংথরে। করিগুম্বা ঐনা ৱাখল তৌরমদ্রবদি হোটেল মমিংদু খঙদনা ঐখোয় অদুম লাক্লমগদবনি।

উচিন নাচিন্না নোংঙাল্লে। মদু ফাওবদি অশোই-অঙাম য়াওদ্রি। মাগী মাগী ট্রেনগী সেদ্যুল মতুং ইনবনা হোটেলদু থাদোক্লখিবা য়াওরম্লে। মহারাষ্ট্রগী কাঙবু লৈরম্লি। মখোয়সু চৎনবা শেম-শাবা লোইরম্লে। কায়নরমদাইদু কয়া নুংশিনরে। এডিটর রাজা শিরগুপ্পে, তপ্না তপ্না কোন্নে। ৱা কন্না ঙাঙনদে, তপ্না তপ্না পূক্লিং নুংশিনা ঙাঙনৈ-

"মঙ্গোল ওইয়ু! অশোই-অঙাম য়াওদবা ওইয়ু! মতুংদা অমুক উনসি, কাউনগুমসি!"

ঐ খঙনিং নীংশিংলকই রাজা শিরগুপ্পেনা হায়খিবদু-

"ঐ মণিপুরদা লাক্কনি! শোয়দনা লাক্কনি।.নঙনা মতেঙ পাঙবিগদবনি। মণিপুরগী চাক য়েনশাং অহাওবা চারনি...।"

"শোয়দনা পীজগনি! হেক লাকপগা খুদক্তা শেম-শাগনি।"

ঐনা খুমখি। মখোয় থোকখ্রে। ঐখোয়দি থিন্দোকপা য়াওদ্রে। মরম লৈ। ময়ামদা ঐখোয়গী শক উৎপা পামদ্রি। বেগুসরাই রেলৱে ষ্টেসন্দা ট্রেন থুংলগদবা মতম অয়ুক পূং ৯ মিনিট ২০ নি। অদুবু 'ঐখোয়দি খরা মাঙজৌননা ষ্টেসন্দা থুংবনা ফৈ' খন্নদুনা পূং ৮মিনিট ৩০দা হোটেল থাদোক্লবা থৌরাং লোইরদুনা লৈহৌবিবা কাঙবুগা বিদায় লৌনরে। অদুগা রিক্সো অমা কৌরগা ঐখোয়গী বেগশিংদু হাপচিল্লগা, সনাহনবীগা জে.কে.গা তোংহল্লগা থৌহনখ্রে। ঐখোয়না মতুং ইন্নরগা চৎলে। ঐগী মরূপ্না হায়বদগী মকোক তাঙবা নুপাদুদি ষ্টেসন য়ৌনা চৎমিন্নরে। অদুগা মফমদুদা মাগা অমুক কায়নরে। ট্রেনগী সেড্যুল অয়ুক পূং ৯ মিনিট ২০নি। ঐখোয়দি পূং ৮ মিনিট ৩৫ দগী ষ্টেসন্দা লৈরে। মহারাষ্ট্রগী এডিটর লৈরমই। মখোয়গী 'টিকেট কেন্সেল তৌখ্রে' হায়বা খঙলে। মখা তানা ৱারী শানরমদ্রে।

বেগুসরাই ষ্টেসন, অচৌবা ষ্টেসন নত্তে। ঙাইহাক পনফম ওইবতনি। মী কৃমথহৌবা, কাখৎখিবগী ঙাইহাক-ঙাইহাক খান্নম্বতনি।

ট্রেননা কৈদৌঙৈদসু মতম চানা য়ৌরক্তে। অদুবু ঙাইদবদি য়াদে,ঙাইবা তাই। ঙাইবদু ঐখোয়গী থবক্কি। পূং ১০ হেল্ল-ফাওবা ট্রেন য়ৌরক্তে। ঙাইবা ৱাশিল্লকই। ওজা জে.কে.না ষ্টেসন পুলিস অমদা চঙশিল্লগা হংলুই।

পুলিস পার্সোনেলদুনা ফোনদা করি-করিনো ঙাওনখি। অদুগা হায়রকই-

"পূং ১১দা য়ৌরক্লনি।"

ঙাইবসি, ঙাইবসি লাক্করা লাক্তে, লাক্করা লাক্তে, শুংলাক লাক্তে। ট্রেন মরি মঙা শুগ্রে, চৎখ্রিবা। ঐখোয়না তোংগদবা ট্রেনদুদি য়াওরক্তে।

নুংশাগী মৈশা অসুম-অসুম য়াকখৎলক্লি। চাকখাউ হাঙবা অসুম-অসুম হেনগৎনরকই। হৈনদবা মনমসু নাতোনদা দঙ-দঙ য়ৈরৈ। মিনরেল ৱাটর য়োন্দবা ষ্টেসননি। থক্লবা ঈশিংদি ফংই। মদুসু মখোয়গী টৈঙ্কিগী ঈশিংনি।

"করিনো খরা চাশিনদ্রবদি য়াররোই।"

অসুম্না হায়দুনা ওজা জে.কে.না চা লৌহৌই। ঐখোয় অনীদি থক্তে। অচাপোৎ অতৈসু কয়া ফংদে। পুংতোন য়োনবা অমা লাকই। সনাহনবীনা লৈহৌই। ঐঙোন্দসু চাউ হায়দুনা পীরকই। চাদে। তিন য়োৎলবসু চানিংবদি ফাওদে। মফমদু মোৎলি। ফত্তবা মনম মহা চেল্লি। হৈনদে। মওং চাদবা মোৎতাই-শুদাইনবা, ফিভম কায়বা, নিরগা চাবা মী লৈ। উবগা তিন শিৎনিংবা মী লৈ। উবদা তুকচবা পোকই। অদুনা চাদে। চানিংদে।

পাক চাউখ্রবা লৌবুকশিংদি লোইবা নাইদনা উরি, মথুম মরাঙ হৌরিবা মমুন ফারবা গেহু পাম্বীনা পুমথন থন্না। অদুবু য়েংবদা পূক্লিং লৈতাহন্দে, ষ্টেসনগী অপুম-অশা মনমদুনা।

উচিন-নাচিন্না পূং ১২ খরা হেল্লকপদা ঐখোয়না তোংগদবা ট্রেনদু থুংলরে। ঐখোয় কাখৎলে। 'রিজার্ভেসন সিটনি নুংঙাইনা চৎকনি' খন্দুনা কাখৎলুবনি। অদুগা সিটতি অমতসু হাঙলমদে। সিপোয় অমদি 'মসি ঐখোয়গী সিটনি' হায়রুবদগী অদুম চৎথোকখি। অতৈদা হায়রুবদদি মনাদা হাপ্তে। খোয়দৌ শাউগৎলকই। নুংশাগী মৈশানে, চাদবগী মৈচাক্রে। অদুবু কন্না হায়রুবসু ঙমদে। ঐখোয়সি মীশোনগী থাক্তা লৈরি। মখোয়না টিকেট পায়রগা চঙলকপা ওইরবদি ঐখোয়বু নমদুনা তানগদৌরিবনি। খঙই। খঙনা খঙনা ঐখোয় অদুগুম্বা শাজৎ হৈনদে। ইমীৎমক্লা উরিবনি অঙাংমচা অমা লাক্লুনা চিংথোক্লগা ফমজিনখিবদু। নুংথিল পূং ১২ মিনিত ৩০ দা বেগুসরাই থাদোক্লকই। রিজার্ভেসনগী টিকেট পায়জরবসু ঐগী সিটতু ঐগীনি হায়না ইনিংতম্না ফমজবা ঙমজদনা মখোয়গী মরক্তা ফমজিল্লগা লাকই। মথক্কী স্লিপিং সিট অমদি ফংদুনা পিপল মৈতৈনা কনশিন্দুনা হিপচিল্লি। হিপচিন্দ্রবা, ফম্লুরবদি কাখৎলক্লগা অহাঙবদুদা হেক্তা

ফমজিল্লগদৌরিবনি। তৌনরিবসি ইকাই খঙদবনা পূক থল্লি হায়বদুনি, অঙম তান্নবনি, তৌবা ঙম্বা উৎনবনি।

ঐগী হৈনদবা মতৌদু ওজা জে.কে.খঙমাল্লে-

"মথক্তা কাখৎলগা পোথ্বাবনা ফরোইদ্রা?"

ঐগী শোকচিল্লবা শকফমদু য়েংনিংদদুনা হায়রকপা ওইরম্বসু য়াই। চৎমিন্নরিবা কাঙবুদগী ঐনা ইশোক শোকচিল্লি। মসি সনাহনবীনা হন্না হন্না হায়থ্রবা ৱাফমনি। ফমজিল্লগা লাকপগী খোঙ পোম্বসু হস্থদ্রি। ওজা জে.কে.না হায়রিবদু য়ানিংলকই। পিপল মৈতৈ হৌগৎহল্লগা ঐ কাখৎলগা অদুম হিপচিল্লে। টি.টি. লাকপদা হায়রুই-

"মসি ঐগী সিটনি। মখোয়গী টিকেট য়েংউ।"

কয়াম নুংঙাই। থিংগৎতুনা থনম্বা ঈশিং পল ফাৎতোক্কুনা চেন্থখিগুম্বনি। চাউথোকচৈ করিনোমদি শোয়দনা তৌরক্কনি। অশেংবদু মা খঙই। ঐগী অৱাবসু নুংঙাইতবসু লোইনা মা খঙলে হায়না খল্লি। অদুবু কৈদৌরুনি নুংতিগী থোক্লিবা থৌদোক্লি, মহৌশাগী মহৌশানি, হাযু-হামুনি মঙোন্দদি। মখোয়দা ৱাহে অম'নী হাযবল্লগা অদুম চৎখি মহাক। 'শামু মথুন্দা পেনা খোংই হায়বদুনি' মখোয়দদি। তৌনরিবা পূন্নমক খঙই লোইনা। মমীৎনফাও হন্না য়েংলক্তে। মখোয় য়াম্না থৌৱা শাদনা অদুম ফমই। ওজা জে.কে.না চাক্কী ৱা হৌদোক্লকই-

"চাকসি খর-খরদি চাশিনবনা ফরোইদ্রা? মখোয় ট্রেনগীদু ওইনা অদুম লৌরসে! মিট তৌসিরা? নৎত্রগা ভেজিটেবল...?

"উম! উম! ভেজিটেবল ওইনা ...।"

হায়দি হায়খ্রে হৈনিংদনা, লূম্না। মরমদি ঐ ট্রেনগী চাক মহাও ফজনা খঙই। মদু চাদৌ শরুকপুদি অংগুর মরু অমা চাবনা হেন্না পামই। শেল পাম্মূই। চাক হায়রগা নীংশিংলকই- রাধাস্বামি হোটেলগী তলদু। মদুনা হেন্না চানিংলকই। মাগী শবজি মথেল মরিদু ফনদুম মহাও লৈ। লৈতোনগা চূশিন্নে। শা মতুম ওইরবোই খন্দুনা লৌখৎলুববু ভেজিটেবল ওইরমই। শঙ্গোমনা শেন্বা ওইরমাল্লে। মমলদি তল অমুক কৌবগা ঐখোয় মঙাগী লুপা ২৫০ তারমই। তল মপাক মঙাদুম শুমাল্লে ঐনা চাশিনবদু।

ঐদি খোঙ থাঙ্গৎতুনা হিপ্লি, পোমখৎপা খরা হন্থবরা য়েংগে খন্দুনা। ঐখোয়গী সিটতা ফমজিল্লিবা বাঙ্গালী কাঙবুদু লেট্রিনদা ওইরমাল্লে হৌনদুনা থোকখ্রে। মদুগী খুদোঙচাবা লৌরগা জে.কে.,পিপল মৈতৈ চঙশিন্দুনা ফমজিল্লে। ঐগী মরূপসু ফমজিল্লে। মাগা ঐখোয়গা সিট পূন্দে। ফন য়াম্না লাপ্লে।

তাঞ্জাদুদা চাক য়েল্লরে। নুংথিল পুং ১ মিনিট ৩০ রোম তারে মতমদু। মখোয়দি চাবা হৌনখ্রে। ঐদি মখুম হাঙদোক্কদবা তনদুনা অদুম লৈরে। মনুংদা তৌরমগদবদু ঐ উই। মরূপ্পা হায়-

"হাউবা হাউতবা খরা চাশিল্লু। নংত্রবদি নুমিদাংসু চানি-চারোই খঙপোৎ নত্তে।"

ঐ হাংদোক্লগা চখোম মরি মঙা নমদুনা হুকচিল্লে। অদুগা মখুম খুমজিল্লগা অদুম থমখ্রে। ঈশিংদি ফনা য়াম্না থকচিল্লি। বাঙ্গালী মচা অহুম অমদি হনজিল্লক্ত্রে। নুপামচা অনী অমদি মমায় মমীৎ তারুবা জাৎনি। হনজিল্লক্লগা ঐখোয়না হান্না ফল্লম্বা সিটতুদা তৃমিন ফল্লি। ঐখোয়সু করিমতা হায়বিদ্রে।

ঐ ষ্টেসনশিংদু মথং মনাও কায়দনা নোট তৌনিংই। তৌদ্রে জে.কে.না ফম্মিন্নরগা ৱারী শাসি হায়না কৌই। অহানবদা য়াদে। মমৈদদি ঐসু কৃমথরগা ঐখোয় পূন্না ফমজিল্লে। ঐনা হায়-

"ঐ ষ্টেসনশিংসি নোট তৌশিনগে খনবনি তৌদ্রি।"

"ঐদি নঙনা লোইনা তৌরম্লনি খন্দুনা তৌদ্রে। অদুগা নঙসু তৌদ্রবা?"

" কদায়দগীনো, মী খৃৎচিন্দুদবু। হল্লকপদা তৌরগে খন্দুনা লৈরবনি। অদুগা হৌজিকসু তৌদ্রে।"

"হৌজিক তৌবা য়াইনে!"

জে.কে.না ওকশিল্লকই। খরা ইহৌদ্রবসু ৱাৎহৌবা খরদি ইশিনগে খন্দুনা নোটবুক লৌথোক্লগা শেম-শাই। ঐনা লাকপদা (চৎখিবদা) ইরক্তবদু, মী চিনবগী ঙাক্তসু নত্তে। অচৌবা মরম অমসু লৈরিবনি। অদুম্না ইবদু 'বিহারী মচাশিংদুনা উখ্রবদি নৌনা লাকপনি হায়বা লায়না খঙখিনি' খন্দুনসু ইখিদবনি। চাক্কী কল্লেকসন তৌবা লাকই। প্লেট অমদা লুপা ৩৫/৩৫, শেল পাম্মুরকই।

লম্বীগী নাকন অনীদা হৌরিবা উপাল-ৱাপাল, য়ূম-কৈ, গেহ্গী লৌবুক পূম্নমক ঐখোয়গী তুংলোমদা হৌনদুনা চেনখিবগুম উরি। ঐখোয়না মাঙলোমদা পাইরি ফম্না ফম্না।

করিগীনো খঙদে, গেহ্শিংদু মমুন ফানা মুনবা লম্পাক-লম্পাক লৈরিবদুগী মরক্তা, পুমশং শংবা, মহৈ য়ানদ্রিবা, ৱায়-ৱায় লাউনা হৌগৎলকপদা ঙায়বা মপাক মপাকসু য়াওরি। মখোয়গীসি মতম নাইদনা অদুম থাবা য়াবদৌনা উরি। গেহ্ লোকপা মীসু পঙউ উদে।

চৎখিবা খোঙচৎতা, বেগুসরাই য়ৌদ্রিঙৈগী সব-ষ্টেসন অমদগী ট্রেন মনুংদা ঈশিং য়োনবা নুপা অমনা 'ঈশিং-ঈশিং লৌহৌরো।' খগরিয়া হায়বা ওইরমাল্লে

লম অমগী মমিং পনখিবদু, ঐনা তাহৌবদু। 'মদুদগীদি ঈশিং ফংলরোই' হায়না লাউরগা চৎখি। 'মাগী করবারশিসু য়াই। মানা ঙাঙলিবসি মাগী ঈশিংসি লৌহৌনবনি' খল্লি। অদুগদি মানা হায়খিবগুম্লদনা নুমিৎ য়ুংখৎলকপা অদুৱাইদদি ট্রেন মনুংদা ঈশিং য়োনবা অমতা লাক্তরে। লম্বীদসু ঈশিং য়োনবা লৈতে। ঐখোয়গা ফম্মিন্নরিবা হিন্দী লোনবা কাঙবুদুদি খৌরাংবনা ঙৌ-ঙৌ লাউনবা য়াওদুনা মহা ওইনরে।

ট্রেনগী খোঙজেল অসুম-অসুম তপথরক্কুনা লেপখ্রে। ঐখোয়না তোংলিবা কমপার্মেন্টদু য়ুম চকুংননা তাবা মপা অমদা থোক্লে। লম্বী ময়াদা অঙাং নুপামচা অনীখক ঐখোয়বু য়েংলগা লেপ্লি। ঈশিং ফংলক্তবা অদুদদি ঐগা থংননা ফল্লিবা নুপাদুনা-

"ঈশিং বোটলসিমা পুরকউ লুপা অনী পীগনি।"

হায়দুনা মানা পুরকপা ঈশিং বোটলদু ৱিনডোদা থিন্দোক্লগা নুপামচা অমদা পীখি। অঙাংদু হরাও-হরাও চেনখি। পাক লাক্তে। মফমদুগী নুপী নুপা মঙা তরুক থোক্লক্লগা য়েংলৈ। উচিন নাচিন্না অঙাংদু ঈশিং বোটলদু লোন্না পায়রগা থোক্লক্লগা পীররে। নুপাদুনা লুপা অনী পীখি। অদুগা বোটল অমগা পুথোক্লগা মদুমসু ঈশিং পুরকউ লুপা অনী পীগনি হায়রে। নুপামচাদু বোটলদু লৌদ্রে। পেসেঞ্জর অতৈনসু-

"লুপা মঙা পীগনি ঈশিং পুরকউ।"

হায়নরকপা য়াওরে। অদু ফাওবদা নুপামচাদুনা বোটলদু পাক লৌদ্রে। নুপাদুগী বোটলদুদি অতোপ্পা নুপামচাদুনা লৌরগা চেনখ্রে। মদুমসু পাক হল্লক্তে। লেপ্তুনা য়েংলিবা মখোয়গী মরক্তুগী নহা অমনা অসুম য়েংলম্বদগী করিগীনো খঙদে অঙাংদুদা চৈখি-

"করিগী নঙ ঈশিং পীরি পৈশা লৌগনু হনখো।"

নুপামচাদু লুপা মঙা পীগনি হায়রিবা বোটলদুসু লৌদনা তুফক-তুফাই চন্দুনা তুমিন লেপ্তুনা অদুম লৈখ্রে। ট্রেন চৎপা হৌরক্লে। নুপাদুনা 'বোটল পুরক্লো' হায়না হন্না হন্না লাউরুই। কাইনথংদা বোটল পুখিবা নুপামচাদু চেল্লক্লে। বোটলদু ঈশিং য়াওদনা অদুম পীশিল্লক্লে। ঐ ঙকই-

"করিনো! মখোয় শ্বাইসিবু ঈশিং ফংদজাৎলা?"

মরম খঙনিংলকই। হংনিংই। হংফম লৈতে। ফম্মিন্নরিবা মখোয়দা হংগদবসু মওংদুনা খঙলমগদবা মান্দে। খঙলম্বা তারবসু হংলুবা য়াদে। মখোয়গা ৱারী শাগদবা হনজানৈ। ঙসাই মখোয়না ফমজিল্লকপা মতমদা ঐগা লাউনখি। ঐনা হায়-

"নখোয়গী বেগতু মখাদা থম্মু। হিপ্লিবশি অনাবনি। মনাক্তা থমগনু মখাদা থম্মু।"

মখোয়না অনমকন্না মথক্তা থম্লবা হোৎনৈ। ঐনা শাউগৎলুববু নহাদুনা মমীৎ মনা শংতোক্লকই-

"মনাক্তা থমগে। অনাবা শোক্লোই...।"

মানা ঙমদুনা থমজিনখি। অদুগা মীনা কৃক-কৃক ইন্ননা ফল্লিবদুবু গ্রী-গ্রী তকশিল্লগা ফমজিল্লকই। অঙকপা মওং অমনি জেনেরেল কমপার্টমেন্টতা তৌরিবসি। মীনা মরোল মরোল লোল্লিবদু অমুকসু লোনশিল্লকই। টিকেট পায় খঙদে পায়দে খঙদে। পঙচঙদা চঙশিল্লকই। ইনশিল্লকপগী চপশিন্দুনা নুপী অহল অমদি খাঙবা ঙমদদুনা কপখৎলকখ্রবনি। অদুবু ময়ামদুনা মঙোন্দা ওনশিন্দুনা চৈহৎলকই-

"ঙমলোইদৌ লৈরদি করিগী কাখৎলক্লি। অসুক ব্রানরবা মতমসিদা করিগী অমুক কপখৎলকপা।"

অস! কুম্মৈ অমনি। নুপীদু কিরমাল্লে কপ্পা তোকখি। অঙাং কপখৎলকই। চৈহৎপি। নোংয়াই মতুং পৃং অনী অদুব্রাইদগীনি কন্না অমুক চিনখৎলক্লিবসি। পিপল মৈতৈগা সনাহনবীগদি মথক্কী সিট অনীদু মখোয়না অনম কন্দুনা হিপ্লগা লাকপনি। অদুবু পিপল মৈতৈগীদি য়াদ্রে।

"করিগী হিপচনবা? মীনা অসুক ব্রানরবা মতমসিদা হিপচিনবা য়াবরা? হৌগৎলু ... হৌগৎলু...।"

হায়রগা মশা পায়দুনা থক চিংখৎখি । খাম্না য়াবা নত্তে । মখোয় অহুম মরি থক ফমজিনখি। সনাহনবীগীদসু অমুক তৌরে। মদুদদি ওজা জে.কে. ঐখোয় অনী চঙদুনা কন্না থিংমনবদগী চিংথোকপিদ্রে। অনাবনি হায়রুব্বদগী খরা হন্দোক্লখ্রে। তশেংবসু সনাহনবী অনাবা শারগা হিপহল্লিবনি। নৎত্রবদি হিপফম ফংবগী ব্রা লৈতে। ঙসাইনা চিংথোকখ্রদৌনি। অশোন অনা চৎলুবা য়াবা পোৎ নত্তে। শিনিংলবদি চৎপা য়াই।

মদুগী ষ্টেসনদুগী মমিং খঙদ্রে। খঙনিংবনি, উপায় লৈতে। মদুদা অমুক তৌরকপা মতৌদুদি ফিল্ম ওইরম্লবদি ময়াম মীৎ কুপ্লরোই। তৌরিবদু ফিল্ম কৎচা। ফিল্মনা মান্নবা শাবনি। মসিনা অশেংবনি ।

ট্রেনদু লেপফাৎত্রি। তোংগদবা ময়ামদু প্লেটফোর্মদুদা পৃমলাঙ। 'থোঙ হাংউ! থোঙনাও হাংউ...' দোঙ দাঙ, দোঙ দাঙ থীল্লকপদু নাকোং মেল্লগা খাঙলে। চিনমনবদগী থোঙ মনাক্তা লেপলিবশিংদুনসু থোঙদু হাংদ্রে... হাংদ্রে, শুকহাং হাংদ্রে। ময়ামদু লাপথোকখিবগুম তৌখ্রে। অদুগা অমুক হায়রক্লে-

"টি.টি নি থোঙ হাংউ, টি.টি.নি থোঙ হাংউ...।"

শুকহাং হাংদ্রে। মপাম্দগীসু থীনবগা লাউবগা, থীনবগা লাউবগা লোইরে। নুপাদু মৈ হৌবমখে শাউবসু মাল্লি। অদুবু মনুংনা ঙমদুনা হাংদ্রি। হনবা লৈতে নুপাদুসু অনম কন্না তকশিল্লকই। ট্রেন লেঙবা হৌরক্লবা মতমদা হাংদবা য়াদদুনা হাংলুববু মদুদা চঙলক্লিবদুনা তৌরবা কুম্মৈদো-থোঙদু হাংফাৎত্রিঙৈনা কাওখায়রক্লবনি। নুপাদু তিঙ শোকখ্রজাৎনি। ফৎ কাখৎলক্লগা শিনি-নানি খঙদমখে ফুথরকপবু। মচীন্দসু লেপ্তে-

"টি.টি.নি হায়রফাও করিগী থোঙ হাঙদবা?"

থোঙ ময়াদা লৈরম্বা অমদা থোক-থোক কাওশিল্লি। তিংখৎতনা নমখায়রকই। মকোক তাঙবা অহল অমগী লৱায় লেমফুদা খুৎচাউদুনা অমুক্তং থাদরকপবু ... অহলদু জ্ঞান মাঙদুনা অদুম লেকথরক্লে। মী চিনমনবদগী তুদবগী ৱানি। মদু টি.টি.দু খঙদে। খঙলবসু খঙশিন্নদে। অমুক কাওশিল্লকই। নহা শাফবা অমগী করাঙদা পানখি। নহাদু মমীৎ মনা তগুল শাইবজাৎনি। মফম মরাং খঙদনা তুথরকই। অহলদুদা ওইরম্লবা, অহলদু কু য়ৌবা শোয়দে। অস! ঐখোয় লম্বী ময়ারোমদা ফমহৌদবা লাইবক ফৈ। করিগুম্বা ফম্লম্লবা খুদোংথিবা অমদি শোয়দ্রে। ঐগী ফমফমদুসু ফম্মিন্নরিবা নুপাদুনা ফমজিল্লুরবনি। মানা হৌগৎখিবা তাঙ্গাদা ঐনা চঙশিল্লগা ফমজিলহৌবনি। মাসু ফমগদবগী কন্না হোৎনৈ। ঐনা-

"শোমদা ফম্মু! মাসি ঐগী ফমফম্নি।"

হায়বদগী ফমখিদবনি। ময়ামদু তুমিন তুমিন লৈনৈ। ৱা মচেৎ অমতা ঙাঙনদে। মতৌদুদা হীংচাবা লাক্লবগুম অঙাংফাও কপ্পা খংলেপ লেপখি। মতৌ অমনি। টি.টি.দু মীসু ৱাং চাউই, মশাসু ফৈ, নহানি। মতিঙ শোকপা মখে শাউরম্লগা চৎখ্রে। ট্রেনগী খোঙজেলসু অসুম অসুম কনখৎখ্রে।

ঙসাই লুপা অনী পীরগা ঈশিং লৌরকপা মফমদুদা লৈহৌবা য়ূমদো। য়ূমশিংদু চকুংননা কৃক-কৃক ঈন্ননা শাই। ফুট অহুম মঙাই ফক্লাংগা ফক্লাংগা লাপ্লবদু। অহাঙবা মতেক অমতা লৈতে। পক্কা বিল্ডিংশিংদি লন্না লন্না শানবা উই। লম লৈতবদি নত্তে। লম্পাক লৈরি। মওংশিংদু উরগা অসুম খল্লকই-

"মখোয়গীসি মী ফত্তবা য়াম্না শাথিবা লৈরমতাই। মদু কিবদগী মখোয়দগী ঙাকথোকচনবা য়ূমশিংদু কৃক-কৃক ঈন্ননা শাবা ওইগনি।"

ঐখোয়গীদু রিজার্ভ টিকেটনি। ও কেতাবা ঙমদ্রে। ৱাইটিং লিষ্টতা লৈবদগী জেনেরেল কম্পার্টমেন্টতা কাখৎলগা গুৱাহাটিদগী লাকপনি। বেগুসরাইদা

কুমহৌগদবনি। মী চিনখৎলকপসি বিহার মনুংদনি। "শ্বাগতম বিহার" হায়না থাবা সাইগু বোর্ড মচা অমা হান্না উরকখ্রে।

ট্রেনগী সেড্যুলদি পূং ১২.৩০দা বেগুসরাইদা থুংগদবনি হায়। অদুগা ট্রেন্না নুংথিল পূং ২ মিনিট ৩০ দা বেগুসরাইদা থুংই। বেগুসরাইদগী কিলোমিটর নিপাল চৎলগা গোডর গাও খুঙ্গং লৈ। মদু য়ৌনবা বসতা চৎলি। ট্রেন্দগী হেক কুমথবগা ঐখোয়বু ওক্লম্বা মীশিং থেংনদুনা শকখঙনরে। ৱারী ঙাইহাক শানরে। ঐখোয়না য়ৌরক্লিঙৈদা মফমদুদা ত্রিপুরাগী কাঙবুদি হান্না থুংলম্লে। মখোয়গসু শকখঙ-মাইখঙনরে। মফমসিদা ঙাইরম্লিবসি মরুওইনা ঐখোয় থুংলবনি। ঐখোয় থুংলরবনিনা ঐখোয়বু ওক্লম্বা ফৈজোম শেংপা অহল অদুনা ব্যাভারগা লোয়ননা চৎলসি হায়রম্লগা ঐখোয়গী মাঙ থাদুনা ষ্টেসনগী মনাক্তা লৈবা পার্কিংদা খাম্লিবা অশাংবা বস অদু তম্না চৎপা হৌখ্রে। ঐখোয়সু বেগশিংদু য়ানশিন্নরগা নুপাদুগী মতুং ৱারী শা-শাদুনা ইন্নে। বসতুদা তোংলিবসি সিলিগুরিদগী অমগা ত্রিপুরাদগী মরিগা মণিপুরদগী ঐখোয় মঙাগা পুন্না তরাখক্তনি। ড্রাইভর অমসুং ঐখোয়বু ওকপীরম্বা য়াম্না মপুক তপ্পা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌবা অহল অদু থাদনা।

ঐখোয়না গোডর গাও য়ৌবদা নুংথিল পূং অহুম তারে। কনফরেন্স হৌবতা ঙাইরি। অদুনদি কনফরেন্স মতম চপ চানা পূং অহুমদা হৌই। নুমিদাং পূং৯ মিনিট ৩০দগী মথংগী নুমিৎকী অয়ুক পূং ১১ ফাওবা কনাই নম্বর ৱান-টু সব বন্দ। মপান থোকপা চৎপদি লায়রদনা ফম্লিবদু ফাওবা শুপচিন তাশিল্লগা ফম্লিবনি। ইরাল লৈরবা মীগুম, মীনা খঙখি উখিনি তাশিন-খোমজিন লোৎপগুমই। লেঙবা ঙমদবা হায়বদু তৌরিবনি। সিট অনীগী কারক্তু নুপী অঙাংনা ফমজিনবদগী খোঙ ফাওবা থাফম লৈত্রিবনি। অয়ুক পূং নিপাল অদুৱাইদগী নম্বর ৱানসি ইরাং তৌখৎলক্লবনি। অদুবু 'বেগুসরাইদা পূং১২.৩০ দা থুংগনি হায়বদুদা খাঙগৎলগে, কুমথরগা নে-না তানা হোৎনরগে' খন্দুনা খাঙগৎলবনি। শুম য়াশিল্লক্তে, শুম য়াশিল্লক্তে। 'করম্মো তৌদৌসিবু' খনগৎলকই।

ঐগী মরূপতু মায়োক্লনা ফম্লি। ওজা জে.কে.সু। মখোয়নবু হেন্না ৱানা ফম্লিবনি। ঐগী মরূপতু ৱিন প্রুফ জেকেট অমা লিংলি। মদু লৌরগা জেকেটতুনা খনজিল্লগা থোঙনাওদুদা অদুম হোৎনরসিরা খনগৎলকই। অদুম্না খম্লিঙৈদুদা অঙাং নুপামচা অমা, খোঙদা ফমজিল্লিবদুসু য়ারক্তুজাৎনি, মমাদা নিংঙাই তৌবদগী খাঙবা ঙমলক্তদুনা মমানা লেট্রিন চৎনবা থোক্লুরবনি। ঐনা 'ফরেদা মখোয়ম্না থোক্লুরবদি, মখোয় হল্লক্লগা ঐ অমুক চৎলগে' খল্লুবনি। উপায়

লৈতে, মী অম'নী কাম্বোক্লুরগা চৎপা ঙমদদুনা হঞ্জিল্লক্লে। ঐগী আশা পুমকায়। অঙাংদুদি মমানা থোঙনাও মপাদা লেপহল্লগা হোৎনহনখ্রে। মদুদদি অমুক্কা হেন্না য়াশিল্লক্তে। 'ঐ মরূপকী জেকেটতু লৌরগা মদুনা খনজিল্লগা হেক্তা হোৎনরগে' চপ য়ুংনা খনগৎলকই। মদুসু খঞ্জবতনি, থবক ওইনা পাঙথোকপদি ঙমদ্রে। তৌফম খঙদ্রদুনা ফশ্মিন্নরিবদুদা হংলুই-

"বেগুসরাই পূং কয়াদা য়ৌগনি?"

"পূং অনী অদুৱাইদা য়ৌগনি।"

ইতিং তিংনা হায়দোক্লক্লে। মতমদু পূং ১১ রোমতমক তারি। 'লোইরেদনা' খন্দুনা ফুক অদুম হৌগৎলগা ময়াম মরক্তুদা চাউকান চাউকান কাল্লগা হোৎচিল্লে। ঐগী ইতৌদু ময়ামসু খঙলজাৎনি। নেৎলবসু তূমিন অদুম লৈহৌরে। হোৎচিল্লগা লেট্রিনগী থোঙদু হাঙগে তৌরুবদসু লেট্রিন ময়াদুদা লেপ্লম্বা নুপাদুনা-

"অমা চঙখি ঙাইখো"

অমুক হায়রক্লে। অস! ফি মাংবা হায়বদু তৌরবনি। নম্বর ৱান ওইবগী ফবনি। নম্বর টু ওইরল্লবা ঐনা তৌগদবসি করি ওইগনি। থোঙ হাংলকপগা অদুম হোৎচিল্লে। হায়! হায়! হকচাংসি পূময়াং য়াংই। হিংদৌ হেক মাল্লি। ঐ ওজা জে.কে.দা ওনশিন্দুনা শাউনিংলকই। 'রিজার্ভ ফৎদ্রবদি চৎকুমসি' হায়বনি। 'য়ানি থোকঅ-থোকঅবা অদুম চৎখ্রসি' হায়বদগী চৎপনি। ট্রেনদা রিজার্ভেসন নৎত্রদি চৎপদা খুদোংথিনিংঙাই য়াম্না ওই। তৌববুদি ওজা জে.কে.দি তাল্লক য়েংলগা হকচাংগী অরূম্বদু লোইশিনখি। ঐখোয়না মদু তৌহৌদে।

ফমফম তান্না লাকপদু অৱাবনি, নত্তে লান্নি। অদুবু উচিন-নাচিন্না লাক্লগা হান্নগী ফমফমদা ইরেল ফম্লে। হকচাংসি তয়াং-তয়াংলে। অঙাংদু নিংঙাইসু খরা তৌগল্লি। মানা তল চাবদা নুপাদুগী ফুরিৎ খূদাংদা চোংলে। মদুদদি নুপাদু শাউগৎলকই। শাওনা য়েংলকপা মমীৎতু চোংথোক্তদৌবা মাল্লি।

"অঙাংসি চেকশিন্না লোয়নবা য়াদ্রা? ফুরিৎসি চামথোকউ।"

কিহন্দুনা মমাদুদা চামথোকহল্লি। শুমাং লীলাগী নুংঙাইরবা তাঙ্কক অমা য়েংবা ফংই ঙাইহাক্তংদুদা থাজদনা। ঐঙোন্দসু ফল্লপ য়েংলকই করি হায়রিবনো। খঙই, ঐখোয় লৈবদগী খরবু ঙাঙবিদ্রবজাৎনি। নৎলমদ্রবা অঙাংদু ফুবিবসু য়ারিজাৎনি। অঙাংশিংদুনা ৱানা লেপ্লদু উবদা ওজা জে.কে.না কৌশিল্লগা ঐখোয়গী কারক্তা ফমহনখিবনি। মাদি নুপীমচা অনী অমসু ফমহল্লি। মানা তুম্পক তাশিল্লগা ফমই। মদু কৌশিল্লুবদা নুপাদুনা-

"কৌশিনগনু জগা লৈতে।"

হায়খ্রবনি। ঐসু কৌশিনহন্নিংখিদে, মফমদু চিনবদুদা। মতমদু নুংথিলগী পূং ২ হেল্লক্লে। নুপাদুনা ঐঙোন্দা হায়রক্লে-

"হৌগৎলো! বেগুসরাই য়ৌগদৌরে। কুম্লবা তৌরো।"

হকচাং খঙতেক তেখৎলকই, ৱাখল ইয়াং-য়াংই, নৌথোল্লকই। 'থাঙববু কল্লবদি য়ৌরেদনা।' ৱানা শুজিন্দুনা ঙারি নম্বগুম মৈশা খাঙনা তোংলকপগী অৱাবা পূম্বা শ্বর চোন্দোকপদা লোইনা য়াওখ্রে। ঐখোয় হৌনদুনা হৌগৎলে। মখোয়সু, মখোয় মঙা তরুক পূন্না লাকপনি। ঐখোয়না বেগ লৌথগে তৌরুবদা, মথক্তা ফম্লিবা অমনা-

"হে লৌথখিনু, অমা হান্না কুমথরো বেগসি পীরক্কে। মী চিল্লি। মথং মথং ওক্লৌ।"

মরূপ মপাং ওইবগী মওংদা হায়রক্লে। ঐনা তূং ইথঙ থঙই। ঐগী মরূপ্না হায়রকই-

"বেগনুং মুন্না য়েংলকউ।"

ঐসু অদুম শেন্নে। মখোয়না হরাও-হরাও অদুম থাংথরকই। ঐগা লাউনখিবা মকোই খাকপা নহাদুদা ঐনা 'লৈহৌরগে' হায়গে থন্দুনা য়েংলুবদা মানসু য়েংলকই। ঐখোয় অনী মীৎচানৈ। নোকফেৎ তৌনৈ। হরাওবা ফোঙদোক্লে-

"ময়াম ঐখোয় লৈহৌরে। চৎলো মঙ্গোল ওইয়ু!"

মখোয়সু হরাও হরাও হায়রমই-

"ফবে! লৈহৌরো। অমুক উনসি।"

ৱাখলশি কয়াম নুংঙাই। মরূপ্তা মরূপকুম ৱাখলদা ফাওনৈ।

ঐখোয়না হল্লকপগী টিকেটতুদি রিজার্ভ ও.কে. ওইরগা হান্না পায়রবনি। অদুনা অহানবদা সিট ফংদ্রবসু পূং ২ অদুৱাইদদি ফম্নবা সিট ফংলে। ফম্নবতা নত্তনা হিপ্লবা ফাওবা ফংলে। মীসু চিন্দ্রে। অহেনবা খরদি য়াওরি। মদুনা চৎথোক-চৎশিন্দা অপনবা পীবদি ওইদ্রে। টি.টি. লাক্লগা টিকেট চেক তৌরম্লে।

থোঙনাও ময়াগী সিটতুদা ঐখোয় অহুম ফমজিল্লগা অউ-অউবা খুদিংমক য়েংমিন্নে। চুজাক ঙাক্তা হৌবা লম্পাক উরি। বেগুসরাইদগী ষ্টেসন মচা মচা খরদি চিংথরমগদ্রা। হৌজিক খগগ্রাম য়ৌরে। অদুদগী মনিয়া, অদুদগী কাতিহার। কাতিহার ষ্টেসন নুমিদাংৱাইরমদা য়ৌরে। কাতিহাব সাইগু বোর্ড উরকপদগীদি ওজা জে.কে.না-

"লুত-পাত, হুরান-চিন্থী য়াম্না কল্লি হায়রিবদু মফমসিনি। সনা লুপা থৎপা, মী হাৎপা তুপ্পা তৌই হায়নরিবদু কাতিহার হায়রিবা মফমসিনি। কাতি হায়বদি ককপা হায়রিসিনি।"

মফমসি খণ্ডজিনবা ফৈ। অদুবু খোঙচৎ অসিদদি করিমতা লৈতে। চৎখিবা, হল্লকপা অনীমক্তা খুদোংথিবা অমতা থেংনদে।

"হে! নঙগী মেহবুবসি কুমথখরে ...।"

ফাগি ওইনা থক হায়জিল্লকই, ঐগা ফম্মিন্নরিবা মরূপুনা। ঐসু থক য়েংশিল্লুই। চুমলে কুমথখ্রে, তচাও-তচাওবী, মুনরং তৌবী, তনোয় তনোয়বীদু। মতৌ অমদি লৈ য়েংবদা, মীৎ চোইথোকহন্দে। ঐগীনা লশ্নীগী অব্রাবা কোকহনবা ঙশ্নী মণ্ডলানগী লাইরেশ্নীনি। ঐনা মাগী মণ্ডলানগী মাঞ্জা। ব্রাখল নুংঙাইরগা লোইরে খোঙচৎকী অব্রাবা ফাওদনবা। হায়রিবী মহাকসিগা কেবিন থংনৈ। মথক্কী সিটতা তূম্লশ্নীনি। পার্টিসননা খনবত্তনি। জালি খাবদুদা য়েংলুবদা উখিবীনি। মহাক ফজনা তূম্লি। মপারা, মবুঙলা, মপুরোইবরা খণ্ডদে, চাউদম শাংদম্বা নহা অমগা লাকমিন্নবা ওইনা তৌই। আসামী মাল্লি, মীসু ঈংই ।

মান্নি! মা ঐগী মেহবুবনি। লশ্নীগী মেহবুবা! মৌদি মান্দে। লৈশাবী ওইরমগদ্রা খণ্ডদে। লশ্নী ব্রারী হায়বসি শীনি। মতম লেন্নবা হোৎনবদা ব্রাচোয়সু অদুম য়াওশিনখি।

চা পাশ্নী পাক্তননা হৌবদু কাতিহার কিশানগঞ্জ শ্বাইদা ওইরমাল্লে। পূং ৭ মিনিট ৪৫ দা কিশানগঞ্জদা থুংলে। চৎখিবা খোঙচৎতদি লম্পাক লম্পাক হৌহৌবনি। চা পাশ্নীগী চা পাশ্নীমক্তা ওম্থোক্লা পাকপা লম কয়া চা পাশ্নীগী লম ওইহৌরে। মরক-মরক্তা মনা পূংবা নেমতক তৌবা উপাল কয়া লনতক লনতক হৌই।

আলুব্রা বারি রোডতা নুমিদাং পূং ৮ মিনিট ১৫দা য়ৌরে। চেল্লি ট্রেনদু নোমহৌ নোমহৌ। ঐগী মেহবুবা কাখৎখ্রগা মাগী হান্নগী তূমফমদুদা হিপথখ্রে। উপ্লগা মখদাং শৌরগা মোমোন তৌনা ঐখোয়রোমদা হাইফেৎ য়েংশিল্লকই। হাইফেৎ মীৎচানৈ। অদুবু ঐগী হান্নগী তূমফমদুদি ঐগী ওইদ্রে। মফমদুদা সনাহনবীনা কাখৎলগা হান্ননা তূমথোকখ্রে। ঐনা লশ্নীগা তাইননা লৈরিবা সিটতুদা তারে। মরূপকা অদুম ফম্মিন্নরি। ব্রারী অমা হৌদোক্কে তৌরুই। মরূপ্না মরক থৎখি। খুনিংনা থিল্লকই। ইঙ্গিৎ তৌরম্বনি । মাগী সিট নম্বর ৩২ অদোমদা য়েংলুববু মদুমসু কদায়দগী উরুরিবনো খণ্ডদে। ঐনা ইতপ তপ্না হায়-

"কৈদৌরিনো তৌরিসিনা অমুক?"

'হায়! নমীৎতু খুমজিল্লু! নমীৎ লৈকায় কোয়নু, নুমিদাংনি।"

মাসু উজাৎনি । নহা অনীগী ঈরাংদু। ঐখোয় অনী অথেঙবফাও ফম্মিন্নরি। অতৈ ব্রা চঙদে, উনরকপা ময়ামদুগী মরমদা ব্রারী শাবনা ইথৌ ওইরি।

ঈশিং মরিক-মরিক তারকপগুম তৌই। থোঙনাওগী সটরদু চিংখৎলুববু মপান্দা নোং চুরে। ঘড়ী য়েংই, নুমিদাং পূং ৯ মিনিট ১৫ চৎলে।

"তূম্নরসি থেঙজিল্লক্লে।"

হায়রম্লগা মা চৎখ্রে। ঐখোয়গী সিটকা মাগীগা খরা লাপ্লে। ৬১ দগী ৬৪ ফাওবা ঐখোয়গী সিট নম্বরনি। মাগীনা ৩২ নি। চৎলুরগা মা অমুক তনহন হল্লক্লে।

"নোং হাইজিল্লম্নমাল্লে, ঐগী সিটতু ফজনা চোৎহৌরে।"

হান্নগুম ফমথরক্লে। ঐনা ইতপ-তপ্পা মোং হাদনা হায়-

"মদুনবু ফরেদা। ফম্লগা সুম লেনবা হায়বদুনি। ঐদি তূমদবদা শেল থানসি হায়রিবনি। ঐনা শোয়দনা লৌগনি। ফম্বসিনবু হেন্না নুংঙাইদা।"

"অদুনা নশা শোক্লিবনি। জে.কে. দি তূম্বা ফৈ। মখোয়দি পঙতূমদা তূমই। ঐসু তূম্বা কয়া য়াদে। পিপলহোইসি মশা ফনি। মখোয়সি তূম্বা য়ারি। জে.কে.সু তূম্বা ফৈনে। তূম্বশিমদি কল্লকই্হে।"

ঐগী মরূপ্পা মরক থৎখি। ফম্না ফম্না অদুম ব্রারী শারি। অতৈদি অঙাংদগী, অহলদগী তূমদবা অমতা য়াওদ্রে। নাখোকপগী মখোলদু হৈনদবনা লোইরে। নাকোংসিসু ওন্থোক্লা ব্রাই চিলহনখ্রে। ঐগী মরূপ্তু-

"নমদুনা ঙাইহাক্তং তূমশিনদ্রবদি ফররোই।"

হায়রম্লগা মাগী সিটতা অমুক চৎখ্রে। ঐসু ইতোমতা ঙাইরবনিনা হিপথরে।

"চাক-চাক, চাক লৌগদ্রা... চাক ... চাক...।"

ট্রেনগী চাক্কী পাউ ঙসাইনা লাকখ্রবনি। হঞ্জিন হঞ্জিন লাউদুনা কোইলাঙ লাঙলম্লবনি। নুমিদাংগী চাকনি। ঐনা চারগুমসি হায়দুনা লৌহৌদবনি। অচাপোৎ য়োনবা ময়ামদু উবদা তীন হৌবা অমসু পোকখ্রবনি। তরু-তনানবা অমতা য়াওদে। লাউবদা মখদাং শুকচোক-চোকথদবা কাঙবুনি। মখোয়না লাউবদা চোংথোরকপা মতিনদুনা অচাপোৎশিংদু মরোল অমদি কুপ্লম্লনি। চাসু অদু ঙাই। মথক থংবা মরোল অমদি তিন্না অদুম কূপ্লম্লি। পোৎ চৈ য়োনবদি কয়া উদে। অদুবু ময়ামদু অদুম থক্লে-চানৈ। শেল তিংই। তুকচবা, হঙ্গোইবা, মখোয়গী মশাদা অমতা লৈতে। ঐখোয় কাঙবুসু অদু মঙাই। মখোয়গীদমক ঐনা হঙ্গোইবী তুকচবি। চারম্বদা লায়না পোক্কদবা মাল্লি। অদুনা ঐনা হায়-

"মখোয়শিংসি অমত্তা য়োলহল্লোইদবনি। মসিনা লায়না পোক্লবগী অচৌবা মরম অমনি।"

"মসি পার্মিট পায়রগা য়োল্লিবনি। রেলবে ওথোরিটিনা য়ারে, হাইজিনিক ওইরে হায়দুনা লাইসেন্স পীরগা থাদোক্লিবনি। মখোয়না য়োনদ্রদি অসুক য়াম্বা যাত্রীকশিংসি করি চারগা চৎকনি ? শিরোইদ্রা? লমশাঙ চৎলিবনি। অদুননি চাগী কেটলিদফাও কোভরনা পুময়োম য়োমশিল্লিবশি।"

"ঐদি ট্রেন মনুংগী কুকশিংসিনা ফজনা য়োলহন্নিংই। তৌরিবা মতৌশিনবু হাইজিনিক ওই হায়রবদি লোইরেহে...।"

"কনানা অসুক য়াম্বশি সপ্লাই তৌবা ওন্নি?"

বিহারনা খরা হেন্না মোৎপগুমসু তৌই। মশা ইনান নান্দে। দেবশিসকী ব্রা নীংশিংলকই-

"বিহারগী প্রজাশিংসি লায়রৈ হায়বা য়াই। মখোয়গী পুক্সিসি ব্রানা লেল্লিবনি। মখোয় নোংমদা চরা অমতং চাবনা অয়াম্বনি। চাবা শুকফং ফংদবসু লৈরিবনি। মখোয় চরা অনীসুনা চানবা লৈতে। পোৎসু তাঙই। অদুনা মখোয়না শীল্লিবা কনফরেন্সসি লাক তরা চঙগনি হায়না পানৈ। হৌজিক লাক তরেৎ হেন্না চঙখ্রে হায়। হায়রিবসি নিনি চনবা নুমিৎকী রিপোর্টনি।"

চৎখিবদসু অদুক চিনখ্রবা মীয়াম মরক্তুদা অচাপোৎ য়োনবা মীদি লাউরগা হেক্তা লাকই। মীগী মথক্তা নেৎলগা চৎলি হায়বফাও য়াই। ঙাঙলুরগা মখোয়নদুম চুমখৎলকই-

"মসি ঐখোয়গীদি করবারনি। তৌদবা য়াদবা ইথৌনি।"

হায়রগা নমদুনা অদুম চৎখি। ময়াম্না ঙাঙলিবশিংদু কিরিসু নাচুংদে । লাউবা শুংলেপ লেপ্তে। মখোয়গী মতৌদুদি 'পোৎ শিৎত্রবসু য়াই। লাউদবদি য়াদে' হায়বদুনি।

অতৈ লায়রি শেল খায়বা হোমো (হিজড়া) কাঙবুদো। মদুসু শাথিবা জাৎনি। মথুৎ থুৎশা কারক্তা লুপা তরা চৎপি অমমম য়েপশিল্লগা হোমো অনী চঙলক্লে। অমদি নুপীদা নুপী ওইরবোই খল্লি। তৌররে মখোয়গী হৌনবী।

শেল হেক পীদ্রিফাওবা অদুম লৈবজাৎনি, অনম কনখ্রবা। মখোয়দা করেম কথাইনরুবা য়াবা নত্তে। থওই উশিত্তনা তৌরুরবা চিংথোক্লগা হেক্তা শেৎথদৌরিবনি। শাথিবজাৎনি। পংতক তৌরবা মখোয়না শেল নমদুনা লৌখ্রদৌনি। মদুমক পিপল মৈতৈগা সনাহনবীগদা থোক্লে। নমদুনা লুপা কুন লৌরগা চৎখি। জে.কে.দদি খরা ঙাঙলুবগী ধপতুম তৌরমই। ঐরা তুমিন অদুম লৈথোকপদগী লিৎথোকহৌই। ইতৌসিদা হায়বসু তল্লজাৎনি। শিরুম নারুম স্বর হোনবোই হোনদবোই।

"মছলি রোতি। মছলি রোতি ...।"

লাউবা লেপ্তে। ঙা পল্লকপদা তিন য়োৎখিবা খঙহৌদে। চাশিরা খন্দুনা য়েংলুববু মপুম মপুম্নি। মপোপ সুক্কায় কায়দে। মবুক্কী শরুক্তি তবা-তবাই। মচুসু শিন্দুর তৈবদৌনা তৌই। চমোৎনবদুগা, ইহাং হাংদোক্কুনা পুবদুগা উরুবদা অদুম তীন হৌরে। নুমিৎ মঙানি তরানি শিৎতবা মাল্লি। উবদা হঙ্গোইবা পোক্লে। অদুম তোক্লে।

নুমিদাং পূং৯ মিনিট ৩০ দা নিউ জলপাইগুরী য়ৌরে। ষ্টেসনদু তনান-তনান উরে। পোৎ-চৈ য়োনবা পোৎফমশিংদুসু মশা নাল্লি। চান থক্লবা শেম শারিবদু তরু-তরু থম্বগী মওং উই। সনাহনবী মীকপ থোকলক্কুনা কুমথরক্লগা ঐগী নাক্তা ফম্লরি। জে.কে.সু মীকপ থোকলমাল্লে। হৌগৎলক্লে। ইনাক্তা ফম্লরে। মতমদু ঐদি তূমদ্রি। জে.কে.না-

"করিনো খরদি চাশিনবনা ফরোইদ্রা'? য়েরুমসি লৌশিরা'? য়েরুমদি চাবা নৎত্রা?"

ঐঙোন্দা হংলক্লিবনি। মফমদু মনম মহা চেন্দবা তরু-তনানবদু উবদা চানিংবা ফাওই। অদুনা হায়খ্রে -

"য়াই লৌশি.....।"

ঐনা য়েংলিবনা খুদক খুদক্তা তল হৌবগা য়োনবা ষ্টোলদুনি। পেসেঞ্জর মরামদু কুদা লেপ্লে। ট্রেনসু ঙাইহাক পনগদবা মাল্লি। ময়ামসু কুমথরগা লৈনৈ। অতৈ তল য়োনবা কয়া অমা লাউ-লাউদুনা লৈবি। ট্রেন মনুংদসু চঙলকই। খক চানিংলুদে। ষ্টোলদুগী খুদক্তা হৌরগা পীবদু, মশাসু নানবদদা চানিংলকই। জে.কে.না 'তলসু লৌশিরা' হায়রকই। ঐনা-

"তল চাসি হায়রবদি তু অসিগী খুদক্তা হৌবশি ওইনা চাসি!"

"অদুদি লৌরক্লো।"

মহাক্না লুপা ৩০ পীরকই। ঐসু কুমথরগা তলদু কুদা লেপ্লগা লৌকই। লুপা ২০-২০গী ময়োম ময়োম য়োম্নই। কুনগী লৌরগা লাক্লে। ঐগী মরুপ্তুসু হৌদোক্লগা ঐনা তল অমা, য়েরুম অমা পীরুরে। মাসু হৌগৎলগা ঐখোয়গী ইনাক্তা লাক্লে। ফম্লগা পুল্লপ চামিন্নৈ। সনাহনবীনা হায়রকই-

"ওজা! নহালখৈদি কবিমতা চাদে। অদুগা ঙসিদি চায়না।"

"মফমসি নানদ্রা? তল হৌরিবা মফমসি য়েংউ, হাউদৌ মান্দ্রা?"

"ও! ও! নহালখৈ চাদ্রিসি মোৎপগী ওইরে।"

"ইবেম্মা বিহার লাম্বোক্লক্লে হায়বসে অরু- অনান খেন্নবা অসিদগী অদুম খঙলো।"

ঐবু উইখিবা মতাং য়াওখ্রবরা। চৎখিবদদি থোং ফনা য়াম্না শাংবা, খরা শাংবা, খরা তেনবা অহুম-মরি লানখিবনি। অদুবু হল্লকপসিদদি অমতা উরক্তে। তুরেল মমিংদু খঙনিংবনি। হংলুবা তৌদ্রে। খঙদনা অদুম লাক্লে। উইরিঙৈদা হেন্দোরক্লবরা? হল্লকপদা হংগে খনখিবনি, অমতা উরক্তে।

ট্রেন চেনবা হৌরক্লে। 'নমদুনা ঙাইহাক উইহৌবা ফনি' হায়নদুনা হিপথনখ্রে।

এপ্রিল ১২,২০০৮ ইংগী নুংথিল পূং ১২ মিনিট ৩০ দগী বেগুসরাইদগী গুৱাহাটিরোমদা হল্লকপদু নুমিদাংগী পূং ১২মিনিট ২০ দা নয়া কুছবিহারদা থুংলে। নোং অদুম চুরি। ময়ামদি ফল্লবসু ফম্না, হিপ্লবসু হিপ্না অদুম নাখোক্লরি। ঐখোয়গী সিটতা ফমদুনা নুংঙাইনা লাকচরম্বা নুপামচা অনীদুসু ঐখোয়না সিট ফংদ্রিঙৈদা ফল্লম্বা সিটতুদা ফম্না ফম্না অদুম লেল্লে। ঐদি তূম্বা য়াদদুনা থোঙনাওগী সটরদু খজিক্তং চিংখৎলুববু নোংদু ফনা কন্না চুখিবগী মওং ওইনা তৌই। নুংশিৎসু ফনা কন্না শিৎলম্বা য়াই। লম্বীগী নাকন্দা হৌরিবা উপাল ৱাপালদু অহিংগী মৈঙালদুদা ফন কয়া হাই-হুম্বা ওইনা তৌই। থোঙনাওদসু নোংলিক হাইজিল্লকপদগী সটর থাদরগা অদুম লৈরে। চৎখিবা খোঙচৎতসু মফম অসিৱাইসি নুমিদাংদা অদুম ফাওখিমাল্লে। জেনেরেল কমপার্টমেন্টতা চৎপগা ওইবনে মফম মরাং কয়া খঙখিদ্রে। থোঙনাওদা অসুম য়েংদুনা চৎপনিনা হল্লকপগী খোঙচৎসিদা সাইগুবোর্ড অমসু উরক্লে। মদুদা ইবি 'নয়া পালিপুর' হেক উবগা ঘড়ী য়েংলুববু নোংয়াই মতুং মিনিট ৩০ চৎলম্লে। নোং অদুম চুরি। ঐদি হৌগৎলগা লেট্রিন চঙথোক্লুরে। লেট্রিনগী মপাল থংবা ৱালদুদা টেপকী ঈশিং ফজনা তারি। হনজিল্লক্লগা অদুম ফল্লি।

ফম্না ফম্না য়েংথোক্লুবদা 'বাল পেটা রোড' হায়না থাবা সাইগুর্বোডিতু অমুক উরক্লে। অয়ুক্কী পূং মরিসু তারে।

কান্নদ্রে! অমুক তূমগদবসু লৈত্রে। 'চীন-য়া শেংদোকহৌরগে, ময়াম হৌগৎনরক্লবদি মফম মরাং খঙলোই।' খন্দুনা অদুম লেট্রিন তম্না চৎলে। চীন-য়া শেংদোক্লে, মায়-মীৎ তাথোক্লে, মিংশেল য়েংলগা শমজেৎ ফাওবা হাৎতোক্লে। অদুগা হনজিল্লগা থোঙনাও হাংদোক্লগা অইংবা নুংশিৎতু হকচাংদা য়ৈহল্লগা ফমদুনা অদুম লৈরে। নোং চুরমদ্রে। লমহাংদু ঈশিং তুংদুনা লৈবগী মওংদি উরে।

নোংসি ফনা কন্না চুরম্বা তারে। ঈশিং ফজনা তুংলিবসিনদি- নোংগী ঈশিং নত্তনদি অতৈনা ওইবোই খল্লি। পূং মঙা খরা হেল্লকপা অদুৱাইদা ঐগী মরূপ্তু হৌগৎলগা ঐগী ইনাক্তা ফল্লরে। নোংগী ৱারী শাদুনা ফল্লি। তাঞ্জাদুদা ঙরাংগী নুপামচা অনীদু মীকপ থোক্লক্লে। মখোয়গী কুমথফমসু য়ৌরমাল্লে। মপোৎ-মচৈ

লোইশিনখ্রে। ট্রেনগী খোঙজেলসু সুম সুম তপথক্লে। করি খল্লকপনো খঙদে নুপামচা মশম তেন্না ককপদুনা, অমদুদি মশম শোংই, খোইসু খোই, য়েংবদা অর্টিষ্ট মাল্লি, ঐখোয়দা ওনশিল্লগা মপূক্লিং নুংশিবা অমগা লোয়ননা হায়রকই-

"নুংঙাইনা চৎপিয়ু ! অদোম অশোয়-অঙাম য়াওদবা ওইয়ু! অদোমগী সিটতা ঙরাং ফম্বগী খুদোংচাবা পীবিবগী থাগৎচরি। ঐখোয় অমুক লৈজহৌরগে।"

ব্রাদু তাবদা পূক্লিংসি থোক হেক ওল্লি। অদুম্না হায়রক্কনি সুকথা থাজরুদে। মদুদদি নুংশিরকই ঐগী মরূপ্না নুংশিনা হংই-

"নখোয় অনী কদায়দগী লাকপনো?"

"দিল্লিদগী ..."

"দিল্লিদা নখোয়গী য়ূম্না?"

"নত্তে! দিল্লিদা থবক তৌবনি।"

"আই! দিল্লিদা করি থবক তৌই?"

"প্লাইবুডকী ফেক্তরি অমদা ফেবিকোন তৈবগী থবক তৌই।"

"নখোই অনীমক্লা? চহি কয়া সুরে দিল্লিদা থবক তৌবা?"

"চহি নিপাল মাপল শুরে।"

"থাদা তলব কয়া ফংই?"

"লিশীং অহুম।"

"লৈফমগী, চাবা থকপগীদি নশানা তৌজবরা?"

"উম!"

"অদু ওইরবদি নঙ শেল পুরগা য়ূমদা হল্লক্লে, নৎত্রা?"

" য়াম্নদি লেমদে! খরা খরদি য়ূমদা থাবা ঙমই।"

"য়াম্না ফরে। অদুদগীদি নঙ শেল পায়খৎলক্কনি, য়ূম ফজবা শারনি। নুংশী ফজবা লৌরনি, নৎত্রা?"

"তম্বা ঙম্বা নত্তে। ঐখোয়গী মফম য়ৌরে। লৈহৌরগে। মঙ্গোল ওইবিয়ু !"

হায়রম্লগা হৌনদুনা ষ্টেসনদুদা কুমথহৌবে। অমদুদি ব্রা কয়া ঙাঙদে। কুমথরমদাইদা 'লৈহৌবগে' হায়রম্লগা কুমথখি।

ঐখোয় অনী, মখোয়দা মীনুংশি পোকই। গোলপারা ষ্টেসনদগী কুমথহৌবদু অয়ুক্কী পূং ৫ মিনিট ৪০ রোম চৎলে। ঐগী মরূপ্না হায়রকই-

"ঐখোয়না লান্না পঙখন খনবা ওইরমাল্লে। মখোয়দি ইচম চমই। নুংবু নুংঙাইতে। মখোয়দি মশানা চহি তরেৎ নিপাল শুবা অদুরাইদগী ময়ূম থাদোক্লগা

শেল তানবা চৎলবনি। মখোয়না হৌজিক শুগে হায়না শুরবদা চহি তরামঙা তরাতরুক মঙাই। ঐখোয় আদদি মমা মপাদা নিংঙাই তৌদুনা লৈবা মতমনি। ঐখোয় তামোহোইদি হৌজিক ফম্মুংদা মপান থোকচিল্লিবনি।"

ঐনা ওকশিল্লি-

"চরা ব্রানদুনা নিংঙাই তৌবা মতম্লি।"

মখোয়গী ব্রাদু তাবদা ঐ নুংঙাইরক্তে। মখোয়দা ওনশিন্দুনা শাউনিংলকই-

"এ! নখোয় ঙরাংনা ঐখোয়দা হায়দ্রিবা করিগীনো? নখোয়না,ঐখোয় দিল্লিদগী লাকপনি খরা ফমজগে হায়রবদি, নখোয়গা করিগী ফম্মিন্নরোই? করিগী তৃমিন লৈরি?"

হেক্তা অসুম্না হায়নিংলকপনি। হায়হৌদ্রে। কৃমথবনা হানখ্রে। নুংঙাইরক্ত্রে। ঐখোয়দি হান্নদি ফত্তবা ব্রাখল খল্লুই। করি-করি তৌদোইজাৎলা খন্নখিবনি। অদুগদি তায়োন্নরে। মখোয়না ইচম- চমথোক্লল্লে। তৌবগীসু মখোয়না নুংশিনা য়েংবা মীৎয়েংসি-ঐখোয়দদি চানদে। ফত্তবরোমদা হেক্তা পুই। অদুনা মীহুন হেক্তা চোংই। 'পোৎ চৈ লৌদৌরিবরা। মসিনা হূদৌরিব্রা' হেক্তা খলহল্লি। ইশা ফ্রী হেক্তা ওইহন্দে।

নোং ফজনা চুখিবগী মমি ফজনা তারে। লম্পাক, কোংকূৎ, লৌবুক ঈশিং ফজনা তৃংবা উরে। অদুম্না য়েংনা য়েংনা লাকপনা রংগীয়া জঙসন য়ৌশিল্লক্লে। পৃংসু তরুক তাদৌরে। ময়াম হৌগৎনরক্লে। ঐদি ফ্রী ওইরে। ময়াম য়াহৈনদ্রিডৈদা লোইশিনহৌরবনি। ঐগী মরূপ্তুনা ঐ লোইরব্রা হংলকই।

"ঐদি পৃং ৪ দা লোইনা লোইশিল্লুরে।"

"মায়-মীৎ ফাওবদি তাবা ফৈ।"

হায়রম্লগা চৎখ্রে। কুইনা কান্নদ্রে। গাংসারি ষ্টেসন অমুক য়ৌশিল্লক্লে। অয়ুক্কী পৃং ৬ মিনিট ২৫ চৎলে। য়ুমকৈ হুমদোকপা, টিন পাইথোকপা উরকই। নোং কন্না চুরি। নুংশিৎসু কন্না শিৎখি হায়বা খঙলে।

অয়ুক্কী পৃং৭ তাশিল্লক্লে। ঐখোয়সু গুৱাহাটি রেলরে ষ্টেসন য়ৌশিল্লকই। ট্রেনগী খোঙজেল তপথরক্লে। পাণ্ড থোং লাল্লগা লাকপনি। ট্রেননা থোংদু লানবদা মিনিট কয়া চঙবগে হায়বদু য়েংনিংলম্বনি। ব্রারী শানরিডৈদা নংহৌদ্রে। লাম্থোক্লকপনা হানখ্রে।

ট্রেনগী খোঙজেল তপথরকপা তাঞ্জাদুদা মৈতৈ মচা মানবা অমগা আসামী মচা মানবা নহা অমগা ঐখোয়গী ইনাক্তা চঙশিল্লক্লগা ঐঙোন্দা-

"কদায় চৎকদৌবনো?"

"ইম্ফালদা...।"

"ঐখোয়দি শোমদা অসুম চৎসি।"

হায়দুনা লেপ্তুক তৌবগা, মৈতে মচাদুনা অমুক নংহৌররোই মতাগুম লোল্লপ তৌনা ঐঙোন্দা থক হায়রকই-

"শোমদা চৎপনা ফৈ, লম্বী অচুম্বদা চৎশি। ঐখোয়গী কাউন্টরদা পোং চৈ থমফম, পোত্থাফম ফজনা লৈ। টি.ভি. য়েংদুনা পোত্থারগা হোরেল নুংঙাইনা চৎপিয়ু! মখোয়গীসি লম্বী লান্না পুশিল্লগা হোরেল কাতু-কারন তৌবনা কয়ানি।"

মানা অমুক ঐখোয় পুনবা হোৎনরক্লে। মাগী ৱাদু তাদবা ঙমদ্রে হন্দক্তি। ঙাইহাক্তু ফনা নুংঙাই। মাগী মাগী ওইজ তানবা অনীদুনা তৌরিবা মওংদু। ঐখোয় লম্বী অচুম্বদা অদুম লাক্লে, মৈতে মচাদুগা লোয়ননা। লম্বী চৎনা চৎনা 'ভারাগী ৱা হান্না লেপ্লহৌবা চুমগনি' খন্দুনা ঐনা হৌদোকই -

"নখোয়গী ভারা কয়ানো?"

"সিট অমদা চামঙানি।"

"অদুদি ঐখোয় চৎপা ঙম্লোই।"

"খরা অদুম য়েংথোক-য়েংশিন তৌনসি, য়ানি তামো।"

মাগী তামো হায়বা ৱাহৈসি মহী ময়াই কনবা শিধা পানবা ৱাহৈনি। ঐখোয়সু পূক্লিং হাইফেৎ পেৎথোকই। অদুবু ঐদি অদুম হায়-

"ঐখোয়দি চামরিদগী হেন্না পীবা ঙম্লোই। লাকপদসু ঐখোয় চামরিদা লাকপনি। নঙনা চামরিদুদা য়ানি হায়রবদি ঐখোয় য়াগনি। হেনগৎপদি য়ারোই।"

"তামো! অদুদি হান্নগী রেটনি। এপ্রিলদগী ভারা লোইনা হেনগৎনরবনি। অদুনা চামরি য়াঙ্খ্রেদি পীবিয়ু, মদুদগীদি তাহনবিনু! ভাতৈদসু মসিদগী তারদি টিকেট ফংলোই।"

ঐদি মাগী ৱাদুদা অয়াবা পীদ্রি। ঙাওনবিঙৈদা কাউন্টর য়ৌবনা হানজিনখি। নমদুনা মানা চামরি য়াঙ্খ্রেদা টিকেট ককখি। জে.কে.না উপায় লৈতবদৌনা শেল পীথোকখি। ঐদি অদু ফাওবা খরা তাহল্লু অদুম হায়। উপায় লৈতে, মানা অদুম ঙমথোকখ্রে। নুংথিল পুং ২ দা বস থাগনি হায়রে। মতম ফনা য়াম্না ফংলি। গুৱাহাটি কোয়বা য়ানি। অদুনা ঐখোয়গী পোং চৈ বেগনচিংবা ময়ামদু কাউন্টবদা টিকেট কক্লগা থমজিল্লমম্লে। বেগশিংদু থম্বগী মমল লুপা য়াঙ্খ্রেনি। অদুগা মায়-মীৎ তাথোক্লগা শমজেৎ হাইফেৎ হাৎলগা পলটন বাজারদগী ফেন্সি বাজার তম্না খোঙনা অদুম ঐখোয় মঙা চৎলে।

হন্দক্তি ঐ চৎপদা অয়েৎপা অপনবা অমতা পীদ্রে। ঐনা চিংলগা চৎপদৌনা তৌরে। 'কমক্ষা খুরুমলুসি' হায়নদুনা গাড়ী ঙাইরিঙৈদা ব্রহ্মপুত্র তুরেলদু সুম য়েংলুববু মীৎ থনদ্রে। ঈচেল লৈজরবসু ঈশিংদি আ খুজেংদা লৈরে। নোংজু পম্বাদা ঈমায় পানা চেনবা মতমদদি য়েংবদা অকিবা পোকপনি। পাক চাউখ্রবা ঈপাক্লি। অদুবু হৌজিক্তি ফাগি তারে। হি মচা খরা চৎপা নত্তনা খরা চাউবা মখৈদি হোটেল ওম্লোক্লে। রেস্টোরেন্ট ওম্লোক্লে। খরনা অমনবা মশাদুগা লোয়ননা লৈরায়দা ঙাথু-থেংথু তৌদুনা লৈরে। মোৎপনসু খম থেংলে।

অদুম্মা য়েংলিঙৈদুদা পিপল মৈতৈনা 'গাড়ী লাক্লে' হায়রম্লগা মাদি তোংগদ্দবগী অদুম লম্বী লাম্লোক্লগা চঙশিনখ্রে। 'ঐখোয় কমক্ষা খুরুম্বা চৎসি' হায়নবদগী মফমদু য়ৌগদবা গাড়ী লাকপা ঙাইদুনা লেপ্লিবনি, তুরেল য়েংলিবসি। মাদি মদুতবু নীংশিংলম্লি। ময়ামসু মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলে। পেসেঞ্জর পুবা ডি.আই. গাড়ীনি। ফেন্সি বাজারদগী কমক্ষা লাইশঙ য়ৌনা অদুম থৌগৎলি। ভারা লুপা তরানি।

কমক্ষা, হান্না উখিবা মাগী অকোয়বগী ফিভমদু পুমওন ওল্লম্লে। পুমনৌ নৌবা মওংদা শেমগৎলে। লম্বী ফজনা কোইলাস থারে। পার্কিং ফজনা শেম্লে। ষ্টেয়ার পূম্নমক পক্কা চম্লে। লাইশঙ খুদিংমক শেমজিন-শাজিল্লে। পূম্নমক তরু-তনাননা ঈং-ঈং লাউরে। অচৌবা টুরিষ্ট সেন্তর অমা ফজনা ওইরে। নোংমাইজিং নুমিৎকা ওইবনে, লাই খুরুম্বা লাক্লমলিবা মীয়ামদু উবদা অঙকপা অমদুম ওইরে। ক্যাদা লেপ্লিবা ময়ামদু উবদা ঐখোয় খন্নে-

"ঙসিগী ওইনদি লাইনুংদা চঙলগা খুরুম্বদি ওইদ্রে। ফংলরোই। মনুংদা চঙদ্রবসু কমক্ষা দেবীগী লৈফম, মাগী অগ্রহ আসন অদুদি উবা থোঙ অমা য়োৎনা শারঙ শারগা শো লোল্লগা থম্বা মফম অমা লৈ। মদুদা চঙলগা খুরুম্লশি।"

হায়নদুনা মদুদা চঙলগা খুরুম্লকই। মদুসু ঙমজবা দক্ষিনা লুপা মঙা, তরা থাদদুবদি লাই শেন্নরিবা কাঙবুদুনা, ঐনা কৎচনবা পুরিবা পোৎলমদু কৎপিয়ু য়াদে। পাঙা অমা হেক হায়রুবদা লুপা য়াঙ্খৈদগী চামঙা, করিগুম্বদনা লিশীং ফাওবা লৌই। লিশীং লৌরিবসি নৌনা লাকপা পংদক শুদকপা মখোয়শিংদুদগীনি। ঐখোয়সু পংবুদি পংবজাৎনি। পাঙাশিংসু লাইগী মিংদা শেন্দাল লম্বী চৎথবা ঙাক্তনি। মচীন্দা মুরুম-মুরুম শোল্লগা ধ্যান তৌদুনা ফম্বা কাঙবুসু লৈ।

তিল্লিবা মীয়ামদু উবদা লাই অদুম লৈরমদৌ মাল্লি। নুপী অঙাংদগী অহল ফাওবদু জাৎ-বিজাৎকী রা লৈতে। মরেক মহাও থোকপদগী, থোক্তবদগী, থোক্লক্কদবদগী, থোকখ্রবদগী শুনা পূনবা মফম্নি। মসিদা লৈরিবসি তোঙানবা সংসার অমনি।

ফোটো কাপ্লিংবনি। কেমেরা য়াওদে। রানিংঙাই লৈতে। কাপ্লিনবা, ফোটো কাপ্পনা শিনফম ওইবা কেমেরামেন অদুম লৈ। লুপা ৫০ পীরগা মিনিট অহুমদং ঙাইরগা কোপি অদুম ফংই।

অদুম্না ফোটো নমগদবগী ঐখোয় পূন্না থৌরাং তৌদুনা লেপ্লিঙেদুদা ইমাঙমক্তদা লৈশাবী, মরাইবক্তা সিন্দুর নম্বী তনোয়-তনোয়বী অমনা লুপা ৫০০ চংপি অমা ফিঙাং শেংপা পাঙা অমদা পীখিবদু উহৌই। লাই খুরুম্বীবগী ওইনি।

শান্নপোৎ করি করি য়োনবা উরবদি পুলিসনা কোইতান তাল্লি। লীচৈনা কনথৈ, ফৈরং লংই। পোৎকা পুমচাই। অঙাংমখৈনা হেক্তা লাক্লে। পুলিস উদ্রকান্দা শান্নপোৎ য়োনবদুনা অমুক লৌশিনখি।



কমক্ষা টেম্পল মমাংদা নম্বা

লাই খুরুম্বদি লাইবু লায়রি। কিদুম কি। মসিগী দেবী (কমক্ষা) সি মরৈ হা-হা তম্বী, ঈ থকপীদু ওইরমাল্লে। কদায়দগী অতম্লনা উরুরিবনো খঙদে। শঙ অমা লৈ। বলি ককফম ওইরমাল্লে। মকোক ককখ্রবা হামেং অচৌবা অমা মঙক্তা থৌরি লেংলগা ফক্লাংদুদা য়াল্লি। অদুগা নুপা অমনা শ্রেত লাউনা চিংথখি, মউন্দু মচি মচিদা পায়রগা। মউনদু মপুম ওইনা অদুম হুকথখ্রে। মউন য়াওদ্রবা মশাদুনা মপুম ওইনা থরাক-থরাক য়ান্দুনা লৈরে। মদু উরুবদগী রাখল পূক্লিং অনীমক খঙশোন শোন্থখ্রে।

মদু লাই খুরুম্বা লাকপা মীনা লাইদা কৎলরিবনি। বলি ককপগী ঈদুনা কম্বী মচা অমদা য়ারগা মদুদা করিনো খরসু বলি কক্লিবা নুপাদুনা হাপখি। অদুগা ঙাইরিবা নুপাদুদা কম্বীদু পীখি।

ইরোই পুংকক চাউরবা, হাতমদি ফাদ্রিবা অমসু মপান্দা পুল্লি। মসিমসু ককখিবা তারে খল্লিঙৈদা, হামেং পুংকক চাউরবা অমসু নুপা অমনা থৌরিদু পায়রগা চিংশিল্লকই। বলি ককফমগী উদুদা থৌরি লৌশিল্লগা চিংই। অমনা মমৈ পায়রগা য়াল্লি। থাঙপাক পায়বা নুপা অমনা মঙক্তুদা জবৎ...।

'মে !...' লাউনা খোংলম্লগা মশাগা মকোক্কা তোঙান তোঙান তাপ্লে। পিপলগা ঐখোয় অনী 'মসি য়েংহৈবা জাৎ নত্তে' হায়নরগা অতোপ্পা মায়কৈ অমরোমদা অদুম চংথোক্লক্লে। মদুদনা অমুক তারে-লৈকাংদা থাউরেক কারবা, মথক্কু মুশুক মুরবা শঙ অমগী মনুংদা অমুক ঙৌবগী, তাউবগী, থোংবগী, চিচৌ-চাচৌ থাউ ঙৌবগী মখোল, মৈগী মৈখু। ঙসাই মে খোংহৌবশিংদু শোমদনা অমুক থোংফম ওইরমাল্লে অদুম খল্লে।

শঙউনগী পোৎ-চৈ, খোঙউপ, পেটি, বেগ লাইনুংদা পুশিনবা য়াদে। হান্ননা লৌথোক্লগা থনম্লবনি। থমফমগীদমক ৱানিংঙাই লৈতে। থম্বীযুগী থম্বীযুমক্তনি। শেলদি তিংই লুপা অমমম। শেল তিংদনা থমফমসু লৈ। মদুদনা লাইদা কৎনবা পোৎচঙদি লৈবা তাই। দুকান ফম্লিবদুনা মচল শুনা হাপ্লগা অদুম পীরকই। লুপা কুম্থামুক চঙই। খোঙউপ করি করি লৌথোক্লমদনা থনমদনা কাখৎখিবসু অদুম থেংনরকই।

চীংখোঙদগী চীংদোল, চীংদোলদগী চীংখোঙ ফাওবগী তেক্সি সার্ভিস অদুম লৈ। ভারা লুপা মঙা লৌই।

লাই খুরুম্বদি লায়বু লায়রি। বর ফংনি ফংলোই, ফংই, ফংদে হায়বা খঙবা জাৎ নত্তে। ফংবসু য়াওরম্মি। ফংদবসু য়াওরম্মি। ফংদে হায়দুনা ৱাকৎলুবা য়াবা নত্তে। অদুবু পোত্থাফমদি অদুম ওই। মীৎ থল্ল-থল্লবা, মওং তারবা তর্রবা ময়াম অমা অদুম য়াওরকই। ময়ামদুগী মনুংদা মওং তার তারবা কয়াসু তার-তারবী কয়াগা পুন্না লাকমিন্নবসু অদুম থেংনরকই। মখোয়গী মতৌদুদা কল্লকপসু য়াওই, নুংঙাইবসু ফাওই, নুংশিবসু পোকই। পান্ল-পান্লবসু অদুম লাকই। য়েংহৈ-উহৈদবা কয়াসু য়াওই। অদুবু লাইনা পেল্লিবসি করম্বনো মদুমদি অদুম খঙদে।

চংখিবগী খোঙচৎতুদসু অসুম্না চৎপগী মতম অদুম ফংখি। অদুবু জে.কে.না য়াদবদগী কমক্ষাদি চংখিদে। ব্রহ্মপুত্র মপান্দা ফমদুনা মতম অদুম লেনখি। ঐদি মদু ওন্থোক্না হৈনখিদে। ইশাসি অফা অপুন্নে। বন্দি ওইনা লৈবা হায়বদু অসুম তৌরিদ্রা, চপযুংনা থনখি।

'উমানন্দা বাবা' ব্রহ্মপুত্র তুরেলগী ময়ায়দা লৈবা চীং অমদা লৈ। হি হোল্লগা শেল তানবা কাঙবুনা 'লাই খুরুম্বা চৎকদ্রা' হায়বগী খোঞ্জেলগা থম্মোয়গা মরৈ য়েংনৈ।

“নখোয় কয়ানো? ঐগী হিদা চৎশি, ঐগীদা চৎশি ভারা য়ামদবনি।”

মখোয়না অমা অমুক লাকই হংলৈ। অমনা অমুক হংলৈ। মখোয়না ঙাঙলবদু তানিংদা তানিংদা অদুম তাখি, নুংশাগী মৈশাদু খাঙন-খাঙনা।

অয়ুক্কী পূং তরুক খরা হেল্লক্লপদা গুৱাহাটি পল্টন বাজারদা থুংলবনি। রোয়েল টুরস এন্দ ট্রেভেলস কী কাউন্টর ওফিসতা বেগ, পোৎ-চৈ লোইনা থমজিল্লম্লগা, পোৎ থম্বগী চার্জ ওইনা, লুপা ৫০নি। পিপল মৈতৈগী ‘খঙনবা অমা মণিপুরী বস্তিদা লৈ’ হায়দুনা মদু থিবা চৎলে। মফমদু চপ চানা খঙদবনা মণিপুরী হোটেল ময়াম লৈবা লম্বীদু চৎপদা, হোটেল বোয় অমনা তাক্লকপদগী সিরোই হোটেল লৈরিবা লম্বীদুগী মনাক্কী গলিদা চঙলগা লৈরম্লে। য়ুমদুগী অহলদু থেংনদুনা চঙলগা ঐখোয় পুম্নমক য়ুমদুদা অয়ুক্কী থবক, চীন-য়া শেংবা ইরু মাইথজবা পুমলোই লোইশিল্লে। ফম্মিন্নরগা চা থকমিন্নরগা ৱারী শারগা ঙাইহাক ফম্মিন্নে। ঐদি ইরুজরিঙৈদা ৱারীদু কয়া য়াওহৌদে। অদুবু বিহারগী ফোঙ-ফোঙ শারিবা ৱাফমদুগী ৱারীদু মখোয়সু তারমই। চৎপদা অফবা ওইগনি হায়বগী থাজবা মখোয়সু লৈতবগুম তৌবগী মওং অদুম লৈ। ঐখোয়গী ইরক্তসু নীংহন্নবা অদুম পোক্লে। চৈরকসিদা ট্রেনগী টিকেট রিজার্ভেসন ফংদবগী চরাংনবা অদুমসু লৈরি। ‘চৎপদা খরা চেকশিন্না চৎপিয়ু’ হায়বগী ৱাফম য়াওরি। অদুবু চৎনবগীদমক্তি গুৱাহাটি য়ৌরক্লবনি।

ওহ্লোকপা তানফম অমদা ঐখোয় লৈরে। মরুপ্না তম্বা পাউদগী ঐদি চৎপু চৎনিংদ্রে। ‘য়ুমদা হনবনা ফরনি’ খল্লে। মাসু অদুম খল্লি। জে.কে.দি ৱাফমশিদা করিসু নাচুংবিদে। মাগীদি চৎপা, চৎপা কনফরেন্স য়াওরুবা অসিতনি।

“হোটেলদা চাক হান্না চাথোকপ্রসি। অদুগা আসামগী কাঙবু চৎকদ্রা হংলুসি। চৎলবদি মখোয়গা চৎমিন্নখিবা ফনি। অদুনা মখোয়গী পাউ অমা খঙদোক্লবা সি.পি.আই. ওফিসতা চৎলুসি...।”

জে.কে. গী ৱাসি মরু ওই খন্নদুনা হোটেলদা চাক চাথোক্লে। চাক্লক অমদা লুপা ৪০ লৌই। ঙসাই য়ুম তাক্লকপা নুপামচাদুনা ঐখোয় লাকপা ঙাইদুনা লৈরম্লে। মখোয়গী হোটেলদনি চারিবসি।

রাজগড়হ রোডতা সি.পি.আই. আসামগী ওফিস লৈ। মণিপুর ভবনগী মনাক্তনি। ‘উলুবারি গুৱাহাটি’ হায়না থাই। মণিপুরী বস্তিদগী বস তোংবদা ভারা লুপা ৩ লৌই। অয়ুক্কী পূং মাপল মিনিট তরাদা সি.পি. আইগী ওফিসতা চঙলুই। প্রোগ্রেসিপ রাইটর্স এসোসিয়েসনগী সেক্রেটরিগা ফোন্দা ৱারী শানবদা মখোয় চৎপগী থৌরাং লৈতে হায়রক্লে।

“ঐখোয়গীদি চহি খরসি শিথরুরে। হন্দক চহিসিদা হিংগৎনবা হোৎনরি। অদুনা চৎনবা থৌরাং তৌবা ঙমদ্রে, চৎলরোই।”

মসিসু ঐখোয়গী নীংবা কায়নবগী মচাক অমা অমুকসু ওইরে। পার্টিগী সেক্রেটরিদা হংবদদি-

“করিসু তৌরোই। ঈরাংগী পাউ লৈতে। চৎলু, করিসু অকায়বা লৈরোই ঐখোয় ফোন্দা পাউ ফাওনৈ।”

মদুনা ঐখোয়বু লৈতাহনবদি নত্তে। হল্লকপদা হায়নরকই-

“খোঙনা অদুম চৎখ্রসি।”

চৎলি। ৱায় অদুম লমশাংদু লাকপদা। চৎপদি লেপ্তে। খল্লি-

“মচিং মশোল নাইবা কাঙবু অমগা খোঙবু হেক ওইরুইদা!”

ৱায়। নুপী মচাদুসু ঐখোয়গী তুং ইনবা ঙমদা ঙমদা অদুম ইল্লি। মদুদা চৎপদা মঙম চৎপা, মীনা মতুং ইন্নবা ঙমদবা মরূপ্তুসু য়াওরিবনি। মদুদদি লোইরে। নুংশাগী মৈশানে, চৎলিবা খোঙচৎনে, ৱাইটিংদা লৈরিবা টিকেটনে, ফোঙ-ফোঙ শারিবা ৱাথোক্কী ৱাখলনে, চৎপা শোনবগী ঙম্নবা চৎপগী শদৌ থোংবনে, হকচাংসি পুরা কমতি।

“মতুং মনাও চৎমিন্নবা য়াবা নত্তে অঙাওবা কাঙবুনি।”

অদুম খল্লি। খল্লিঙৈদুদা অমুক হায়রক্লে।

“রেলৱে ষ্টেসনদা অমুক চৎসি। কাউন্টরদা চঙলগা টিকেটকী মরোল হংলুসি। টি.টি. উনবা ফংলগা ৱারী শানসি।”

মদুসু খোঙনা। লাপ্লবুদি নৎতে, নুংশাবু ইকাইবা পীবনি। নূংগী মী, য়োৎকী মী, ৱাবা খঙদবা, নুংশাগী মৈশাগা শীংনবা কাঙবু, মশাবু উন মতুমনি হায়না খঞ্জবা কাঙবু, ‘নখোয়না ঙম্লগা ঐদি করিগী ঙম্লোই। নুপানিনে ঐসু।’ সনাহনবীসু নুপীনি। নুপীনা হেন্না কনবা, খাঙবা ঙম্বা মতমসু লৈবনি। খল্লুবগী ৱানি-খোঙনদি ৱারৌই ঐ.ু, য়াংনা থাংউ হায়বা পূক্নীংগী ৱায়েলদু য়ানিংনা ইনখিদে। আস! ফুকপদা ৱাই, লূমখিবসিনা খোঙসি। পোম্বু পোল্লবোই নীংই। অদুবু চৎপদি লেপ্তে ঐ।

“ফৈ চৎলু। নখোয়তনা নুপারা? ঐসু নুপানি...।”

অসুম্না খন্দুনা মতুং অদুম ইন্নে। ৱারা অদুম ঙাঙদ্রে। ইনকারিদা চঙলুই। মীনা ক্যদা। ঐনা লাপ্তক্না লেপ্লিঙৈদুদা নুপা অমনা ৱালদা নপশিন্দুনা থল্লিবা কমপ্যুটরদুদা চঙশিল্লগা মখূৎনা কিত-কিত নমখি। ঐসু শৎ চঙশিল্লগা য়েংলুই। নুপাদুদি ওকে হায়রম্লগা চৎখ্রে। অমা অমুক চঙশিল্লকই। কিত-কিত নমই। ঐ মুন্না য়েংহৌরে।

মাগীসু ওকে হায়রম্লগা চৎখ্রে। মদুদদি ঐসু অহৈবা শাদুনা বতনদুদা কিত-কিত নম্লুববু ৱাইটিংগী ৱাইটিংমক্তা চবাক অমা। মদুদদি, টিকেটকী মমলদগীসু লুপা ১০০ হেন্নসু লৌখ্রগা ওকেসু তাদবা হায়দুনা শাউনিংলক্রে। পূক্লিংদা হঞ্জানবা অমা খংফাও ফাওরক্রে। মদুদগীনি ব্রহ্মপুত্র মপান্দা পোত্থারিবদু।

'নুমিদাংগী চাক চরা অমগা হোটেলদা ঙন্না পূং ৪ খরা হেল্লকপদা চাথোক্লশি। অদুগা ষ্টেসনদা অদুম লৈরসি' হায়নদুনা হোটেল্লোমদা অমুক লাক্লগা মণিপুরী হোটেল অমদা অমুক চারে। ঙসাইগী নুপামচাদু মখোয়গী হোটেলদা চারুলাউ হায়দুনা য়াম্না কৌহৌবনি। মা পেল্লম্লোই ঐখোয়না হায়বসি-

"হল্লকপদা চারগে। হৌজিক্লা অতোপ্পা অমদা অমুক মহাও য়েংগে।"

হেন্দোক্কুনা লাকপদা কৌহৌই মমীৎনা, মীনোক্লা। অদুবু অতোপ্পদুদা চারে। মদুসু মহাও ইয়াও য়াওদে। হোটেল মেনেজর ওইরিবী নুপীদু মশক ফজে মাগী মশক য়েংলগা চাবা হায়বদু তারে। মৈতৈ নুপীনি। মীদি নেমতক তৌই। মমায় কোয়দানৈ। কুচু ঙৌই। মমায় নাল্লি, মৌ নহানি। তগৎ-তগৎ তেক্লি। হায়ফেৎ হায়ফেৎ য়েংলুই। হায়ফেৎ-হায়ফেৎ হুকচিল্লি। অদুম চঙখি চাক্কু। হাওত্রসু যূমদা চাবদৌনা খনবা ঙম্লকপগুম তৌই। ঐদি তশেংনা হেক্তা হায়রে-

"ওজা জে.কে. টিকেটসি ওকে ওইদ্রবদি কেন্সেল তৌসি। চৎকুমসি। জেনেরেল কমপার্টমেন্টতা চৎপা হায়বসি য়াম্না ৱাগনি। কৈদৌনি, নাতৈ চাগদবা মান্দবদগী হল্লক্লে হায়রগা লোইরে। খুদোংথিবা নংলগা মখোয়না ৱাবিগদবা নত্তে। অপঙবনা লান্দা থৌই হায়বদু তানি।"

ঐদি অদুম হায়। ঐগী মরূপ্পুদি মপূক্লিংদা চৎনিংদ্রবসু মচীন থোকপদি ঙমদে। চৎকদবগী থৌরাং লোইরদনা বস কাউন্টরদগী পোৎ-চৈ বেগনচিংবা লৌরগা রেলৱে ষ্টেসনদা চঙলক্লে। নুমিদাং ওইশিল্লক্লে। ওজা জে.কে.সু হায়কম তৌফম খঙদবগুম তৌই। মশাদু লৈতাদে। অদুবু হায়রকই-

"পূং ৬ তা টি.টি. উনবা ফংলবদি মখোয়দা শেল খরা খূৎয়েপ-শায়েপ তৌরগা রিজার্বেসন্দা চৎপা য়াবরা য়েংসি; তরুক্তদি ওকে তাই-তাদে অশেংবা অমা খঙলনি। মদু ফাওবদি য়েংখিসি।"

ট্রেনগী সেদ্যুলনা নুমিদাং পূং ৯ মিনিট ৩০। অদুবু মতমদু ফাওবা ৱাইটিংদা অদুম লৈরে। মদুদদি 'ঐখোয় করিনো অমদি খন্নসি' হায়নদুনা ইকোয়-কোয়না ফম্লগা মাগী মাগী মত পীনরে। ঐদি হান্নগী ফিরেপ্পু অদুম হোংদ্রে। পিপল মৈতৈদি ইতপ-তপ্না অদুম হায়-

"শে-শে! ঐ ব্রা হায়গে। মসিদা কা হেন্না খঞ্জিনগুমসি। ঐ ইমাগী অয়াবা লৌরগা লাকপনি। হন্দক্কী খোঙচৎসি ঐখোয় অশোয়-অঙাম য়াওদনা য়ূমদা শোয়দনা হনগনি। অদুনা চৎসি। য়ৌরুদনা হনবা হায়বসি য়াম্না ইকায়নিংঙাইনি। মতুংদা চৎকে হায়রুবদা ইমানা ম্নারক্লোই।"

পিপল মৈতৈ অচম্বা মীওই নত্তে। লাইপাউ চেনবা ঙম্বা, মাঙগী, তুংগী অফ-ফত্তা হায়বা ঙম্বা মীশক্লি। জে.কে.সু মাগী হান্নগী ফিরেপ্তু হোংদে। মাদি মশাদা অকি-তুজুংগী ব্রা করিমতা লৈতে। 'কনফরেন্স য়াওরুবা' অসিতনি। 'য়াওদবা য়াদে' হায়বা মাগী অচেৎপা ফিরেপ লৈজে। ঐগী মরূপ্না হায়-

"করিনো মাদি করিমতা খন্দবদৌনা তৌইনে। ঈরাং হায়বু লৈবাক্কী অচৌবা ইশুনি। অদুবু মাদি মসি চঙদে। চৎপতনি মানা খল্লিবসি। অশোয়-অঙাম থোক্কনি, অব্রা-অনা নংগনি; খুদোং থীবা মায়োক্লগনি হায়বসি মাদি করিমতা খনদে। ফত্তববু খন্নরবদা মফমদুদা ফত্ত-নুংদা থোকপদা ঐখোয়গীদমক কন্না চোংথোকপিরক্কনি। মীগীদি মরমনি। ঐখোয়তনি দশা তাগদবসি। মসি মাদি করিমতা খনদবগুম তৌইনে।"

"ঐ হায়ফম খঙদে। ইবোম্নানা মরোল অমা তুকথরকপনে। করিগীনো খঙদে অসুক য়াম্না ব্রাখল শোম্থরিসিবু? ঐখোয় চৎকনি হায়না লাক্লবনি। অদুগা হৌজিকপূ লমখাঙদগী কমহায়না হনদোইনো?"

জে.কে.না অমুক পিপল হোয়দা হায়রিবনি। অসুম্না নৈনরিঙৈ, ওকেসু তাদা, ব্রাইটিংদা অদুম লৈরিঙৈদা লাউথোক্লকপনা হাঞ্জিল্লকই -

"আবধ আসাম এক্সপ্রেসতা বেগুসরাই চৎকদবা পেসেঞ্জরশিং প্লেটফোর্ম নম্বর সভেনদা চৎপিরো! ট্রেন ঙাইহাক্কী মনুংদা থাজরগনি।"

করি তৌগনি? ঐখোয় পম্থদ্রে। প্লেটফোর্ম নম্বর সেভেন তম্না অদুম চৎলে। ওকে তাদবনিনা জেনেরেল কমপার্টমেন্টতা অদুম কাখৎলে। কাখৎপা মতমদদি ইহাং হাঙই, 'ঐখোয় খরগী কম্পার্টমেন্ট ওইরবোই নিংই। রিজার্ভনা কদাইদগী হেল্লমগনি' খল্লুই। চৎপদা অদুম মতাই। অদুম চৎলে। পূং মাপল মিনিট কুম্থ্রাদা ট্রেন অদুম থারে।

হল্লকপদদি গুব্রাহাটিদা থূংলবা নুমিৎতু নোংমাইজিংনি। ফেন্সি বাজারগী নুমিৎনি। কমক্ষাদগী হল্লকপা, ফেন্সি বাজারদা থুংলবদু অয়ুক্কী পূং ১১ খরা হেল্লে। মদুদদি ফেন্সি বাজারসি ফেন্সি বাজার ওইরম্লে। কনাই নুপী অঙাংদগী হনু-হনা ফাওবনা কৃক-কৃক ইন্নখ্রবনি। খোঙ লৈবাক তাদবা হায়বদু তৌজাৎনি। ইনখৎলকপি-ইনখৎলকপা নহারোম্নসু মহানি। কনাই পোৎ লৈবা, মদুদা অমুক অয়োনবা

কাঙবুনা লাউখিবসিনা লাউখিবসি কুম্মেনি। 'পোৎ শিংত্রবসু য়াই। লাউদবদি য়াদে' হায়বদুনি মখোয়না তৌরিবসি।

কৃক-কৃক ইন্ননা চংনরিবা ময়ামদু নুপী, নুপা, লৈশাবী, পাখঙ খঙনদে। পংথেংদা থেংলুই, পংথেংদা থেংলকই। চান্দনি চোক নীংশিংলক্কনু য়াদে। বাহ! থৈদোকফম লৈতবনা ইন্ন-থেংগাইনবদো। কনামতা করিমতা হায়নদে। মানা মানা থোকপা অদুম চংনৈ। লৈনীংবদু অদুম লৈনৈ। অঙকপা ফিভমনি। ফেন্সি বাজারদা মমল হোঙদবা পোৎ লৈতে। চহি কুন শিত্তদুনা লৈরুরবা থান অরিবা ওইরবসু, হৌজিক্তা শারগা পুথোক্লকপা ওইরবসু মমল তানা অদুম য়োল্লি। অদুনা ফেন্সি বাজার চংলুরগা পোৎ লৈদনা হল্লকপা নুপা নুপীদো হিংবগী কান্নদ্রবা মীনি। মপুন্সিদা অহোং-অচাউ মশক খঙলরোইদবা মীনি হায়বা য়াই।

অদুক চিনখ্রবা মীয়ামদুগী মরক্তা পোৎ-চৈ খুয়েপ-শায়েপ তৌবগী মওং অমতা উদে। হূরান চিন্থীগী ঈরাং লৈতে। নহাশিংদুসু কাতু-কারন পংতৌ তৌগদবা মান্দে। অদুবু পেকিং ফজনা তৌরবা, মমল থাজদনা হোঙলবা পোৎতি লৈবদা চেকশিনবা ফৈ। অশোয়বা য়াম্না য়াওগল্লি। পোৎ য়েংলুরগা মমল হল্লমদ্রবা- 'মদুমা মমল হুল্লম্মু লৌদ্রবসু তোকউ, কয়া পীনিংই, মদুমদি হায়রম্মু' হায়দুনা গীরি-গীরি তকপসিম্মদি শোয়দ্রে। মদুদনি, ঐগী লেংজুম পায়রগা লাক্তুনা চিংলকখিবদু। ঐগী মরূপকী মচাগী ফিরোল খনবদনি, ঐগা পোৎ য়োল্লিবা নুপাদুগা লংখৎনখিবদু । অহানবদা চান্মা মরিফুনি হায়। শুম ঙাঙনৈ শুম ঙাঙনৈ। চান্মা কুন পীয়ু হায়রক্লে। ঐখোয় মমল হুন্দনা অদুম চংকে তৌরে। মানা, 'কয়া পীনিংই হায়রম্মু' হায়দুনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়মনবদগী ঐনা 'কুন পীগে' হায়রুববু মদুদদি মানা অফিং কাবমখৈ শাউনা করি করিনো হায়দুনা লেংজুম থক পায়রকই। ঐসু হুৎ লৈশিল্লগা হেক্তা লাউহৎলি।

"করি, নঙনা হুল্লু হায়বগী হুল্লে করি কায়?"

হায়রগা অদুম লাকই। মানা মুরুম-মুরুম শোলহোই। ঐগী মরূপুদি মাগী মতৌদুদা খৌতক চাখি। ইমানা অয়ুক-নুংথিল তোংনবা পমশু খোঙউপ অমখক থিবসি-থিবসি অদুম ফংদরে। মতম মাঙলগা তোক্লে। লৈদনা অদুম লাকই। ইমাগী অমতংদি লৈনিংবনি।

পোৎ লৈবা লৈদবদি অরায়বা ওইরে। অদুক য়ামখ্রবা মীয়ামদুগী মরক্তা য়াওরিবী নুপীমচাশিংদো, লৈশাবীশিংদো, মশা ইনখৎলকপগী য়ক লাউখৎ-লক্লিবীশিংদো, মদু উরুবদা ঐদি শুকহনবু হন্নিংদে। মদু খন্দুনা থওইনা মতম

মাঙহনবা মীসু লৈরম্বা য়াই। মসিদি ইম্ফালদসু লৈ। অদুবু মতমদি নুংথিলগী পুং ১ হেল্লক্লে। পুং অনীদা বস থাগনি। চাক চাদ্রি, চাদ্রসু য়াই। পোৎ-চৈ লোইশিনদ্রি। লংথোক্লম্বা য়াই। পুং অনীদি তারক্কনু য়াদৌ মান্দে। ফেন্সি বাজারদগী পলটন বাজার ফাওবা খোঙনা লাক্কদৌরিবনি।

"চৎনবা খোঙ পাল্লি, করিগী গাড়ী?"

অসুম্না হায়গনবা মীওই য়াওরি। তাল্লকতুদা সনাহনবীগা ঐখোয়গা কায়নরে। জে.কে.না থিরুগে হায়রম্লগা চৎখি। মখোয় অনীগা ঐখোয় অহুমগা অমুক্কসু কায়নরে। থিবা য়াবা থিরে হঙ্গৎ হন্দা চৎলগা। মীয়াম মরক্তুদা থেংনদ্রে। করি উপায় লৈ? মতমদি য়াশিল্লক্রে।

"চৎসি ! কাউন্টরদা অদুম লাকচরনি।"

হায়নদুনা চেনবোই-চৎপোই তৌদুনা হল্লকপবু য়েংনিংখ্রবী নুপী মচাশিংদু য়েংফাৎত্রিঙৈদা ফেন্সি বাজার অদুম থাদোক্লমই। মতম খরগী চৎপা খোঙচৎসি খরদি অদুম পেনফাৎতে। থাজদনা থেংনবা থম্মোয় থম্মোয় খঙনরবী অমা মফম মতম্না য়াদদুনা কায়নবগী অব্রাৎপা অমা লৈবগুমই।

সনাহনবীখোয় হল্লক্লম্লদে। 'ফোন তৌসি' হায়দুনা পি.সি.ও. অমদা অমুক তৌই, লাইন ফংদে। অমদা অমুক তৌই, লাইন ফংদে। ফংদ-ফংদা লৈরিঙৈদুদা ফাওদোক্লকই মখোয় করিসু থৌশাদনা। 'চাক চানদ্রি খরা চাবা য়াগদবা হোটেল অমা য়েংসি' হায়নদুনা থিরগা চঙলুবা হোটেলদো মদুমুক মহাও য়াওদবা হোটেল অমা গুব্রাহাটিদা লৈরমখিগদ্রা? ঐ থাজদেকো। লৈরম্লোই। ইলিশা! ময়াম্না হায়নবা ইলিশাগী মহাওদুবু মদুগী মহাওদুরনে? মদুগী মহাওদু ইলিশা হায়বা ঙাদুগী মহাও ওইরবদি মপোক তরামরিদা ইলিশা হায়বা ঙাদুগী মহাও খক তংজখ্ররোই। শিরগা যমনা ইলিশা চারক্তে হায়দুনা ঙকশমদা হোরাইনা লেনগে লেনখ্রসনু। ইলিশাগী মহাও তংবদি লায়রদনা ঙাদুগী মশক ফাও হন্না কভিদা য়েংজখ্ররোই। পুম্নম নমই। পুমচম চমই। করি মহাওনো মঙোন্দা য়াওরিসিবু? পুম্নম নম্বশিরো। অদুগসু খূজিন মমায়মুক থাদবা মককতুদা লুপা নিস্ফু। ঐ চঙলকপদা বোর্ডতা ইরিবা প্রাইজ লিষ্টতু য়েংলুই। 'ইলিশা লুপা নিস্ফু।' ইলিশা ইরম্বদুদা 'চাথোকসু ঙাই, মহাও য়েংখিগে' খন্দুনা ওডর তৌরুবনি। নিস্ফুদা চাকসু য়াওরবোই নীংলুই। চাক্কীসু এক্সট্রা লুপা কুন। লুপা হুস্ফু তিংই। ইতোমতা ইকায়জরকই-

"করিনুংগী ইলিশা ওর্ডর তৌরুবনো। ইলিশা অমগী মহাওনা ফাওরিবসি কদায়দনো মথা শাই।"

পূং অনীদা বস থাগনি হায়বনি। পূং অহুম হেল্লফাও বুকিং ওফিসতা লৈরি। মফমদুদগী ঐখোয়সি বস অমনা পিকঅপ তৌরগা, ইনটর ষ্টেট বস টরমিনেষ্ট ফাওবা থিল্লগা অতোপ্পা বস অমদা অমুক তোংলগা ইম্ফাললোমদা হনগদৌরিবনি। হৌজিক ইন্টর ষ্টেট বস সার্ভিস খুদিংমক গুৱাহাটি সিটি মনুংদা চঙবা য়াদ্রে। মখোয়গীদমক অনৌবা পার্কিং অমা আসাম সরকারনা শেমগৎতুনা থল্লে।

বালাজী মণ্ডির ময়াদা ইন্টর ষ্টেত বস টরমিনষ্ট (আই.এস.বি.টি.) শেমগৎলিবা লমদমসিগী মমিং লোখরা কৌই। বস ষ্টেসন ওইরে। নৌনা হাংদোকপনি। 'এপ্রিল ১, ২০০৮ ইংদা শঙ্গাবনি' হায়। অনৌবা হাংদোকপগা ওইরে, য়েংবদা ওল্হোক্লা ফজত্রবা মফম ওইরে। আসাম সরকারগী চাওখৎ থৌরাংগী থবক্তা বালাজী মন্দির ময়াদা শেমগৎলিবসিমকসু মশক থোকপা থবক অমা ওইরনি।

হল্লকপদদি গুৱাহাটি সিটিদগী মফমসি ফাওবা ট্রেভেল এজেন্সিশিংনা, মখোয়গী বসনা ফ্রীদা থিল্লকই। চৎখিবা খোঙচৎতদি বালাজী মন্দির ময়াগী বস ষ্টেসন্দগী গুৱাহাটি সিটি ফাওবসি মশা মশানা টেক্সি ৱায়রগা চৎনৈ। ভারা লুপা কুন চঙই। হেনবসু, তাবসু য়াওরম্লি। ঙাঙনবগী, য়ানবগী মখা পোল্লি।

বালাজী মন্দিরসি, ভি.আই.পি. কোলোনিগা হেক থংননা লৈ। ভি.আই.পি. কোলোনিসু নৌনা শেমগৎপনি। ওল্হোক্লা মচু তানা, নান্না, চেকশিন্না শেমগৎখ্রে। অকোযবদা নক্লা উরিবা বিল্ডিংশিং, লাপুক্লা উরিবা চীংদুম, চীংশাংশিং উরুরগা 'ফিল্ম সুটিংগী মফম অমা ওইবা য়াগনি' খল্লি। চীংদুমগুম শেমগৎলিবা লৈপূং অমদা রাইনো মমা মচানা চৎপগী অশাবা মুর্ত্তি লৈ। হৌজিক্তা শাবদৌনা তনৌ তনৌরি। কমপ্লেক্সকী বস থাফম ময়াদা লৈবনি। ফোটো নমনিংবনি কেমেরা য়াওদে, নুংঙাইতে।

নুংঙাইতবগী ৱাসিমদি, মী অমগা অমগা অর্থ খেন্নরম্বদি য়াই। মসিমদি হায়দবা ঙল্লোই মতাং চাই। ঐখোয়না তোংগদৌরিবা বসকী কণ্ডক্টর নুপামচাদুনা মতাং চাদনা অপনবা পীরকপদা ঐনা-

"নঙ নমীৎতু উদ্রা, ঐখোয় ঙসাইদগী সিদা ফল্লিবসি?" খৃপাকনা শেৎ শেৎ থাজল্লকঅদি ...! থকশি খাশি নাইদবা!"

হায়না লাউহৎখিবদুমসু-কণ্ডক্টরদুনা ব্যাভার য়াওদবা ৱাঙাং তৌরকপদগী অফিং কাখিদুনা তিংখৎতনা লাউহৎখিবনি। নুপামচাদুমসু ঐগী নুংঙাইতবগী মনুং চনশিনখিবনি।

নুংঙাইত্রিঙৈনিনা, নুংঙাইবা অমা চীৎথরমদৌরে।

বুকিং ওফিসতনি, বসকী, গুৱাহাটিদা। ময়াম মতম ঙাইৱা ওইনা পোত্থানরি। ঐখোয়সু পোত্থারিবনি। অম-অমদা পংয়েং য়েংনৈ। খঙন-চান্নবা য়াওব্রা? লাকপ্রা? ঐসু কোয়েং য়েংলুবদা নুপীমচা অমদা মীৎয়েং থল্লুই। মৈতৈ নুপী মাল্লি। ত্রাইবেলসু হাইফেৎ মাল্লি। মমায় কোয়দানৈ। মশা ফরপ তৌই। নেমতকতি তৌই,নহানি। সলৱার শেৎলি। মশকসু ঈংই। লৈশাবী মাল্লি। অদুবু অঙাং নুপামচা অমদি মনাক্তা শুরু-শুরু নৈদুনা লৈ। মচা ওইরবসু, হংলুবদা মচানি হায়রক্কদৌ মান্দে। মাগী শকফমদু চহি কুন শুরমদৌবা মান্দে। মনম্মখোয়গা লাকমিন্নজাৎলা, অঙাংদু মঙোন্দা মামাসু কৌদে। মবুংগী মচা ওইরিদ্রা খল্লি। অতৈ লাকমিন্নবগী মওংসু উদে।

মানসু মরক-মরক্তা য়েংলকই। হাইফেৎ খঙনখিবগী মীৎয়েংসু মাল্লি, মাগী মতৌদু।

“করিনো! ফিভমসি ওস্থোক্লা শোকচিল্লম্লেদা! য়েংবদা অকিবদুম পোক্লে। মসিবু মা নৎত্রনে!”

অসুম্না মপূক্লীংদা খন্দুনা য়েংলকপা ওইরম্বসু য়াইকো! ঐনা ফিভম ইশোক শোকচিল্লি হায়বসিমদি সনাহনবীনা হায়দুনতা লাকখ্রবনি।

ৱাদি কয়া ঙাঙগনদবী ওইনি। থম্মোয় মশক খঙনখ্রগদি-অখাকপা লৈতনা ওরো-ওরো হায়দোকপিদু শোয়দে। চম্নসু উই। চন্দোন-মচুগী সলৱাররনি শেৎলিবদু। মহৈ-মশিং তম্লবদি ওইরমলোই মাগীসি। করি ৱাখলদগীনো খঙদে-মানা হাইফেৎতং নোকফেৎ তৌখিবু...! মদু কাউবা ঙমদৌ মান্দে, ঙম্লোই।

বস মনুংদা ফম্লগা গাড়ী থৌবা ঙাইদুনা নুংশা খাঙবদু মাসু য়াওই। ঐখোয়না তোংগদবা গাড়ীদুদা মাসু তোংদৌমাল্লি।

নুংথিল পূং মরিদগী গাড়ী থারে। ইম্ফাললোমদা হল্লকপনি। কেবিনদুদা ঐখোয় পুল্লপ ফম্মিনৈ। হৌজিক্তি খঙলে-মাগা লোয়নবা নুপা অমা য়াওরি। নুপাদুদদি অঙাংদুনা বাবা কৌই। অঙাংদুনা করিনো অমা হায়রকপদা নুপাদুনা নমাদা হংউ হায়রকপদগী ভাব খংতা তাই। মখোয় ফেমিলি ওইরে। য়াম্না নৌনা ময়ূম পাল্লমগদবা মাল্লি। মদুদগীদি ‘মীৎ-না চোইথোকপা য়াদে’ খন্দুনা তূমিন অদুম লৈরে। তূম্বা থেম্নে। তূমদ্রবসু মীৎ উইশিল্লি।

জখলাবন্ধদা গাড়ী খামবদু, নোংয়াই মতুং পূং অমা তাদৌরে। অদুবু হোটেলদুদি অয়ুক-নুংথিলদৌনা থোঙ অদুম হাংলি। দুকানশিংদুসু অদুম হাংলি। কেশেট থাদুনা থিন্দুনা, লাঙদুনা অদুম লৈরমই। গাড়ী খাম্বগা হোটেল বোয়শিংদুনা ‘চাক-চাক’ হায়দুনা অরাকপশিংদু পংকৌদা কৌশিল্লি। হাউতে খঙনা খঙনা ময়ামদু

অদুম চঙলগা চাবা য়াবা অদুম চানৈ। ঙা ফংই, মিট ফংই, তল, চাক অদুম ফংই। হল্লকপদসু চাক চাফম ওই। চৎখিবদসু চাফম অদুম ওই। লুপা য়াঙ্খে য়াঙ্খে অদুম তিংই। ভেজিটেবলগীদি মমল তাই। চৎখিবদা খঙনবা অমা থেংনৈ। মকোক তাঙবা মী ৱাংবা মশা নানবা ঐদি মাগী মমিংদু কাউরে। উনদবা কুইরবনি। মাদি ঐগী মিং কাউরমদ্রি। কৌরকই। ঙাইহাক ৱারী শানরকই। অদুগা অদুম কায়নরকই। লম্বী তিন্নদে। মানা হল্লকপনি। ঐখোয়না চৎখিবনি। কায়নরমদায়দা হায়রমই-

"নুংঙাইবা ওইরকউ!"

নীংশিংলকই মাগী মমিংদু-চাউবা। ঐনসু হায়খি-

"অশোয়-অঙাম য়াওদবা ওইহনবিসনু!"

হায়খিবগী ৱানি, মসিগী মরমদা থোইনা খল্লুদে। থেঙজিল্লক্লবনিনা তূম্বা য়ানবা হোৎনৈ। ভোমিটিং টেব্লেটতু অমসু চাশিনখি। বস ষ্টেসনগী গেট লাম্থোক্লকপদগী ঐগী মরূপ্পা নুপাদুদা-

"কদায় চৎলুবনো? করি থবক্কী চৎলুবনো? য়ূমদা হনবা নৎত্রা?"

"মানি হল্লকপনি। কাশ্মীরদগী লাকপনি।"

"কাশ্মীরদগী হল্লকপা? চুম্না চৎলুবরা, আদা থবক তৌরগা লৈত্রা?"

"কাশ্মীরদা লৈবা কুইরে। আর্মিদা লৈ। চহি অহুম শুরে য়ূমদা থোক্তবা। অদুগী ছুটি লৌরগা য়ূমদা লাকপনি।"

"আর্মিদা লৈবা? সি.আর. পিদরা কারিদা, লৈবনো?"

"এস.এস.বি. দনি।"

"য়াম্না ফৈ ! নহাসু য়াম্না ওইরি। অদুদি নুপা মচাসি নঙগী নচা...?"

"মানি...!"

" মমাদি মা তারেনে? ফেমিলি ওইরে নৎত্রা?"

"মানি...।"

শৎ অদুম খুন্নকই। অদুদগীদি তলবকী ৱারী। ইমুং-মনুংগী ৱারী। য়ূম পানবগী, শেল তূংশিনবগী, কৈরোই-লৈকায়, মচিন মনাও...। লোইবা নাইদ্রে ৱারীদু। নুপীদু করি খল্লমগদবনো খঙদে। তুমিন অদুম লৈ। মোং হাদে। ৱারীদসু য়াওশিল্লক্তে। অঙাংদুদি ৱারীদা অকায়বা হেক-হেক পীরকই। লম হংলুবদা ককচীং খুনৌদগীনি হায়রকই। কাশ্মীরগী মতাংদা অমুক হংলুই-

"ঈরাং থোইনা লৈত্রে। লৈবা অদুম নুংঙাই। খরদি ঈংই। পোৎ, মনা মশীং য়াম্না হোঙই। য়োংচাকসু অদুম ফংই। লুপা অনীগী মঙা তৌই। মহাওসু মণিপুরগা

অদুম মান্নে। লৈবিনবা মী ৱাংলি। অদুবু পূন্না চৎলগা লৈনদে। পূন্না চৎলবদি মমল হেনগৎলকই। অদুনা ঐখোয় অমা চৎলগা পূন্না পূন্না লৈরকই।"

মথং মথং অদুম শমথনখ্রে। ঐসু মখোয়গী ৱারীদু তাবতনি। য়াওশিন্দে। উইথরক্লকান্দদা ৱারী লেপখি। জখলাবন্ধদা চাক চানখিবদু গাড়ী খাল্লবা মতুংদা হৌদোক্লরগা চানখিবনি। মদুগী মতুংদগীদি ৱারী মখা চৎথনখিদ্রে। ঙাইহাক তূমহৌনবা হোৎনখ্রে।

ঐনা মীকপ থোক্লকপদা লম্বীদু গোলাই শঙলৈদা লৈবিদু তৌরম্লি। আসামগী ঙমখৈ লান্দ্রিবরা খল্লুই। ঐগী মরুপ্তুনা মীকপ থোক্লকপদা হংলকই -

"দিমাপুর য়ৌরবরা?"

ঐনা চিংনরপ খুমখি।

"য়ৌদ্রিমাল্লে ...।"

অদুগদি ডিমাপুর হেন্দোক্লকপা ওইরমাল্লে। ডিমাপুর বাজার সুকউ উরক্তে। চৎখিবদসু গাড়ীগী মীনা হায়বদা ডিমাপুর বাজার ফাওররোই হায়খিবা হাইফেৎ তাহৌই। হল্লকপদসু ফাওদ্রমাল্লে। গোলাইদু কোহিমা তল্লকপগী চীংলম্বীদু ওইরমাল্লে। কোহিমা বাজারসু হেন্দোক্লক্লজাৎনি। বাজার উরক্তে। নোংসু চুই। মতেক মতেক উইরিঙৈদা মতেক-মতেক অদুম হেন্দোকখ্রবজাৎনি। অদুবু ঐদি উইথরুদ্রে খন্না অদুম লাকখ্রবনি।

মাও গেট হেন্দোক্লক্লগা অয়ুক্কী মায়-মীৎ তানবা, চা থক্লবা গাড়ী খামই। ঐখোয় অনী হায়নৈ-

"নাগালেণ্ড ঙমখৈ লাম্থোক্লক্লে মণিপুরগী ঙমখৈ লানশিল্লক্লে হায়বসি কমদৌনা খঙনি?"

"লম্বী ফত্তবা হেক য়ৌরক্লবা মণিপুরগী ঙমখৈ লানসিল্লক্লে, অদুম খঙলো। মসি গিনিস বুকতা ৱলিড রেকোর্ড ওইনা হাপ্পা য়ারবনি।"

গাড়ী থৌরক্লবা মতুংদসু ৱারী মখা অদুম শমথৈ। ঐনা ফাগী ওইনা -

"বসতা চৎপসি ইকায়বা অমদুম ফাওরে। তৌরিশি য়েংউ। পেসেঞ্জর পুবা বসসি ঐখোয়না তোংলিবসিদনি। অতৈ অমতা লাক্তে। হান্নদি বসনা মথং-মথং লেংলগা চৎনরম্বনি। হৌজিক্তি ফ্লাইটতা লোইনা চৎনখ্রে। ঐখোয়সু মথংদা চৎপদদি মথক্তা ওইনা পাইরগা চৎসি।"

"প্লেন ভারা খংতা তারকপদগী ফ্লাইটতা অয়াম্বা লোইনা চৎনরে। বসকা প্লেনগা ভারা থোইনা খেন্নদ্রে হায়বা য়াই। অদুনা ৱাসু ৱাদবা নুংসু নুংঙাইবা,

থুনসু য়ৌবা প্লেন্না ফরে খন্দুনা ফ্লাইটতা অয়াম্বা চৎনরে। অদুনা বস চেনবগী চাং য়াম্না হন্থরক্লে।"

"মতুং চৎপদদি বসতা চৎলগুমসি ফ্লাইটতা চৎলগা চৎসি নৎত্রগনা ষণগাড়ীদা চৎসি অনৌবা হৌদোকপা ওইনা। য়াদ্রগনা রিক্সোদা চৎলগা চৎসি...।"

ৱাতাশিদা, ৱা শুকঙাং ঙাংলক্তবীদু মাগী করি মপা থোক্লুরবনো খঙদে, মথৱায় তানা থক নোকথোক্লকই। মানা নোকপদু ৱাখলসি কয়াম নুংঙাই খঙবরা? হকচাংসি খংয়াং য়াংখৎখি। কোকসি মালঙ-তরঙদা তাউবগুমই। মরুধ্যান থেংনবগুমই থাজদনা। অইংবা নুংশিৎনা লৈনমগা লোয়ননা কেরবগুমই। লমশাং চৎপসি অসুম তৌবরা খঙদে।

বস মনুংদা ফম্না ফম্না লম্বী নাকন্দা শুম য়েংথোক্লুবদা উরকই। সেকমাইগী গাড়ী ময়াম থাফম পেসেঞ্জর ময়াম চাক চাফমদু। নীংশিংলকই,পিপল মৈতৈনা অতোপ্পা গাড়ী অমদা য়াওরক্লগা মফমসিদা ঐখোয়গা উনরগা খোঙবু শারগা চৎপদু।

হন্দক্কী ঐখোয়গী খোঙচৎসি মঙাগী খোঙফম হায়বদু চপ চানা থোকই। অহলশিংনা ফত্তে হায়বা অয়ৌবী খোঙফমদু ওই। করি থোক্লগবা পূক্লিংদা ইচিং-চিংনৈ। ঐখোয় কয়া চৎকদগে হায়বদু খন্নরকপদা ওজা তোম্বনা মঙাগী খোঙফমদি ফত্তে, তরুক শুহনসি হায়নখি।

ঐখোয় তরুক চৎপা হায়না লেপ্লখি। তরুক্তা নত্তে তরা চৎপা হায়না অহানবদদি লেপ্লখি। মশা মশাগী শেনখায় ফাওবা পীশিন্নরকখ্রবনি ঐখোয় থাদনা মরি অমসু।

অহানবদা তরা চপ চানা শুরে। তরামাথোই শুবগী ফিভম ফাওবা লৈরুরে। খরা নকশিল্লকপদা নিপানদা অমুক হন্থরকই। নক্তা-নকশিল্লকপদা তরুকতা অমুক হন্থরকই। চৎকদবা নুমীৎতা বস পার্কিংদা ঙাইনবদা অমসু অমুক কেন্সেল তৌবগী ৱাফম লাকই। টিকেটতি তরুক্কী-ট্রেনগী হঙ্গৎ-হন্দাগী হান্না রিজার্ভ লৌরর্বা।। বসকীসু চৎখিবগী গুৱাহাটি ফাওবগী তরুক কক্লে। গাড়ী ঙাইরিঙৈদা মঙাদা অমুক হন্থরক্লে। গাড়ী থৌবা হৌরকপদদি মরিদা অমুক হাইথরক্লে।

'অমগীদি ট্রেনসু, বসসু ঙরাং কেন্সেল তৌখ্রে,' হায়রক্লে। অমগীদি হৌজিক ফাওবা মেন তাদ্রি।

ফিভমসি লুশিল্লকই। টিকেট অমগীসি মহুৎ পুনবা, অমদা অমুক ফোন্দা কন্তেক তৌরুই, অমদা অমুক তৌরুই। খুদক্তা চৎকদবনি। কনামতগী রেসপোন্স ফংদ্রে। অদুদদি ঐখোয় মরি চৎপদা মতারে। মরিসিগী মনুংদসু ঐখোয় অনীদি হান্নদগী 'য়ারগদি

য়াওজররোই' হায়জরবনি। য়াওরিবসিসু নেত্তে নেক্পা অনেক্পা খূনেক্কা চপ মান্ননা থোক্লিবনি। ইশানা চৎনিংনা চৎপগী ফিভম লৈত্রিবনি। মসিগী মরমসু য়াম্না লৈ।

নুমিৎসি শজিবুগী নোংমা পানবা তাই-ফত্তে। তৎনবা নুমিৎ থোকই-ফত্তে। শজিবু চৈরাওবা নুমিৎনি। মৈতৈগী য়ুমথোঙ খুদিংদা চহিগী লাইগী থৌরম, ইরাৎ পূজা তৌনবা নুমিৎ থোকই। য়ুম-কৈ শেংদোকপা, লৈকাং কম্থবা, চহিগী ওইবা লৃ-নানবা নুমিৎনি।

মসি নত্তবা লৈবাক্কী অচৌবা ব্রাথোক অমা ফোঙ-ফোঙ শানা লৈরি। ব্রাথোকসিগী মৈ হৌরকফম বিহারনি। ঐখোয়না চৎকদবসি বিহারদুনি।

মার্চ ১৭, ২০০৮ ইংদগী মার্চ ১৯, ফাওবগী মনুংদা নন-মণিপুরী ১৫ হাৎখ্রে হায়না মণিপুরীদা নুমিৎ খুদিংগী ফোঙবা পাউ চেশিংদা চাউনা, অহানবা লামায়দা ইনরকখ্রে। মসিগী মনুংদা অয়াম্বদি বিহারী মচানি।

অদুনা বিহারদা চৎকদবনি হায়বসিদা চৎকদবা কাঙবু পূক্নিং হঞ্জানরক্লুনা, মশা মশানা চৎতনবগী ব্রারেপ লৌনখিবনা মী মশীং অসুম অসুম হন্থরকখিবনি। ব্রাফমসি হঞ্জিন হঞ্জিন খন্নখি। পার্টিগী সেক্রেটরি ফাওবা য়াওনা খন্নবদা তরা চৎকনি হায়না লেপ্লম্বদু 'অমতা চৎলগুমসি' হায়নফাও লেপ্লখি। তশেংনা বিহারদা চৎকদবা কিনখি। ইমুং মনুংগী মী কনা অমতা বিহারদা চৎপদা, হান্না অয়াবা পীরম্বদু, নন-মণিপুরী মীহাৎকী থৌদোক থোকখিবদগী, অয়াবা অমতা পীরকখিদবনি। ইমুং-মনুংগী মীদা নত্তে। মীপুম খুদিংমক্কা অথিংবা পীবকখ্রবনি।

বিহারদতা নত্তে, আসাম, ত্রিপুরাদা ফাওবা চৎপা পাম্নদে। বিহারী মচানা অয়াম্বনি হায়বতনি। মীশি অসিদা আসামদগী য়াওরি। ত্রিপুরাদগীসু য়াওরি। অদুনা মণিপুরগী মপান্দা চৎকদবা কাঙবু ময়াম অমা লোইনা কেন্সেল তৌনখ্রে। অমতা চৎনখিদ্রে।

ঐখোয়গীসু বিহারগী অশিন-অরাঙ কাঙবুদা 'মণিপুরগী ডেলিগেট অমতা লাক্লরোই' হায়না পাউ পীনখ্রবনি। অদুনা মশা মশাগী পীশিন্নখ্রবা শেনফম ফাওবা হন্দোক্লখি। টিকেট কক্লবা থৌরাং তৌরুবদু ককখিদ্রবনি।

কনফরেন্স পাঙথোক্কদবা নুমিৎ মঙানিতা ঙাইরবা মতমদা ডা. নরদা বিহারগী অশিন-অরাঙ কাঙবুনা-

"মণিপুরদগী ডেলিগেট শোয়দনা থাবিরকউ! অশোয়-অঙাম করিমতা থোক্লোই। বিহারদা মদুগী ঈরাং অমতা লৈত্তে।"

হায়না হাইদ্রবাডতা লৈরিবা ডা. নরদা ফোন তৌরকই হায়দুনা নরনা জে. কে.দা অমুক ফোন তৌরকই হায়না পাউ অমুক পীরকই।

পাউদু তারবসু অশোয়-অঙাম থোক্লোই হায়বসিমদি ঐখোয়দা থাজবা অমতা লৈত্রে। মসিদা হেক থাজরিবা হায়ববু জে.কে.তনি। মাদি খুদোংথিবা থোক্কনি হায়বসি মশাদা শীংদুম মপৈ অমগী মান লৈতে। মাগী হায়ববু চৎপা, কনফরেন্স য়াওহৌবা, মসিদা ট্টেগু তৌদুনা অদুম লৈগ্রবনি। অদুনা মাদি পার্টি সেক্রেটরিগা খন্নবদসু অদুম-

"চহি অহূমগী মনুংদা অমুক্তং পাঙথোকপসিদা য়াওহৌদবা হায়বসি ঐখোয়দা অচৌবা মাঙজবা অমনি। অদুনা টিকেটসি মাঙজৌননা অদুম ককশিল্লসি। হয়েং নকশিল্লগা কক্লবদি রিজার্ভকী টিকেট ফংদবা য়াই। ফংলবসু শেল হেন্না লৌখিনি। মাঙজৌননা ককপসিনা টিকেটকী মমলদুতমক শেল তিংগনি। অহেনবা তিংলোই। অদুগা করিগুম্বা চৎতবা তাদুনা কেন্সেল তৌবা তারবসু টিকেট অমদা ঐখোয়না মাঙজগদবসি লুপা কুনখক্তনি।"

ব্রাফমসিমক মাদি য়াম্না কন্না হায়জখিবনি। অদুবু মী অমা অনীতা নত্তনা তরামঙা পুরা হাৎখিবা, অনীনা অশোক-অপন নংখিবা,অদুতা নত্তনা নাম্বোক্তুনা চেনখিবা কয়াসু য়াওখিবনা সেক্রেটরি ফাওবা মশাগী মত পীবা ঙমদনা লৈনখিবনি।

ফিভমসিদবু মশাগী মত পীবা কনানা ঙমগদৌরিবনো? ঙমফম থোক্তে। চৎলু হায়বসিমদি হায়বা ঙমগদবা কনানো?

অদুনা ঐনা ময়ামগী ব্রা তাবমখৈ তারুরগা মমৈথংদা-

"ঐ ব্রাফমসিমতং থমজগে, হৌজিকমক টিকেট ককশিনবা হায়বসি, মসিমদি তৌরগুমসি। ককপা তারবসু খরা নকশিল্লরুগা, ঈরাংগী ফিভম য়েংলগা কক্লসি।"

ময়ামসু হায়রিবসি মুন্না তাই। অদুদগী মদুদা লেপ্লখিদুনা টিকেট ককখিদবনি। মদু জে.কে.দি য়ানিংখিদবনি। অদুনা নুমিৎ মঙানিতা ঙায়রবা মতম অদুদা কোয়চেন-চেন্দুনা টিকেট ককখি। টিকেটকী মমলদগী টিকেট অমদা লুপা চাম্মা হেন্না লৌখি। ট্রেনগী চৎখিবগী রিজার্ভেসন সিটকী ও.কে. তাখিদে। ব্রাইটিংদা অদুম লৈখি। অদুনা জেনেরেল কম্পার্টমেন্টতা তোংদুনা ওম্থোক্না ব্রানা চৎখিবনি।

চৎলনি হায়বা পাউ তানবদগী 'য়ারবদি য়াওহৌদবনা ফগনি' হায়বা ইমান্নবশিং থোক্লকই। চৎপা য়াওদ্রবদি খোঙচৎতু ঐখোয়না থুগায়বা অমুক তাগদৌরি। মসিদদি ঐখোয়গী ব্রাখলসু লৈতাখিদবনি। চৎপদা মতারে খঙলবা মতমদদি ঐখোয়বু নুংশিবিবা মরূপ-মপাংশিংনা, থোইদোক্লা সনায়াইমনা ফাগি ওইনা মচীন থোক্লা হায়রকখ্রবনি-

"চৎলুরো! চৎলুরো! ঐখোয় শোমদা কন্দোলেন্স তৌরম্লগে!"

অদুনা ঐখোয় নেক্তা নেকপা অনেকপগা চপ মান্ননা দণ্ডি ওইনা য়াওদবা য়াদবগী মওংদা য়াওরবনি। মদুনা ইশাসি অফা অপুন্নথি। অসুক য়ানা, অসুক নুংঙাইতনা, অসুক লৈতাদনা চৎপা খোঙচৎ অমতা য়াওখিদ্রি।

নুংঙাইতবশিংগী মনুংদা গাড়ীগী নুপামচাদুমসু অমনি। মহাক্না ঐখোয়গী অশাওবী ওইহল্লি। হৌজ থেংখাং অমুক্তা নত্তনা অনীরকনি মানা ঐবু শাউহনখিবা।

গাড়ীগী কেবিন চঙথোক-চঙশিন তৌবা থোঙগী লোক্ত্রু হান্ননা স্ক্রু নাম্থোক্তুনা লৈরবনি। নুপামচাদুনা অমুকসু কোক-কোক য়েশিল্লগা কাবক-কাবক শেমজিল্লম্লে। অদুগা হায়রমই-

"থোঙদা ঙাথগনু থোঙ য়াদ্রে।"

ঐ তূমিন লৈহৌরে। থোঙ মপাদু ঐগী সিটনি। ঐগী ঙাথফমদু থোঙনি। মা-'ঐনা ঙসাই ঙাঙখিবগী শাওনিংবা ওইরিনি' খন্দুনা লৈহৌরে। থোঙদুদি গাড়ীনা অকুৎ-অতোঙ শুবদা অমুকসু নাম্থোক্তুনা লৈরবনি। ঐনা খুৎনা ফারগা ফন শাংনা লাক্লবনি। ময়াম মপান-ঈশান থোক্লবা খাম্বদগীদি ঐসু তন্দুনা থোঙদু পায়রগা শেন্নদ্রে, ফাদ্রে। অদুম নাম্থোকহল্লে। মানা গাড়ী লেপ্লিঙৈদা অমুকসু কোক-কোক ফৃজিল্লগা শেমই। অদুগা গাড়ী থৌবা হৌরকপা তাঞ্জাদুদা হেক হায়রক্লে-

"সিটতু মী মরি ফমগদবনি। মরি ফম্মু। থোঙদা ঙাথবা য়ারোই।"

মাগীদু ঐঙোন্দা অদুম শীংদুনা লৈবদৌনা তৌরে খল্লি। মদুদদি কদায়দগীনো খঙদে। ফম্মিন্নরিবা এস.এস.বি.দা থবক তৌই হায়রিবা নহাদুগা ঐগা ঐখোয় অনী হৌনরুবা তৌদনা চপ মান্ননা অফিং কাখিদুনা-

"নঙ! নঙ নমায়দুদা থাজল্লকউরা হা।"

হায়দুনা চপ মান্ননা লাউহৎখিববু। ঐখোয় অনীগী মতৌদুদা ময়ামদু মমীং-মনা য়ুংখৎনৈ। নুপা মচাদুসু তুমপক তাশিল্লগা লৈখি। ঐনা মখা অমুক তাশিল্লি-

"নঙ ঙসি থোঙকাসি পোপ-পোপ থাজিন্দুনা থুগাইয়ুরা?"

"নঙ! অঙাং নঙ, ঙসাইদগী য়াঙাং শঙাং কৈনোমা ইতৌ তৌই! নঙ নমায়দুদা হুমজিল্লুরা?"

মাসু থক হায়জিল্লকই। ড্রাইভরদু করিনো খরা হায়গে তৌরম্বনি। মচীন কাঙবা ঙমদনা তূমিন লৈখি। ঐখোয় অনীগী অফিংদুদা লোইনমক হঞ্জানখি। নৎত্রবদি, মখা হেক তারকপগা কাউব্রা, থাব্রা অমদি শোয়দ্রে।

ঐখোয় অনী চপ মান্ননা অমতা ওইখিবদুদা নুপীদু করি খল্লমগদবনো খঙদে। ঐগী মরূপ্পদি ইতপ-তপ্পা হায়রকই-

"মসি অঙাংসি ময়াম্না চৈমনদনা পঙশিল্পজাংনি। থকসি খাসি খঙদেনে।"

"মা, মীনা ফুবিবা শোয়দে। ঐখোয়না শাউনিংবা হায়বসি মা লিচৈদা ফল্লবনি।"

ঐনা নোংশিল্লি। মখা তানদ্রে। তূমিন তূমিন অদুম লৈনরে। নুপামচাদু ঐখোয়গা লাইবক-শা তিন্নদবজাংনি। অদুনা তুম্বা মপুং ফাদবগী, হকচাং ব্রাথরকপা, চাবা থকপা মতম কায়রকপগী শোকচিল্লকপা, ফমদুনতা লাকপগী ব্রারকপা পূম্নমকতু নুপা মচাদুগী মথক্তা লোইনা হৈজিনবিখ্রবনি।

অয়ুক্কী পুং ১১ দা ইম্ফালদা থুংলরে। ডি.এম.কলেজ মমাঙদা বস থারে। মদুদগীদি ময়ূম য়ৌনবা মশা মশানা থোকপা চৎনখিগদবনি।

মরক থৎনা ব্রাফমসিমা নীংশিংলমগে-

গোচ্চর প্লাওদা পাঙথোকপা নেসনেল কনফরেন্সসিনা ঐঙোন্দা ভত্তনা পীরিবা ইথিল অমদি-

"অন্না-অনা, লায়র-অনং, শোংথহৌরবা ক্যাঙলুপকীদমক প্রোগ্রেসিপ রাইটরসিংনা নীংহন্নবা লৈতনা থৌনা ফনা লেপ্লি। কলমগী অচৌবা, শাক্তিগী ওইবা লাঞ্জাও অমগীদমক শেম-শাহৌরি। মসিনা হৌজিক্কী সমাজগী নে-না তাদবা, চয়েৎ-চনৈনবা চৎন-লোনচৎতা অচৌবা চৈথেং অমা শোয়দনা পীরগনি। অইবশিংনা মঙলিবা মঙলানসি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়দনা মঙফাওনগনি।"

ষ্টেট অয়াম্বগী মীহুৎশিং ব্রারী শানবা ফংলক্তে। শক-শকতি উনরবসু ব্রারী শানবগী মতম ফংখিদবনি।

বাঙ্গলাদেশকী মীহুৎ অনী লাকই হায়বতমক খঙলকই,উননিংবনি অদুম ফংলক্রে।

নেপালগীদি ব্রারী ব্রাতাই শানবদু নুংঙাই। ঐখোয়না 'নেপালদা চৎনিংই' হায়রুবদা শং অদুম হায়রকই।

"লাকউ। নেপালদসু কবি সম্মেলন পাঙথোকসি। অদুগা সিলিগুরিদসু পাঙথোকসি।"

ঐগী মরূপ্পা মখা তারুই-

"নেপালদা ফোরেনগী পোৎ য়াম্না ফংই। অদুবু পুথোক্লকপদা চেক পোষ্টতা হেক্তা লৌহৌই হায়নে। চৎলুবা মীনা ব্রারী তৌরকপনি।"

"নো! নো! মদু অরানবা ব্রানি। পোৎ পুথোক পুশিন্দা ফ্রী অদুম ওই। ব্লেক মার্কেটকী পোৎতি য়াদে। চেক তৌবা মতমদা পোৎ মপু য়াওরবদি করিমতা তৌদে। মপু য়াওদবা পোৎনি মখোয়না চিংনবদগী লৌহৌবদি। অদু নৎত্রবদি

করিসু খুদোংথিনিংঙাই ওইদে। লাক্তা লাকউ য়াম্না নুংঙাইগনি। ঐগী মোবাইলদা ফোন তৌরকউ! লৈফম চাফম লোইনা ফ্রী ওইহনগনি। ভারাদি ইশা-ইশানা পুথোকপিয়ু! ঐগী শিনফমসি করবার তৌবনি। করবার তৌবদগী নেপালদা ীলখিবনি। আ! ইপা-ইপু হাকতক্তগী করবার তৌরক্লবনি। সিলিগুরিদসু ঐগী শম লৈ। মদুদসু মতম খরা লৈথোকপা য়াই। কবি সম্মেলন ফজনা তৌসি!"

মাগী ৱাদু তাবদা হৌজিকমক নেপালদা চৎনিংই। য়ূমদা হন্দনা নেপাললোমদা খ্রসিরা হেক খল্লি। নেপালী সহিত্য পরিষদ, মণিপুরগী মমিং পল্লুই। ভবানি আধিকরীগী মিংসু পল্লুই, মা করিমক্তা খঙদে।

চুখিবা নোংদু য়াম্না পাক শন্না, কন্না চুখিবা নোংনি। বিহারদা চুবদুদি কয়াবু কন্দে। গুৱাহাটি, অদুদগী মণিপুরদদি নুংশিংকা লোয়ননা য়াম্না কন্না চুখিবা ওইৱজাংনি। নোংলৈ নুংশিংনা য়ূম-কৈ ফাওবা হুমদোকপা য়াওরল্লে। ময়ামদু উরকপগা ঐগী মঙদু খংনিং নীংশিংলকই-

অস! ঐগী মঙসি চুমইদনা-ফুরা দলান, য়ূম-কৈ নীংখায়রমই। ওফিস ওইরম্বা মফমদু শিদোক্লম্বসিনি। য়ূম-কৈ হুমদোক্লম্বসিনি। মায়কৈ খঙদনা মীয়াম চেন্নখিবদু ডেলিগেট ময়াম মাগী মাগী ময়ূম লমদম তম্না মায়কৈ ফাংনা চৎনখিবদুনি। ঈশিং চাউখৎলকপদু নোং কন্না চুখৎলকপদুনি। ঈশিং ঈচাওদা লুপ্পি-লুপ্পি তাউরিবা য়ূমদা নেৎ-নেৎতুনা ঐনা লমজিংদুনা চৎখিবদু ঐখোয়না তোংলিবা ট্রেন্না নোমহৌ-নোমহৌ নোং-মরক্তা চেল্লিবসিনি। কয়াদা চুম্নরিবনো ঐগী মঙসি।

কয়াগী মতিক নিংহন্ননা চৎখিবা খোঙচৎনো? চৎনিংদবা হৌনবা মখৈ চৎনিংদনা চৎখিবনা কয়াগী মতিক অফা-অপুন্নখিবা। ৱাখলসি কয়াগী মতিক লৈতাখিদবা।

লিচী মরিগীদমক নুপা মচা অমা হাৎতোক্লগা ঈশিংদা থাদবা ঙন্বা! মমীৎতা এসিড হৈজিনবা! কির-কিরবা ৱা মক্তা নাকোংসিদা! বিহারী মচা শাথিবনি হায়নবা! তাবদা তু চুংবা ৱারীমক্তা। মীওইবগী পুন্সিবু লিচী মরিনা হেন্না মমল য়ামলবা! অদুগা ঐখোয়সু কয়াগী মতীক কিনা চৎখিবা!

অদুবু ৱাখিবগী মতিক কয়াদা নুংঙাইনা লৈরকখিবা! খোঙচৎসিমুক নুংঙাইবা খোঙচৎ অমতা য়াওখিদ্রি।

তৌবগীবুদি, চৎমিন্নরিবা কাঙবুসি-চা থকপগী থাক্তা লৈবা অহুমগা,চা থকপগী থাক য়ৌদ্রিবা অনীগনি।

বিহারী হাৎপা লমদম অমদগী, বিহারদা চৎলুবদা, মখোয়না কয়াগী মতিক মীনুংশি উৎপিরকখিবা।

ঐখোয়না য়ৌদ্রিঙৈদগী ডাইসতা ঐখোয়গী ফমফম থমবিদুনা হেক য়ৌবগা পল্থবা তৌদনা ঐখোয়বু শকখঙবিদুনা, ঐখোয়গী প্রসিডেন্টপু ওল্হোক্লা চাউখ্রবা মীনুংশি অমগা লোয়নননা তরাম তরাম তৌবিদুনা ডাইসতা ফমহনবিখিবা, ঐখোয়দা চিংনবা মীৎয়েং মচেৎ অমফাও উৎপিদনা পৃক্লিংদা অকি-তুংজুংবা মরিক অমফাও পোকহন্দনা লোয়নবিখিবা, মখোয়গী চাউরবা মিনুংশিগী মীৎয়েংদুনা, ঐখোয়না অৱাবা তারবা, খুদোংথীবা নংলবা মতমদা-মসি পৃম্নমক খল্থহৌদবা,ভাব তানদবদগী থোকখিবনি খল্থবিদুনা, 'বিহারী গুন্দা কিদরা' হংলকখিবা অদুসু, ঐখোয়বু অশোয়-অঙাম থোকহন্নিংদবদগী মীনুংশিগী ৱাখলগা লোয়নননা হংবিরকপনি খঞ্জবগা লোয়নননা নহা অনীদুনসু, লৈরিবা মীওইবা জাতি পৃম্নমক্লা ঐখোয়দা মীনুংশিগা লোয়নননা তেঙবাংবিরক্কনি হায়বগী আশাগা লোয়নননা ঐখোয় ঙশি অশোয়-অঙাম য়াওদনা, তেক্ত-কায়দনা যূম য়ৌরে।

মে. ২২, ২০০৮ ইং

